মণিপুরী

# শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্যম্

## সংক্ষিপ্তা ভাগবত পূজা সহিত



শ্রীফুরাইলাৎপম বেদগর্ভ শর্ম্মা
ক্রিদম ফাইটর

# মণিপুরী শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্যম্

## সংক্ষিপ্তা শ্রীমদ্ভাগবত পূজাগী

## কোন্নবা

শ্রীফুরাইলাৎপম বেদগর্ভ শর্ম্মা
ফ্রিদম ফাইটর
মাইশ্নাম নোংথোম্বা লৈকাই,
ইম্ফাল

# থাগৎ রাহৈ

ডিপার্টমেণ্ট অফ আর্ট এণ্ড কলচর, গোবর্মেণ্ট অফ মণিপুরনা লাইব্রেরিক ফোংদবী লোনগী মতং পিবিরকপনা পাংথোকপা উমখি, শেলগী মতং ফংনবগীদমক শ্রীথিয়াম সুবল সিংনা তোংনবিরকপনা ওইখিবনি চিরকালগী ওইনা ঐগী থমোয়দা লৈরগনি। ইতি

শ্রীবেদমণি শর্মা

স্বতন্ত্র সৈনিক।

তাং ১৬।৬।৯৭ ইং

---

ফোংবা

অহৈবা মশা

আগষ্ট, ১৯৯৭ ইং

মমল লুপা ৪০/-

ছাপা

ভাগ্যবতী কার্যালয়

চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস

ইম্ফাল

# বিজ্ঞাপন

মণিপুরী শ্রীমদ্ভাগবত মাহাত্ম্য কৌবা লাইরিক অসি কোংজবদি কলি কৌবা কন্থিরবা যুগ অসিগী ওইরক্লিবা অকিবা ফংলবা লাবদা তুচুংবা পোকপা মুপী, অঙাং ব্রাহ্মণ, নহা, অহল খাক্না মুমিৎ খুদিংগী ওইনা হাংপগী পাউ তাবদা অমদি ঐথোয় মশেল মক্তা মরান থংজিন্নহনা হাক্তোক্লবা অমনা অহলশিংগী মফমদা থোওইদবা নহা অমা অনীনা মপুরোকপু হৎদাস্ত ঐথোয়না হায়না য়াউ নত্রবদি হায়হনা কিহনবা মী অমনা রানা হাঙ্গরবা মরণবু পুথোরকউ নত্রবাদি হায়হনা কিহনবা কিবদগী মাগী মুপী, অমদি মচা মকুস্ পিগ হায়বদা পিখিদ্রবা অহুবু শিনীংদবদগী পিবা অসিগুম্বদা মী পুন্নমক্তা কৈদৌঙৈ শিগদগে থংনদ্রবা রানারবা অসি অকে অমগী পান্থেনাদ কোকপা রারগান। শ্রীমদ্ভাগবতগী থোজান্দনা কোকনি হায়না ঐগী রাখল ফংজবদগী অনুবাদ অসি ভৌজবনি। প্রজাগী শান্তি ফংদ্রবা অসি কনাগুম্বা অমত্তনা শান্তি পুরকপা ঙম্মোই — শ্রীমদ্ভাগবতগী জ্ঞান তনা বিশ্বশান্তি পুরক্কান, লাইরিক অসিনা তাক্লি। শ্রীনারায়ণনা লেপ্পেম্লবা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর অহুম অসি মথৌ পাংবা ঙমদ্রবাদা শ্রীনারায়ণনা ভাগবত হাইনখি অহুমদগী মথৌ পাংথোকপা ঙমখি। অদুকৈ অমনা বিশ্ব শান্তি পুরকপা ঙম্মোই অসি ঐগা রাখলনি। হায়রিবা অসি লাইরিক অসিগী মনুংদা লেংনা য়াওরি পাবরগা থংবিগনি অরানবা করা য়াওরমগনি পণ্ডিতাশিংনা থংজদবনি খনবিহনা ভাকাপগনি।


শ্রীফুরাইলাৎপম বেদগর্ভ শর্ম্মা

ক্রিদম ফাইটর

মাইশ্নাম নোংথোম্ব লৈকাই নিবাসী

# শ্রীগুরু বন্দনম্

বেদ গর্ভ: গুরুং বন্দে কৌশিকজং শাস্ত্রিণংযম,

কালীচরণ বর্ম্মাণং তং পদ্মশ্রীবিভূষিতম, [ কালাচন্দ শাস্ত্রীণং ]

ঐনা কৌশিক গোত্রদা পোকপা ৺ কালীচরণ বর্ম্মা কৌবা মীয়াম্মা কালাচান্দ শাস্ত্রী" কৌনব পানিণীয় ব্যাকরণগী শাস্ত্রী, ভারত সরকারনা পদ্মশ্রী" পীথ্রবা ওম্মা ওইবা গুরুব, খুরুমজে

# প্রার্থণা

৺কবি কান্ত শর্ম্মানা লৈজসন্থ মাগী শ্রীচরন্দা
থজ্জহুদা ঐনা তৌজবনি অন্নবাদ
অপমৃত্যু ওইখিবা আত্মানা মাগী
থাংভমদবা মৈচাক্লগী নোংমৈগী
ঈংজসন্থ মাগী আত্মানা শান্তি
লৈজসন্থ মফম্না বৃন্দাবণদা
অন্তুতব্ন পামজবা ঐনা
শ্রীগোপালগী নিংশিংবা ওইবা
অন্নবাদ কচ্চরি চরণদা গোপালগী।
পামজৈ ঐনা বিশ্বগী শান্তিতবু
ওঁ শান্তিঃ ওঁ শান্তিঃ ওঁ শান্তিঃ ।।

শ্রীবেদগর্ভ শর্ম্মা

# সংক্ষিপ্তা শ্রীমদ্ভাগবত পূজা

আদৌ মার্জ্জনাদি বিধায় ঘটং সংস্থাপয়েৎ।

ততঃ ঘটস্থজলে বা শালগ্রামে গণেশাদি পঞ্চদেবতাং সমপূজয়েৎ।

অর্থ—অহানবদা মার্জ্জননাচংবা তৌরগা ঘটস্থাপন তৌগনি। মথংদা ঘটগী ঈশিংদা নত্রগা শালগ্রামদা পূজা তৌগনি। ততঃ—ওঁ ব্রহ্মণে নমঃ ওঁ বিষ্ণবে নমঃ ওঁ শিবায় নমঃ ওঁ সূর্য্যায় নমঃ, ওঁ চন্দ্রায় নমঃ ওঁ মঙ্গলায় নমঃ ওঁ বুধায় নমঃ, ওঁ বৃহস্পতয়ে নমঃ ওঁ শুক্রায় নমঃ, ওঁ শনিশ্চরায় নমঃ, ওঁ রাহবে নমঃ ওঁ কেতবে নমঃ ইত্যাদীনাং সমপূজয়েৎ অসিনচিংবনা পূজা তৌগনি। ততঃ কৃতাঞ্জলিঃ মথংদা খুৎ অনী লোম্বরগা—

ওঁ ব্রহ্মা মুরারিস্ত্রিপুরান্তকারিঃ
ভানুঃ শশী ভূমি সুতো বুধশ্চ।
গুরুশ্চ শুক্রঃ শনি রাহু কেতু
সর্ব্বেগ্রহাঃ শান্তি করা ভবন্তু।
ইতি পঠেৎ অসি হায়গনি—

ওঁ ষোড়শ মাতৃকেভ্যো নমঃ—ইতি মন্ত্রেণ সমপূজয়েৎ। মন্ত্র অসিনা ফজনা পূজা তৌগনি। ততঃ গৌরী, পদ্মা, শচী, মেধা, সাবিত্রী, বিজয়া, জয়া, দেবসেনা, স্বধা, স্বাহা, মাতরঃ লোক মাতরঃ। ধৃতিস্তুষ্টি তুষ্টি তথাত্মা কুলদেবতা। ইত্যেতঃ মাতরঃ সর্ব্বা বৃদ্ধিঃ কুর্ব্বন্তু মে ইতি প্রার্থয়েৎ। অসুম্বা প্রার্থনা তৌগনি। মথংদ—ওঁ অশ্বত্থামাদি সপ্তচিরঞ্জীবেভ্যো নমঃ। ওঁ অশ্বত্থামা বলির্ব্যাসঃ হনুমানচ বিভীষণঃ। যজমান গৃহেনিত্যং সুখদা সিদ্ধিদা সদা। ইতি প্রার্থয়েৎ। অসুম্বা প্রার্থনা তৌগনি। ততঃ—চতুর্দ্দিক্ষু তত্রস্থিত ঘটেষু শালগ্রামে বা সামাদি বেদানাম, অর্চ্চয়েৎ। মথংদা মায়কৈ মরিমক্তা লৈবা ঘটশিংদা নত্রগা শালগ্রাম চক্রদা সামনচিংবা বেদ মরিবু পূজা তৌগনি। ততঃ—"বসোঃ পবিত্রমসি সহস্র ধারম্।

বসোঃ পবিত্রমসি সহস্র ধারম্‌।
দেবস্ত্বা সবিতা পুনাতু বসোঃ
পবিত্রেণ শতধারেণ সুপ্ত্বাকমিধুক্ষঃ"

ইত্যনেণ বস্ত্রেণ আচ্ছাদয়েৎ মথক্কি মন্ত্র অসিনা কিনা ঘটদা কুপকনি। ততঃ "পূর্ন দিবি পরাবতস্য পূর্ণরাপতঃ বস্নেহবিক্রীনা বহাষমূর্জ্জগু শতক্রতোঃ ইত্যনেন কলসোপরি পূর্ণ পাত্রং ন্যসেৎ। মথক্কি মন্ত্র অসিনা ঘট মথক্কা পূর্ণ পাত্র থমগনি। মথংদা— ওঁ নরনারায়নায় নমঃ। ইতি সম্পূজ্য। অসুন্না পূজা তোরগা মথাগী মন্ত্র অসি শোনগনি।

যো মায়য়া বিরচিতং নিজ মাত্মনীদং
স্বেরূপ ভেদমিবতৎ প্রতি চক্ষণায়।
এতে ধর্ম্মসদনে ঋষি মূর্ত্তিনাদ্য
প্রাদুশ্চকার পুরুষায় নমঃ পরস্মৈ
সোহয়ংস্থিতিব্যতি করোপশমনায় পৃষ্টান
সত্বেন নঃস্বরগণা মুমেয় তত্ত্বঃ।
দৃশদভ্রকরুণেন বিলোকনেন
য়চ্ছ্রীনিকেত মমলং ক্ষিপভারবিন্দম্‌।"

ইতি প্রার্থনা অসুন্না প্রার্থনা তোরগা। ততঃ—ওঁ বাসুবে সর্ব্ব কল্যাণ কর্ত্রে নমঃ। ওঁ গুরবে নমঃ। ওঃ সরস্বত্যৈ নমঃ। ওঁ শেষায় ওঁ সনৎ কুমারায় নমঃ। ওঁ সাংখ্যায় নমঃ। ওঁ পরাশরায় নমঃ। ওঁ বৃহস্পতয়ে নমঃ। ওঁ মৈত্রায় নমঃ॥ ওঁউদ্ধবায় নমঃ। ওঁ ব্যাসায় নমঃ। ইতি সমপূজ্য॥ অসুন্না পূজা তোরগা ওঁ নমস্তস্মৈ ভগবতে ব্যাসয়ামিত তেজসে পপূর্ত্তান ময়ং সৌম্যা যন্মুখাম্বুরু হাসবম্‌। ইতি প্রার্থয়েৎ অসুন্না প্রার্থনা তোগনি। ততঃ নারদ পীঠক সমপূজ্য সুবস্ত্র বেষ্টিতং শ্রীমদ্ভাগবত মাদায়। মথংদা নারদ পীঠবু পূজা তোরগা ফজনা কিনা য়োমশিল্লবা শ্রীমদ্ভাগবতবু লোখৎলগা—"ধ্রুবাদ্যৌ ধ্রুবো রাজাবিশামসি"

ইতি পীঠো পরিস্থা পয়েৎ। অহুন্না পীঠগী মথক্তা শ্রীমদ্ভাগবতবু লেগুশিন-গনি। ততঃ শ্রীকৃষ্ণ মন্ত্রেণ ষোড়শো পচারৈঃ শ্রীমদ্ভাগবতং পূজয়েৎ। মথংদা শ্রীকৃষ্ণ মন্ত্র শোন্দুনা পোৎলম ১৬ তরাত্তক্কা শ্রীমদ্ভাগবতবু পূজা তৌগনি।।

ততঃ নারদ তং পীঠে পূজয়েৎ। মথংদা পীঠদা দারদগী পূজা তৌগনি। ততঃ বক্তারং বরয়েৎ মথংদা বক্তাবু বরিগনি। ততশ্চ শ্রীফলং ধৃত্বা নমস্কারং সমাচরেৎ। অহুগা শ্রীফলং হুরিখাগোক নত্রগা য়ুবী অমা পায়রগা খুরুমগনি। "স্তুতি" ( প্রসন্নচিত্তেণ কর্ত্তব্যা কেবলং ভদা ) পুক্নিং চুংশুায়না শ্রীভাগবতবু খুরুমগনি।

ওঁ শ্রীমদ্ভাগবতাখ্যস্তংপ্রত্যক্ষ্যঃ কৃষ্ণ এবহি স্বীকৃতোঽসি ময়ানাথ

মুক্ত্যর্থংভব সাগরে।।

মনোরথোমদীয়োঽয়ং সফলঃ সর্ব্বদা ত্বয়া।

নির্ব্বিঘ্নেনৈব কর্ত্তব্যঃ দাসোঽহংতবকেশবঃ।।

ইতি শ্রীমদ্ভাগবত সংক্ষেপ পূজা সমাপ্তম্।।

শ্রীবিষ্ণু বিষ্ণু বিষ্ণুঃ শ্রীমদ্ভাবতে মহাপুরুষস্য বিষ্ণোরাজ্ঞয়া প্রবর্ত্তমাণস্য অদ্য ব্রহ্মণঃ দ্বিতীয়ে পরার্দ্ধে শ্রীশ্বেত বারাহ কল্পে বৈবস্বমন্বন্তরে অষ্টাবিংশতি তমে কলিপ্রথম চরণে ভারতবর্ষে ( ভারতখণ্ডে ) জম্বুদ্বীপে রাম ক্ষেত্রে পবত্তরা মাশ্রমে দণ্ড কারন্যদেশে শ্রীগোদাবর্য্যাঃ পশ্চিমদিগ্‌ ভাগে শ্রীমল্লবনাদ্ধেরুত্তরেতীরে শ্রীশালি বাহণ শাকে বৌদ্ধাবতারে অস্মিন্ বর্ত্তমাণেঽমুক নাম সংৎসরে অমুকায়ণেঽ মাসেঽমুক পক্ষেঽমুক বাসরেঽকতিথৌঽমুকনক্ষ এঽমুক রাশিস্থে চন্দ্রেঽমক রাশিস্থিতে শ্রীসূর্য্যোঽমুক রাশিস্থিতে দেবগুরো শেষেষু যথা-যথা রাশিস্থান স্থিতেষু সৎসু এবংগুণ বিশেষেণ বিশিষ্ঠায়াং শুভপুন্যতি থৌমমাত্মণঃ শ্রুতি স্মৃতি পুরাণোক্তফল প্রাপ্ত্যর্থং ( মম ঐশ্বর্য্যাভিবৃদ্ধ্যর্থং। অপ্রাপ্তলক্ষ্মী প্রাপ্ত্যর্থং। প্রাপ্তলক্ষ্ম্যা-শ্চিরকাল সংরক্ষণার্থং। সকল মণঈপ্সিত কামনা সংসিদ্ধ্যর্থং। লোকে

বা সভায়াং রাজদ্বারে বা সর্ব্বত্র যশোবিজয় লাভাদি প্রাপ্ত্যর্থংইহ জন্মনি জন্মান্তরেবা সকলদুরিত ভোগ শমনার্থং। তথা মম সভার্য্যায়াঃ সবান্ধবস্য অখিল কুটুম্ব সহিতস্য সপশোঃ সমস্তভয়-ব্যাধি-জরা-পীড়া মৃত্যু পরি হার-দ্বারা-আয়ুরারোগৈশ্বর্য্যাভি-বৃদ্ধ্যর্থং। তথা মমজন্ম রাশেরখিল কুটুম্বস্য বাজন্মরাশেঃ সকাশাচ্চে কেচিদ্বিরুদ্ধ চতুর্থাষ্টমদ্বাদশ স্থাণস্থিতক্রুরগ্রহাস্তৈঃ সূচিতং সূচয়িষ্যমাণংচ যৎ সর্ব্বারিষ্টং তদ্বিনাশদ্বারা একাদশ স্থানস্থিতবৎ শুভ ফল প্রাপ্ত্যর্থং। পুত্র পোত্রাদিসন্ত তেবাবিচ্ছিন্ন বৃদ্ধ্যর্থং আদিত্যাদি নবগ্রহা নুকুলতা সিদ্ধ্যর্থং। তথা ইন্দ্রাদি দশদিক পালপ্রসন্নতা সিদ্ধ্যর্থং। আধি-দৈবিকাদিভৌতিকাধ্যাত্মিক ত্রিবিধ তাপোপশমনার্থং। ধর্ম্মার্থকাম মোক্ষ ফলাবাপ্ত্য প্রেতস্য মুক্ত্যর্থং ব্রজ বধূগণনিসেবিত শ্রীমদ বৃন্দাবনৈক ধাম প্রাপ্ত্যর্থং চ ওঁ ভূর্ভুবঃ শ্রীমদ্ভাগবতাখ্য পুরাণ শিরোমনেঃ প্রীত্যর্থং যথা জ্ঞানেণ যথা মিলিতোপচারদ্রব্যৈঃ ধ্যানাবাহনাদি ষোড়শো পাচোরৈঃ পূজনমহং করিষ্যামি ( করিষ্যেবা

# মণিপুরী শ্রীমদ্ভাগবত মাহাত্ম্যম্

## স্কন্দপুরানোক্তং মণিপুরী সানুবাদং

## শাণ্ডিল্যাদিষ্ট ব্রজভূমি মহাত্ম্যবর্ণনম্ ।

শ্রীব্যাস উবাচ—
শ্রীসচ্চিদানন্দ-ঘনস্বরূপিনে।
কৃষ্ণায়চানন্ত সুখাভি বর্ষিনে ॥
বিশ্বোদ্ভব স্থান নিরোধ হেতবে।
নুমোবয়ং ভক্তিরসাপ্তয়েহনিশম্ ॥১।

অন্বয়ঃ— শ্রীব্যাস উবাচ— শ্রীব্যাসনা হায়খি—) শ্রীসচ্চিৎ আনন্দঘনঃ (ফজবনা তিল্লবা, সংচিৎ আনন্দগী মশক ওইবা' কৃষ্ণায় শ্রীকৃষ্ণবু) অনন্ত সুখাভিবর্ষিণে ( লোইবনাইদ্রবা নুংঙাইবা ফংহল ) বিশ্বোদ্ভবস্থাননিরোধ-হেতবে ( সংসার শেম্ব ঙাকপা লোইশিন্বা ওইবা ) ভক্তিরসাপ্তয়ে (ভক্তিরসফংনবা) অনিশম্ ( তত্তনা) বয়ম্ (ঐখোয়না) নুমঃ (খুরুমজরি) ॥১॥

অনুবাদ— শ্রীব্যাসনা হায়খি—ফজবা পুম্নমক্কি লন ওইবা পুক্লিং-ছুরবা অমসু লেংদবা পুক্লিংগী নুংঙাইবগী মপৈনা মাগী মশক ওইবা, মানা অয়াপা থরাই পানবা পুম্নমক্কা ফজবা নুংশিবনা চিংশিনবা, লোইনাইদ্রবা নুংঙাইবা পুম্নমক্কা ফংহনবিবা, মানা মশাং থিঙমদ্রবা সংসার অসিগী শেম্বা, লৈহনবা, লোইশিনবগী মরম্ ওইবা অদুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তিরসগী মহাক্ত থংহনবগীদমক ঐখোয়না তত্তনা খুরুমজরি ॥১॥

**নৈমিষে সূতমাসীনমভিবাদ্য মহামতিঃ।**
**কথামৃতরসাস্বাদ কুশলাঋষয়োহব্রুবন্ ॥২॥**

ঋষউচুঃ।

**ব্রজংশ্রীমাথুরেদেশে স্বপৌত্রংহস্তিনা পুরে।**
**অভিষিচ্যগতেরাজ্ঞি তৌকথং কিঞ্চ চক্রতুঃ ॥৩॥**

অন্বয়ঃ— নৈমিষে (নৈমিষ কৌবা) অরণ্যে (উমংদা) মহামতিঃ (পুক্নিং লূবা) আসীনম্ (ফমলবা) সূতম্ (সূতনা) অভিবাদ্য (খাগংলদুনা) কথামৃত (কথাগী মশক ভুইবা অমৃতবু) রস আস্বাদ (রসচুম্লদা) কুশলাঃ (হৈরবা) ঋষয় (মুনিশিংনা) অব্রুবন্ (হায়খি) ॥২॥

শ্রীঋষয়উচুঃ (শ্রীশৌনকনাচিংবা মুনিশিংনা হায়খি—) হে মুনিশ্রেষ্ঠ। হেমুনি অথোইবা!) রাজ্ঞি (ধর্ম্মরাজযুধিষ্ঠিরনা) মাথুর দেশে (মথুরা লৈবাক্তা) ব্রজং (ব্রজবু) হস্তিনা পুরে (হস্তিনাগী কোন্নুংদনা) পৌত্রং (মচুনিপাবুসু) তৌ (অনীবু) অভিষিচ্য (নিংথৌগী অভিষেক তৌরম্লগা স্বর্গগী লম্বীদা) গতে (চংখ্রবদা) ব্রজ (অমসুং পরীক্ষিৎনা) কথং (করম্না) কিং (করিবু) চক্রতু (তৌখিবগে?) ॥৩॥

**অনুবাদ** – বৈষ্ণবশিংগী লৈফম ওইবা নিমিষ কৌবা উমংদা লৈগ্রবা লৌশিং শিংলবা সূতমুনিবু খাগৎলদুনা ভাগবতগী কথামৃতবু মংগাউ ফংজনাংদুনা তাবদা হৈরবা শৌনকনচিংবা মুনিশিংনা রাহং কয়া হংখি ॥২॥

শ্রীশৌনকনচিংবা মুনিশিংনা হায়খি—হে মুনি অথোইবা! ধর্ম্মগী মচা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা মথুরা লৈবাক্তা প্রচুম্নগী মচুনিপা শ্রীব্রজনাভদা, অমসুং, হস্তিনা লৈবাক্তনা মাগী মচুনিপা পরীক্ষিৎতা লৈবাক শিন্নদুনা অনীমক্তা নিংথৌ ওইবগী অভিষেক লোইরম্লগা স্বর্গকাখ্রে। মথংদা নিংথৌ ব্রজনাভ অমসুং পরীক্ষিৎনা করম্না মওংদা করি থবক তৌখিবগে? ॥৩॥

সূত উবাচ।
নারায়ণং নমস্কৃত্যনরং চৈবনরোত্তমম,।
দেবাং সরস্বতীং ব্যাসং ততো জয়মুদীরয়েৎ ॥৪॥
মহা পথং গতে রাজ্ঞপরীক্ষিৎ পৃথিবীপতিঃ।
জগাম মথুরাং বিপ্রা ব্রজনাভদিদৃক্ষয়া ॥৫॥
পিতৃ ব্যাগতং জ্ঞাত্বা ব্রজঃ প্রেম পরিপ্লুতঃ।
অভিগম্যাভিবাদ্যাথানিনায় নিজমন্দিরম্ ॥৬॥

অন্বয়— সূত উবাচ (শ্রীসূতনা হায়খি)—নারায়ণং (শ্রীনারায়ণবু) নরংচৈব (নরকোবা ঋষিবুসু) নমস্কৃত্য (খুরুমজগা) নরোত্তমম, (শ্রীকৃষ্ণবু) সরস্বতীং (সংস্কৃত র অংবগী মবেম্বাবু) ব্যাসং (ব্যাসদেববু) খুরুমজরগা মথংদা— জয়ংউদীরয়েৎ (ভগবানগী মশক উট্টবা শাস্ত্রবু হায়জরগে) ॥৪॥
রাজ্ঞি (যাম্ভিরনা) মহাপথং গতে স্বর্গদা চৎথ্রবদা) পৃথিবী পতিঃ পরীক্ষং (লৈবাক্কি মপু পরীক্ষিৎনা, ব্রজনাভদিদৃক্ষয়া (ব্রজনাভব, উনিংহুনা) মথুরাং জগাম (মথুরাদা চৎখ) বিপ্রাঃ (ব্রাহ্মণশা!)! ৫॥
অথ (মথংদা পিতৃবা মখুড়া থোকপাবু আগতম, (লাক্লে হায়বা) জ্ঞাত্বা (খংলদুনা ব্রজঃ (ব্রজনাভনা) প্রেম পরিপ্লুতঃ (য়াম্না নুংশিন)

অনুবাদ— শ্রীসূতনা হায়খি—ভগবান শ্রীনারায়নবু চমস্তু নর কোবা ঋষিবু খুরুমজরগা অমসুং শ্রীকৃষ্ণবু অমদি বাড়াংবগী মকোক ওইরবী সরস্বতী দেবীবু অমসু কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদ ব্যাসবু খুরুমজরগা ভগবানগী মশক উট্টবা শাস্ত্র অসিবু হায়রগে ॥৪।
হে শৌনকনচিংবা ঋষশা! মহারাজ যুধিষ্ঠিনা স্বর্গদা চৎথ্রবদা লোমে মহিপতি ওইরব পরীক্ষিৎনা ব্রজনাভ কোবা নিংথৌবু উনিংহুনা চংখি। ৫।
মথংদা মখুড়া মহারাজ পরীক্ষিৎনা মাবু উননিংহুনা মথুরাদা লাক্লে হায়বা অসি খংলভনা ব্রজনাভগী পুক্কিদো নুংশিবগী ইহৌ অনা লাকখি।

পরিষ্বজ্যসত্বং বীরঃ কৃষ্ণৈকগতমানসঃ।
রোহিণ্যাদ্যাঃ হরেঃ পত্নীর্ববন্দায়তনাগত; ॥৭॥
তাভিঃ সম্মানিতেহত্যর্থং পরীক্ষিৎ পৃথিবীপতিম্
বিশ্রন্তঃসুখমাসীনোব্রজনাভমুবাচ হ ॥৮॥

---

অন্বয়—অভিগম্য (চংলক্লদুনা) অভিবাদ্য (তংখা ওক্লদুনা) নিজ মন্দিরম, (মাগীকোন্নুংদা) নিনায় পুশিল্লকখি) ৬॥

কৃষ্ণৈকগতমানসঃ (শ্রীকৃষ্ণবু পুক্লিংদা অনীলোংদনা নীংলবা) সঃ বীরঃ (কল্লবা পরীক্ষিংনা) পরিষ্বজ্য (খুংশনা কোন্দুনা) আয়তনাগতঃ (কোন্নুং মনুংদা চংলগা) রোহিণ্যাদ্যাঃ (রোহিনীনাহিংবী) হরেঃ (শ্রীকৃষ্ণগী) পত্নীং (ইবেম্মাশিংবু খুরুমখি) ॥৭॥

তাভিঃ (মখোয় পুম্নমক্লাম্ব) অত্যর্থং (থোইদোক্লা) সম্মানিতঃ (লুনা ওকপ্রে) পৃথিবী পতিম, পরিক্ষিৎ (লৈবাক্কা মপু ওইবা পরীক্ষিংনা) সুখম, (নুংঙ ইনা) বিশ্রান্তঃ (পোম্খাদুনা) আসীন (ফম্মগা) ব্রজনাভ (ব্রজনাভদা) হ (খংহন্না) উবাচ (হায়খি।) ৮।

---

অনুবাদ— অদুদা মা না কোন্নুং মনুংদগী খারক না মখুড়া থোকপা পরীক্ষিংকি মখোং শোক্লা খুরুমদুনা মাগী কোন্নুং তান্না পুশিল্লকখি।৬।

শ্রীকৃষ্ণদা পুক্লীংলোংদনা নীংগ্রবা কল্লবা পরীক্ষিং নিংথৌনা মনাংনা পোকপা শ্রীব্রজনাভবু চেংনা কোল্লগা কোন্নুং মনুংদ লাক্লুনা শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মা চামনিপাল (১০৮) গী অথোইবী রোহিণীনচিংবী মহারাণীশিংবু খুরুমখি ॥৭॥

ইবেম্মাশিংনা হৌনবী মতৃংইন্না লুনা ওকপ্রে, মহারাজ পরীক্ষিংনা কমকমদা ফমদুনা পোম্খারবা মতুংদা ব্রজনাভবু য়েংলগা হায়রকই ॥৮।

পরীক্ষিৎউবাচ—

তাত! ত্বংপিতৃভিৰ্নমস্মৎপিতৃপিতামহাঃ।
উদ্ধৃতাভূরিদুঃখৌঘাদহংচ পরিরক্ষিতঃ। ৯।
নপারয়াম্যহং তাত সাধু কৃত্বোপকারতঃ।
ত্বামতঃ প্রার্থযাম্যঙ্গসুখংরাজ্যেহনুযুজ্য তাম॥১০॥

অন্বয়— শ্রীপরীক্ষিৎ উবাচ—( শ্রীপরীক্ষিৎনা হায়খি -) তাত! (হে ইবুঙো!) ত্বং (নংগী) পিতৃভিঃ (নপুবোক্না) অস্মৎ (ঐগী) পিতৃপিতামহা (ঐগী ইপুশিংনা) ভূরি (অয়াম) দুঃখৌঘাৎ (অৱাবা মপৈদগী) উদ্ধৃতা (কনাবান) অহং চ (ঐসু শ্রীকৃষ্ণনা পুকনুংদগী ফাওবা কনবিরকখি) ॥৯॥

অতঃ (ঐনা) কৃত্বা উপকারতঃ (কানবা থবক তৌখিবা অতুগী) পারয়ামি (থবক অমতা চপ চাবা অমতা তৌরি) তাত! (ইবুংঙো!) সাধু (অফবা) অতঃ (মরম অসিদগী) ত্বাং (নংনা) সুখং (নুংঙাইনা) অঙ্গ! (ইবুংঙো) রাজ্যে (লৈবাক অসিদা) অনুযুজতাম (থবক তৌবা) প্রার্থয়ামি (তৌহনবিংঙি সাশনগী মতীক চাব মী হাপচিল্লু) ॥১০॥

অনুবাদ— শ্রীপরীক্ষিৎনা হায়খি—ইবুঙো ভজনাভ! নংবু পোকপা নপুবোকনা ঐগী ইপাইপুশিংবু তমবিরবা অৱাবগী মপৈ পুম্নমক্কী কনবিরকখি, ঐবুসু শ্রীকৃষ্ণনা ইমাগী পুকনুংদা লৈরিবৈদগী হোৎনা শ্রীকৃষ্ণনা কনবিরকুবনি। ৯॥

ঐনা নথোয়না তৌখিবা থবকশিং অতুগী চপ চাবা করিগুম্বা অফবা থবক অমত তৌরি; মরম অসিনা ইবুংঙো! নংনা নঙোন্দা ঐনা হায়রি নংগী থবক্তা নুংঙায়নবা খুৎ চাবা মীশিং হাপচিল্লু ॥১০॥

কোষসৈন্যাদিজাচিন্তা তথা-দমনাদিজা।
মনাগপি ন কার্য্যা তে সুসেব্যাঃ কিন্তুমাতরঃ ।।১১।।
নিবেদ্যময়ি কর্ত্তব্যঃ সর্ব্বাধি পরিবর্জ্জনম্।
শ্রুত্বৈ তং পরমপ্রীতোব্রজস্তং প্রত্যুবাচহ ।।১২।।

ব্রজনাভ উবাচ—
রাজন্ সুচিতমেতত্তেযদস্মাসু প্রভাষসে।
ত্বংপিত্রোপকৃতশ্চাহং ধনুর্বিদ্যাপ্রদানতঃ ॥১৩॥

---

অন্বয়—তে (নংগী) কোষঃ (লনগী) সৈন্যা দজা (লাম্মিগী ওইবা) তথা (অমদি) আরদমনাদিজা (য়েক্কবা নৈহৎপনচিংবা) কার্য্যা (থরক্কা) মনাগপি (রাখলদসু) ন (তৌফদে) কিন্তু (অদুদা) মাতরঃ (ইমাশিংগী) সুসেব্যাঃ (নিংথিনা সেবা তৌবা ওইয়ু) ।।১১।

সর্ব্বাধি (রাখল পুম্নমক) পরিবর্জ্জনম (থাদোকপা) কর্ত্তব্যং (তৌগদবতু) ময়ি ঐগোন্দা নিবেদ্য (হায়য়ু) ব্রজ, (ব্রজনাভনা এতৎশ্রুত্বা বা অদু তাবদা পরমপ্রীত, (নুংঙাইরবনা) তং (পরীক্ষিৎ নিংথৌদা) হ (ফাওনা) প্রত্যুবাচ (হায়খি) ।।১২

ব্রজনাভ উবাচ (শ্রী ব্রজনাভনা উবাচ (হায়খি)—রাজন্ (হে নিংথৌ।) তৎ (অদু) তে (নংনা) অস্মাসু (এঙোন্দা) যৎ (অদু) প্রভাষসে

---

অনুবাদ— ইবুংঙো ব্রজনাভ। নংগী লনগী ঙাকপা, লাম্মি চউ খৎপা, য়েক্কবা নৈহৎপানচিবা করিগুম মরমদা পুক্কি চংফদে, নংনা তশেংনা নমাশিংগী সেবাবু নাংথিজনা তৌবদা পুক্কিং চংঙু ।।১১।

অসিদা নংগী পুক্কিদা নুংঙাইতবগী মরম অমত্তা ঐঙোন্দা হায়য়ু, চিংনগনু। নিংথৌ পরীক্ষিৎকি বা অদু তাবদা ব্রজনাভনা ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইরবনা হায়খি ।।১২।

শ্রীব্রজনাভনা পরীক্ষিৎ নিংথৌদা হায়খি—হে নিংথৌ! নহাক্না

তস্মান্নাস্মাপি নোচিন্তা ক্ষাত্রং দৃঢ়মুপেয়ুষঃ।
কিন্ত্বেকাপরমাচিত্তে কিঞ্চিদ্বিচার্য্যতাম্ ॥১৪॥
মাথুরেণাভিষিক্তোঽপি স্থিতোঽহং নির্জ্জনেবনে।
গতা বৈ প্রজা অত্র ত্যা যত্র রাজ্যং প্ররোচ্যতে ॥১৫॥

---

অন্বয়— (হায়রে) ত্বংপিতোপকৃত: (নংবু পোকপনা তৌখিবা) ধর্ম্মবিত্তা (লৌরুংপায়বা প্রদানতঃ (তম্বাখিবনা) অহং (ঐবু) উপকৃতঃ (কান্নবা তৌবিখি) ॥১৩॥

তস্মাৎ (মরম অদুদগী) অস্মাৎ (মরিক অমা ফাউবা) অপি (সু) নচিন্তা (খল্লদে) ক্ষাত্রং (ক্ষত্রিয়গী ওইবা) দৃঢ়ং (অচেৎপা) উপেয়ুষঃ (ফংখি) কিংতু (অদুদা) একা (অমত্তং) তত্র (অদুদা) পরমা (অথোইবা) কিঞ্চিৎ (খরদং) বিচার্য্যতাম, (বাখল তৌবিয়ু) ॥১৪॥

তাত! (হে খুড়া ইবুংঙো) অহং (ঐনা) মথুরে (মথুরা অসিদা) অভিষিক্তো অপি (নিংথৌ ওইরবসু) নির্জ্জনে (চীরুবা) বনে (উমংদা) স্থিতোঽবৈ (লেপ্লক লৈরবা) যত্র (মফুদা) প্রজা অত্র্যা (লৈরিবা

---

অনুবাদ— তাকপাখিবা অমসুং অশোরেন নহাকপু পোকপা অভিমন্যু নসু ঐঙোন্দা লৌরুংতেনগী বিদ্যা য়াম্না তম্বীজনা যান্না কান্নখ্রবা তৌবিখি ॥১৩॥

মরম অদুদা ঐনা মরিক অমত্তা ফাউবা খল্লবা লৈতে, মহাক্কী থোৱান্দগী ঐনা ক্ষত্রিয়গী মতিক চারবা লান্ শোকনবগী বিদ্যাসু থম, থেংনা হৈখি, অদুদা ঐনা তশেংনা বাখল অমা খল্লি নহাকনা অদুগী বাখলদু অমুক্তা তৌবিয়ু ॥১৪॥

হে খুড়া ইবুংঙো! ঐনা মথুরাদা নিংথৌগী সিংহাসন্দা ফমদুনা নিংথৌ ওইরি, অদুন ওইনক ঐনা মঅচাকপা উমংদা লৈনিংঙি,

ইত্যুক্তোবিষ্ণুরাতস্তনন্দাদীনাং পুরোহিতম্
শাণ্ডিল্যমাজুহাবাশুব্রজসন্দেহনুত্তয়ে ।।১৬।।
অথোটজং বিহায়াশুশাণ্ডিল্যঃ সমুপাগতঃ ।
পূজিতোব্রজনাভেননিষসাদা সনোত্তমে ।।১৭

অন্বয়— প্রজাশিংনা) জগতা (কদায়দা চংপা) যত্র (মতুদা) রাজ্যং (লৈবাক্তা) প্ররোচাতে ( পামগনি ) ।।১৫ ।

ইতিউক্তঃ ( অসুম্না হায়খিবা তারগা ) বিষ্ণুরাতস্তু (পরীক্ষিংনা অতুদা) সন্দেহ ( চিংনবতু ) অনুত্তয়ে ( কোক্লবগীদমক ) নন্দাদীনাং (নন্দনচিংবগী অমদি গোপশিংগী) পুরোহিতম, (পুরোহিত ওইবা) শাণ্ডিল্যং (শাণ্ডিল্য মুনিবু) আশু (থুনা) ব্রজনাভায় (ব্রজনাভগীদমক) আজুহাব (কৌখি) ।।১৬।।

অথ মথংদা) শাণ্ডিল্যঃ (শাণ্ডিল্যমুনিনা অটজং উনাগী থাংপোকপু) বিহায় (থাদোক্লগা) আশু (থুনা) সমুপাগতঃ (লাকখি) ব্রজনাভেন (ব্রজনাভনা ) আসনোত্তমে (নীংথিবা আসন্দা) নিষসাদ (ফমুংহনখি) ১৭ ।

---

অনুবাদ— মওং অতু ওইরবদা প্রজাগী লৈবাক্তি মুংতাযবা প্রজাশিংনা মফম অসিদগী কদায়দা চংপা ।।১৫।।

ব্রজনাভনা হায়বা বা অতু তারবদা পরীক্ষিং নিংথৌনা মাগী চিংনবা অতু কোকনবগীদমক নন্দনাচংবা গোপশিংগী পুরোহিত ওইবা ঋষি পুন্নমক্তগী অখোইবা "শাণ্ডিল্য" কৌবা মুনিবু মথুরাদা কৌখি ।।১৬।।

মথংদা ঋষি অথোইবা শাণ্ডিল্যবু পরীক্ষিংনা কৌবা অতু তারতুনা মাগী উনাগী থাংপোক অদু থাদোকলমগা য়াম্না থুনা মফম অতুদা লাক্লুনা থুংলখি, অতুদা ব্রজনাভ নিংথৌনা ঋষিবু অথোইবা আসন্দা ফমহন্লগা পাদ্য—অর্ঘ্যানচিংবনা পূজা তৌখি ।।১৭।।

উপোদঘাতং বিষ্ণুরাতশ্চকারাশু তত্ত্বমো।
উবাচ পরমপ্রীতস্তাবুভৌ পরিসান্ত্বয়ন্ ।।১৮।।

শাণ্ডিল্য উবাচ।

শৃণুতং দত্তাচিত্তৌমেরহস্যং ব্রজভূমিজম্।
ব্রজনং ব্যাপ্তিরিত্যুক্ত্যা ব্যাপনাদব্রজউচ্যতে ।।১৯।।

---

অন্বয় - তত (অদুদা) অসৌ (অদুগুম্বা) বিষ্ণুরাতঃ (পরীক্ষিৎনা) উপোৎঘাতং (ওকপা) আশু (থুনা) চকার (তৌখি) তৌউভৌ (অনী অদুবু) পরমপ্রীতঃ (থোইনা পেল্লদুনা) সান্ত্বয়ন্ (থেম্ম থেম্মদুনা) উবচা (হায়খি।১৮।

শ্রীশাণ্ডিল্য উবাচ (শাণ্ডল্য মুনিনা হায়খি) তৌ (নিংথৌ অনী) !) ব্রজভূমিজং (ব্রজবৃন্দাবনগী) রহস্যং (অথুপ্পবু) দত্তাচিৎ (পুক্লিংচংনা শৃণুতং (তারো) মে (ঐঙোন্দগী) ব্রজনং (ব্রজন্—হায়ব শব্দ অসিগী অর্থদি শান্দোক্পা লৈবা হায়বনি) ব্যাপনাৎ (শন্দোক্নুনা লৈবদগী) ব্রজ উচ্যতে (ব্রজকৌরিবনি) ।।১৯।

---

অনুবাদ — মতম অদুদা পরীক্ষিৎ মহারাজ য়াম্না থুনা বাহৌদোক্নুনা খংহল্লবদা শাণ্ডিল্যনা পেম্বগা লোইননা নিংথৌ অনীমক্তা পুক্লিং ফাবা বাহৈনা হায়দুনা খংহল্লকই ।।১৮।।

শ্রীশাণ্ডিল্য মুনিনা হায়খি—হে নিংথৌ অনী! ব্রজবৃন্দাবনগী অথুপ্পবু হায়রগে তারো। "ব্রজন," হায়বা শব্দ অসিগী অর্থদি—শান্দোক্পা লৈ হায়বনি, অদুনা শন্দোক্পা লৈবদগী ব্রজ হায়না কৌনরিবনি ।।১৯।।

গুণাতীতং পরং ব্রহ্ম ব্যাপকং ব্রজ উচ্যতে।
সদানন্দং পরং জ্যোতির্মুক্তানাং পদমব্যয়ম্ ॥২০॥
অস্মিন্নন্দাত্মজঃ কৃষ্ণঃ সদানন্দাঙ্গবিগ্রহঃ।
আত্মারামশ্চাপ্তকামঃ প্রেমাক্তৈরনুভূয়তে ॥২১॥

---

অন্বয়— গুণাতীতং ( সত্ত্বনচিংবা গুণগী রাংমদা লৈত্রবা ) পরংব্রহ্ম (অথোইবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা) ব্যাপকং (শন্দোক্লা লৈবর) ব্রজ উচ্যতে (ব্রজ হায়না কৌই) সদানন্দং (মতম, পুম্বদা নুংঙাইবা) পরংজ্যোতিঃ (অথোইবা ওইনা ঙাম্বা) পদমব্যয়ম, (অমাং অতা লৈতবা) মুক্তানাং (অরান, খুবম, ফংপ্রবশিংগী লৈফমনি) ॥২০॥

অজ (হে) অস্মিন্ (বৃন্দাবন অসিদা) আত্মা রামঃ (মশা মতোমদা নুংঙাইবা) আপ্তকামঃ (অপাম্ব ফংপ্রবা) সদানন্দাঙ্গবিগ্রহঃ (মতম পুম্নমক্তা নুংঙাইবগী মশক ওইবা ) কৃষ্ণঃ ( শ্রীকৃষ্ণদা ) প্রেমাক্তৈঃ ( প্রেমরসদা লুপ্লবা ভক্তশিংনা ) অনুভূয়তে (লোংদবা ওইনা লৌই) ॥২১॥

---

অনুবাদ—ব্রজবৃন্দাবন অসিদি সত্ত্ব, রজ, তম,নচিংবা গুণ অহুমগী রাংমদা লৈ, অথোইবা ব্রহ্মগী মশকনি, পুম্নমক্তা শিন্থুনো লৈবনা মরম ওইহনা বেদনচিংবা শাস্ত্রনা ব্রজ হায়না কৌই, মফম অসিদি মতম পুম্বদা নুংঙাইবগী মশক ওই, ঙাল্লিবা পুম্নমক্তগী অথোইবনি, অমাং অতা লৈতনা অরান খুবম ফংপ্রবশিংগী লৈফমনি ॥২০॥

ইবুংঙো। ব্রজভূমি অসিদা মশা মতোমদা নুংঙাইবা অপাম্বা ফংবা, মতম পুম্নমক্তা নুংঙাইবগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণদা প্রেমরসদা লুপ্লবা ভক্তশিংনা লোংদবা ওইনা লৌই ॥২১॥

আত্মাতুরাধিকা তস্যতয়ৈব রমনাদসৌ।
আত্মারামতয়াপ্রাজ্ঞৈঃ পেচ্যতে গূঢ়বেদিভিঃ।।২২।।
কামাস্তু বাঞ্ছিতাস্তস্য গাবো গোপাশ্চ গোপিকা।
নিত্যাঃ সর্ব্বেবিহারাদ্যাঃ আপ্তকামস্ততস্ত্বয়ম্।।২৩।।

---

অন্বয়— নন্দাত্মজ (নন্দগী মুংঙায়নবা পোক্লবা শ্রীকৃষ্ণনা) তস্য (মাগী) আত্মাতু (থবাইদি) রাধিকা (বৃষভানুগী মচানুপী রাধিকানি) তস্য (মহাক্কি) তয়ৈব (অনী অসিগা লোইননা) অসৌ (কৃষ্ণনা) রমনাৎ (শান্নমিন্নবদগী) প্রাজ্ঞৈঃ (খংলবশিংনা) গূঢ়বেদিভি (অথুপ্পা খংবশিংনা) শ্রীকৃষ্ণঃ (শ্রীকৃষ্ণবু) আত্মারামঃ (মতোমদা মুংঙায়বা কৌই)।।২২।।

কামাস্তু (অপাম্বশিংদি) বাঞ্ছিতাঃ (অপাম্বা অদু ফংপ্রাবা) গাবঃ (ষণবীশিং) গোপাঃ (গোপশিংনা) গোপীকাঃ (গোপীশিংনা) সর্ব্বে (পুম্নমক্কা) নিত্যাঃ (মতমপুম্নমক্কা) বিহারাদ্যাঃ (শোন্নখি) ততঃ (অদুদগী) অয়ম্, (অসিবু) আপ্তকামঃ (নীংবথুংখি হায়বা অসি খংবখি)।।২৩।।

---

অনুবাদ— নন্দ মহারাজগী মুংঙায়নবা পোক্লবা শ্রীকৃষ্ণগী থবাইদি শ্রীরাধিকা কৌবী বৃষভানুগী মচা নুপী রাধিকানী অনী অসি মতম পুম্নমক্কা থাদোক্নদনা শান্নতুনা লৈ, অথুপ্পা খংলবা প্রেম রস খংলবা ভক্তশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু মশা মতোমদা মুংঙায়বা আত্মারাম কৌই।।২২।।

কাম হায়বা "শব্দ" অসিগী অর্থদি—অপাম্বা হায়বনি। অমদি—নিংবথুংবনি, মাবু নিংজবতনা ষণশিং গোপ, গোপীশিংনা নীংজবা অদু ফংখি। শ্রীকৃষ্ণনা ঐখোয়গা লোইনতুনা সেংদনা নীংবে থুংনা মুংঙায়বা ফংতুনা লৈখি। ইবুংঙো মাবু আপ্তকাম হায়নখি।।২৩।।

রহস্যমিদমেতস্য প্রকৃতেঃ পরমুচ্যতে।
প্রকৃত্যাখেলতস্তস্য লীলান্যৈরণুভূয়তে ॥২৪॥
সর্গস্থিত্যপ্যয়াযত্ররজঃ সত্ত্বতমোগুণৈঃ।
লীলৈবং দ্বিবিধাতস্যবাস্তবী—ব্যবহারিকী ॥২৫॥
বাস্তবীতৎ স্বসংবেদ্যাজীবানাংব্যবহারিকাঃ।
আদ্যাংবিনা দ্বিতীয়ানদ্বিতীয়ানাগ্যগাক্বচিৎ ॥২৬॥

---

অন্বয় এতস্য (শ্রীকৃষ্ণগী) প্রকৃতেঃ (প্রকৃতিদগী) পরমং (অথোইবা) ইদং (অসিগুম্বা) রহস্যং (অথুপ্পা) তস্য (মহাক্কি) লীলা (লীলাবু) খেলতঃ (শান্নথি) প্রকৃত্যা (প্রকৃতিনা) অন্যৈঃ (অতোপ্পা) অণুভূয়তে (লৌই) ॥২৪॥

রজঃ সত্ত্বতমোগুণৈঃ (রজগুণ, সত্ত্বগুণ, তমগুণনচিংবশিংনা) যত্র (অদুদা) সর্গস্থিতি অপায়া (ব্রহ্মাণ্ড আসবু শেম্বা, ডাকপা, লোইশিন্বগী মতমদা। এবং (অসিগুম্বা লীলা অসি) দ্বিবিধা (মখল অনীথোকই) তস্য (মহুদগীদি) বাস্তবী, ব্যবহারিকী অসিনি ॥২৫॥

তৎবাস্তবী (অদুম্বা পোৎশক ওইনা উংপা লীলা) স্বসংবেদ্যা

---

অনুবাদ— শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অসি প্রকৃতিগী বাংমদনি অমসু শান্নবনি হায়বদি অপ্রাকৃতনি, শ্রীভগবান্না মতম অমদা প্রাকৃত ওইবা থুপ্পবা থামদা লোইনবশিংগা লোইননা অকোংবা লীলা শান্নে। মতম অদুদা অতোপ্পা মীচমশিংনাসু লীলা অদুবু লৌখৎলি ॥২৪।

রজ, সত্ত্ব, তমনচিংবাগুণশিং অসিনা মরম ওইদুনা ব্রহ্মাণ্ড অসিগী সেম্বা ডাকপা, লোইশিনবা মতমদা শ্রীগোবিন্দগী বাস্তবী, হায়বা অমা ব্যবহারিক কৌবা লীলা অনী অসিদা শান্নে ॥২৫॥

বাস্তবী লীলাবু মশানা খংলবা হায়বদি রসিক শেখর ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী

যুবয়োচ রেয়ংতু তল্লীলা ব্যবহারিকী।
যত্রভূয়াদয়ো লোকাভুর্বি মথুরা মণ্ডলম, ।২৭।।

---

অন্বয়— ( মশানা নীংথিজনা খংলবনা ) ব্যবহারিকী ( পৃথিবীগী অরুম্বা লৌথোক্লবগী লীলানা) জীবানাং (জীবশিংগী অক্ববা ওইবা অসিবু ফোংদোকই। ) বাস্তবী (মশক উংপা নত্তনা ব্যবহারিকী। লীলা অতু ওইবা য়াদে ) দ্বিতীয়া (অনীশুবনা আচ্ছা (অহান্বগী বাস্তবী লীলা অতু) নক্চিং (করিগুম্বদা ওইদে) ।২৬।।

যুবয়োঃ ( মথোয় অনীগী ) চর ইয়ং ( উরিবা অসি ) তং লীলা ( অতুম্বা লীলা অতু ব্যবহারিকী লীলানি )। যত্র (অতুদ) ভূয়াদয়ঃ

---

অনুবাদ— মশাগী ওইবা রসবু চুপ্পদা মতীক চাববাঈ অতু তশেংনমক ব্রজভূমিদা ডাস্তোইরী অমনা ব্যবহারিক লীলা হায়বদি জীবগী মঙ্গল পিনবীবা, পৃথিবীগী অরুম্বা লৌথোকপা লীলাবু ব্রজভূমিদা, মথুরাদা দ্বারিকাদা ফোংদোকখি। অহানবদা হায়খিবা বাস্তবা লীলা অসি নত্তনা অনীশুবা ব্যবহারিকী লীলানা বাস্তবী লীলাদা চংবা য়াদে। অগুদিঃ— শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতে—(চৈতন্য চরিতামৃতদা হায়রে—রায়কহে কৃষ্ণ হয় ধীরললিত।

নিরন্তর কাম ক্রীড়া যাহার চরিত ।।

স্বয়ং ভগবানের কর্ম্ম নহেতার হরন।

স্থিতি কর্ত্তা বিষ্ণু করে জগৎ পালন। অসি রায়না হায়খি— শ্রীকৃষ্ণদি "ধীরললিত"নি। অতৎপা চৈতনা অপান্বা শান্নবা মহাক্কা লমচৎনি জগৎ অসিবু ডাক্লবা বিষ্ণুনা সৃষ্টি তৌই ।।২৬।।

মথোয় অনীগী উরিবা লীলা অসি ব্যবহারিকী লীলা ডাক্রনি, পৃথিবী, স্বর্গনচিংবা লোক পুম্নমক্তা শান্নম্বিবা অসি ব্যব হারিকী

অত্রৈবব্রজভূমিঃ সাযত্র তত্ত্বং সুগোপিতম্‌।
ভাসতেপ্রেমপুর্ণানাং কদাচিদপি সর্ব্বতঃ ॥২৮॥
কদাচিৎদ্বাপরস্যান্তেরহোলীলাধিকারিনঃ।
সমবেতাযদাসূর্যথেদানীং তদা হরিঃ ॥২৯॥

---

অন্বয়—লোকাঃ (পৃথিবী অমসু স্বর্গনচিংবা লোক পুন্নমক ব্যবহারিকী লীলাগী মনুংচল্লি) ভুবি (পৃথিবী অসিদদি) মাথুরা মণ্ডলম্‌ (মাথুরাদা লৈ) ॥২৭॥

অত্র (মফম অসিদা) ব্রজভূমিঃ (ব্রজবৃন্দবননা তক্লবা) তত্ত্বং (মরু ওইবাসু) সুগোপিতম্‌ (থুপ্পা থমপ্রে য়াম্না) কদাচিৎ (করিগুম্বদা) অপি (অমসু) সর্ব্বতঃ (পুন্নমক্তা) প্রেমপূর্ণানাং (প্রেমনা মপুং ফারবশিংগী মফমদা) ভাসতে (ঙাল্লি) ॥২৮॥

অষ্টবিংশতি (কুননিপালগুবা) দ্বাপরান্তে (দ্বাপর কোবা যুগগী অরোইতদা) লীলা ধিকারিনং (লীলা য়াওবা য়াবা) অত্র (অদুদা)

---

অনুবাদ—লীলা ঙাক্তনি অমনা পৃথিবী অসি মক্তদদি মথুরাদা লৈখরে ॥২৭॥

করিগুম্বা মফম অসিমক্তদা অসিগুম্বা শেংলবা মরু ওইবা, তত্ত্ব পুন্নমক থুপ্পা ঙাক্তনা লৈরি। প্রেম লৈবা ভক্তশিংগী মফমদা করিগুম্বদসু তত্ত্ব পুন্নমক অসি মপুং ফানা ঙান্দুনা লৈ ॥২৮॥

কলি কুন্নিপান গুবা দ্বাপরগী অরোইবদা শ্রীভগবানগী লংলবা রসগী মহাও লোবা য়াবা লোইনবা পুন্নমক পুদুনা তিন্নখি, মতম অদুদা ভগবান মশামক্না মনুংচনবা লোয়নবশিংগা লোইননা অবতার তৌখি। প্রমানদি—

স্বৈঃ সহাবতরেৎস্বেসু সমাবেশার্থমীপ্সিতাঃ।
তদাদে বাদয়োঽপ্যন্যেঽবতরন্তি সমন্ততঃ ॥৩০॥
সর্ব্বেষাং বাঞ্ছিতং কৃত্বা হরিরন্তর্হিতোঽভবৎ।
তেনাত্রত্রিধালোকাঃ স্থিতাঃ পূর্ব্বংনসংশয়ঃ ॥৩১॥

---

অন্বয়— সমবেতা ( অমত ওইবা পুন্দুনা ) যদা হরিঃ ( হরিনা অতুদা) ইদানীং (হৌজিক) তে (নখোয়না) স্যুঃ (ওইরি ॥২৯॥

ততঃ ( অতুদা ) সমাবেশার্থং ( পুন্দুনা শান্নবগীদমক ) ঈপ্সিতাঃ (পামতুনা) স্বেষু (লোইনবশিংগা লোইননা) স্বৈঃ (মশামক্তা) অবতরেৎ ( অবতা তৌগনি ) তদা ( অতুদা ) দেবাদয়ঃ ( লাইশিংনা ) অন্যে-অপি (অতোপ্পসু) সম (মতম অমতদা) অবতরন্তি (অবতার তৌখি ॥৩০॥

হরিঃ (শ্রীহরিনা অবতার তৌরগা) সর্ব্বেষাং (ভক্তশিংগী) বাঞ্ছিতং ( অপাম্বতু) অন্তর্হিতঃ (মনুং চনবা) অভবৎ (ওইখি) তেন (শ্রীহরিনা) অত্র (মফম অসিদা) ত্রিবিধা (মখল অহুম শুবা) লোকাঃ স্থিতাঃ (লোকতা লৈরিবা ভক্তশিংনা) পূর্ব্বং (হান্ননা লৈখ্রে) ন সংশয়ঃ (চিংনগম্মু) ॥৩১॥

---

অনুবাদ— মতম অতু মক্তদা থাদোক্লবা লৈত্রবা লোইনবশিংগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণনা লীলা শান্নখি ॥২৯॥

অসিগুম্বা শ্রীভগবান্না মতম অতুদা মাগী অপাম্বা লীলা শান্নবগীদমক মমুং চনবা মনাইশিং লোইনতুনা অবতার তৌখি। মতম অতুদা মাইকৈ মরি মক্তগী লাক্তুনা লাইশিংনা অমসু অতোপ্পা পুম্নমক মাগা লোইননা অবতার তৌখি ॥৩০॥

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌরগা ভক্তশিংগী অপাম্বা মপুংফাবা ওইখি। মরম অসিদগী মফম অসিদা হান্নদগী মমাংদা মখল অহুমগী ভক্তশিংনা হান্ননা থুংহনা লৈখ্রবনি। অসিগী মরমদা করিসু চিংননীঙায় লৈতে ॥৩১॥

নিত্যাস্তল্লিঙ্গবশ্চৈবদেবাত্মশ্চেতিভেদতঃ।
দেবাত্মাস্তেষুকৃষ্ণেণদ্বারিকাংপ্রাপিতাপুরা ।।৩২।।
পুনর্মৌসলমার্গেণস্বাধিকারেষ্চাপিতাঃ।
তল্লিঙ্গশ্চসদাকৃষ্ণঃ প্রেমানন্দৈকরূপিনঃ ।।৩৩।।

---

অন্বয়— তৎ ( অদুবু ) লিঙ্গবঃ ( পামজবশিংনা ) নিত্যাঃ (মতম পুম্নমক্তা) দেবাত্মশ্চ (ল।ইনচিংতসু) ইতি (অমুম্না) ভেদতঃ ( খমুবদগী ) তেষু (মথোয়শিং অসিদসু) দেবাত্মাঃ (লাইনচিংবশিংবু) দ্বারকাং (দ্বারকাদা) পুরা (মমাংঙৈদা) কৃষ্ণেণ (শ্রীকৃষ্ণনা) প্রাপিতা (পোকহনখ্রে ।।৩২।।

তৎলিঙ্গশ্চ (অদুবু পামজবনা) আপিতাঃ ( লাকপ্রবা লাইশিংনা ) স্বাধিকারেষু ( মাগী মাগী তৌবা য়াবদসু ) সদা ( মতম পুমনমক্তা) প্রেমানন্দৈক রূপিনঃ ( প্রেমানন্দগী মশক ওইবা ) কৃষ্ণঃ(শ্রীকৃষ্ণনসু ) আসিতা ( ফংহনখি) ।।৩৩।

---

অনুবাদ— অদুম গুবা ভক্তশিংগী মনুংদা লেংদনা লৈবা অমা অনি গুবদা লেংদনা লোইবনা পাম্না ভক্তশিং অদুম গুবদনা লাইশিং অদুম অসিগী মনুংদা লাইশিংদি শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌরিঙৈগী মমাংদা দ্বারিকাদা হাম্না পোক্কনা লৈখ্রে ।।৩২।।

অনুবাদ— অমুক হন্না শ্রীভগবাননা ব্রাহ্মণগী শাপতা মৌসল লীলানা মরম ওইদুনা হায়বদি মুসলবুনা লংজাগী মশক ওইহন্দুনা যদুবংশদা। চংপ্রবা লাইশিং অদু মাগী মাগী তৌবা য়াবা অদু তৌখি। অমনা মতম পুম্নদা লোইনজনীংবা হোৎনজবদগী ফংজবা মশক অদু পিবিখি ।৩৩।।

বিধায়স্বীয়নিত্যেষ, সমাবেশিতবাংস্তদা।
নিত্যা: সর্ব্বেহপ্যযোগ্যেষু দর্শনাভাবতাংগতা: ॥৩৪॥
ব্যাবহারিকলীলা স্থাস্তত্রযন্নাধিকারিনঃ।
পশ্যন্ত্যত্রাগতাস্তস্মান্নির্জনত্বং সমন্ততঃ ॥৩৫॥
তস্মাচ্চিন্তানতেকার্য্যাবজ্রনাভমদাজ্ঞয়া।
বাসয়াত্র বহূন, গ্রামান, সংসিদ্ধিস্তেভবিষ্যতি ॥৩৬॥

---

অন্বয়—

তদা ( অতুদা ) স্বীয়নিত্যেষ, ( মাগী মমুং চম্বশিংগা ) সমাবেশিতবান্ ( তিন্নহুনা ) সর্ব্বেঅপি ( পুন্নমকম্নু ) নিত্যাঃ ( লোইনবশিংগা ) যোগেষ, ( মতীকচারবশিংদা বাস্তবীলীলাবু ) বিধায় ( তৌরগা ) দর্শন অভাবগতাং (উহন্দে ) ॥৩৪॥

তস্মাৎ (মরম অসিদগী) তত্র ব্যাবহারিক: (ব্যবহারিকগী ওইবা) লীলাস্থা: (লীলাদা লৈবশিংনা) পশ্যন্তি (উবা ফংডি) অত্র (মফম অসিদা ) আগতা: (লাক্লবশিংনা) নাধিকারিন: (উবয়াদবশিংনা. বাস্তবীলীলাদা লৈপ্রব-শিংনা) নপশ্যন্তি ( উবা ফংদে ) তস্মাৎ ( মরম অসিদগী ) সমন্তত: (মায়কৈ পুন্নমক্তা) নির্জনত্বং (অহাংবাগুম্বা) অস্তি (লৈ) ॥৩৫॥

তস্মা (মরম অসিদগী) বজ্রনাভ। (হে ইবুংঙো বজ্রনাভ নিংথৌ!) তে (নংগী) নচিন্তা কার্য্যা (খনফদে) মৎ অজ্ঞয়া (ঐনা হায়বা অসিনা

---

অনুবাদ—

অতুদা মাগী মমুং চনবশিংগা তিন্নতুনা পুন্নমকম্নু লোইনবশিংগা মতীক চাবশিংদা বাস্তবী লীলাবুদি উহন্দে ॥৩৪॥

মরম আসদগী ব্যবহারিকগী ওইবা লীলাদা লৈবশিংনা উবা ফংও। মফম অসিদা লাক্লবশিংনা উবয়াদবশিংনা বাস্তবী লীলাদা লৈপ্রবশিংনা উবা ফংদে মরম অসিদগী মায়কৈ পুন্নমক্তা অহাংবগুম্বা লৈ ॥৩৫॥

মরম অসিনা হেবজ্রনাভ কোবা নিংথৌ। নখোয়না মরম অসিদা

কৃষ্ণলীলানুসারেণ কৃত্বানামানিসর্ব্বতঃ।
ত্বয়াবাসয়তাগ্রামান্‌সংসেব্যাভূরিয়ংপরা ॥৩৭॥
গোবর্দ্ধনেদীর্ঘপুরেমথুরায়াংমহাবনে।
নন্দিগ্রামেবৃহৎসানোকার্য্যারাজ্যস্থিতিত্বয়া ॥৩৮॥

---

অন্বয়—

মরম ওইহৃনা) অত্র (মফম অসিদা) বহূন্‌ (অয়াম্বা) গ্রামান্‌ (খুনশিংবু) বাসয় (লৈহল্লু তাহল্লু) তে (নংগী) সংসিদ্ধিঃ (চংখোল্লা নীংবা থুংবা) ভবিষ্যতি (ওইরগনি) ॥৩৬॥

কৃষ্ণলীলা (ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা শাল্লখিবা) সর্ব্বতঃ (মফম পুম্নমক্তা) লীলানুসারেণ (লীলা অতুগী মতুংইন্না) নামানি (মিং পুম্নমক) কৃত্বা (কৌহৃনা) গ্রামান্‌ (খুঙ্গং পুন্নককপু) বাসয়তা (লৈহল্লু) পরা (অখোইবা) ভূরিয়ং (ব্রজবৃন্দাবনবু) সংসেব্যা (চংখোল্লা সেবা তৌ) ॥৩৭॥

গোবর্দ্ধনে (গোবর্দ্ধন কৌবা চীংদা) দীর্ঘপুরে (ডিগতা) মথুরায়াং (মথুরাদা) গোকুলে (গোকুলদা) মহাবনে (বনজাউদা) নন্দিগ্রামে (নন্দগ্রামদা) বৃহৎসানু (বর্ষান্দা) ত্বয়া (নংনা) রাজ্যস্থিতি (কোন্নুং সেমহৃনা—শাহৃনা থম্মু) ॥৩৮॥

---

অনুবাদ—

থল্লুরগন্ত—ঐনা হায়রিবা মফম অসিদা কোন্নুং কয়া, খুঙ্গং কয়া শারগা মীয়াম লৈহল্লু, অতুতদা নংগী নীংবা পুম্নমক থুংগনি ॥৩৬॥

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মফম-মফম খুদিংদা শাল্লখিবা লীলা, অতুগী মতুংইন্না খুঙ্গং অতুগী মমিং কৌহৃনা খুন ময়ামদা তাহল্লু—মী লৈহল্লু, তরু-তরুবা ব্রজভূমি অমা ওইহল্লু ॥৩৭॥

গোবর্দ্ধন্দা, ডিগতা, মথুরাদা, গোকুলদা, বনজাউদা, নন্দগ্রামদা, বর্ষান্দা, নংনা কোন্নুং সেমহৃনা—শাহৃনা থম্মু ॥৩৮॥

**নদ্যাদ্রিদ্রোণিকুণ্ডাদিকুঞ্জান,সংসেবতস্তব।**
**রাজ্যেপ্রজাঃ সুসম্পন্নাস্ত্বঞ্চপ্রীতোভবিষ্যতি ॥৩৯॥**
**সচ্চিদানন্দ ভূরেষা ত্বয়া সেব্যাপ্রযত্নতঃ।**
**তবকৃষ্ণ স্থলান্যত্র স্ফুরন্তমদনুগ্রহাৎ ॥৪০॥**

অন্বয়—

নদী (তুরেন) অদ্রি (চীং) দ্রোণি (চীং খাংহায়বদি চীংশাং) কুণ্ড (কুণ্ড) কুঞ্জান্ (কুঞ্জশিংবু) সংসেবতঃ (নীংথিজনা সেন্নবদা) রাজ্যে (লৈবাক্তা) প্রজাঃ (মীপুম্নমক্তা) সুসম্পন্নাঃ (চংখোন্না চাউখৎপা) ত্বংচ (নংসু) প্রীতো পেন্না ভবিষ্যতি (ওইরকনি) ॥৩৯॥

সচ্চিদানন্দ (সৎ-লেংদবা, আনন্দগী মশক ওইবা এষা ভূঃ (ব্রজভূমি অসিবু) ত্বয়া (নংনা) প্রযত্নতঃ (য়াম্না চেকশিন্না) সেব্যা (সেমশাগদোবনি) কৃষ্ণস্থলানি (শ্রীকৃষ্ণগী শান্নফম পুম্নমকপু) মদনুগ্রহাৎ (ঐনা তৌকপা অসিদগী) তবস্ফুরন্তু (নংগী নফমদা শান্না ওইরসনু ॥৪০॥

অনুবাদ—

নিংথৌ নংনা মফম খুদিংদা লৈরগা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা শান্নফম ওইখিবা তুরেন, চীং, চীংশাং, থাজপাৎ, কুণ্ড, কুঞ্জবননচিংবাবু সেমগত্তুনা থম্নবদি অদুনা মরম ওইদুনা নরৈবাক্তা লৈরিবা প্রজাশিংনা মীপুম্নমক্না চাউখৎপা ওইগনি অমনা নংসু নুংঙায়গনি। ৩৯॥

ব্রজভূমি অসি সৎ-চিৎ-আনন্দগী মশকনি, মরম অসিনা য়াম্না চেকশিন্নগা লোইননা শেম শাবদা মতীক চাই অমদি শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী লীলা কয়া শান্নফম—মফম লৈ, ঐনা হায়বা অসিদগী নংঙোন্দা ঙাল্লসনু, থংবা ওইজরো ॥৪০॥

ব্রজসংসেবনাদস্য উদ্ধবত্বাং মিলিষ্যতি।
ততোরহস্যমেতস্মাৎপ্রাপ্স্যতিত্বং সমাতৃকঃ ॥৪১॥
এবমুক্ত্বাতুশাণ্ডিল্যোগতঃ কৃষ্ণমনুস্মরণ্।
বিষ্ণুরাতোহথব্রজশ্চপরাংপ্রীতিমবাপতুঃ। ৪২॥

ইতি শ্রীস্কন্দ মহাপুরাণে একাশীতি সহস্রাং সংহিতায়াংদ্বিতীয়ে-বৈষ্ণবখণ্ডে শ্রীমদ্ভাগবত মাহাত্ম্যেশাণ্ডিল্য ঋষি কর্ত্তৃক উপদিষ্ট ব্রজভুমে মাহাত্ম্য বর্ণনং নামক প্রথম অধ্যায়ঃ ॥১॥

অন্বয়—

ব্রজ। (হেব্রজনাভ।) ত্বাং (নংনা) অস্য (ব্রজভূমিগী) সংসেবনাৎ (সেমগৎপদগী) উদ্ধবঃ (উদ্ধবপু মিলিষ্যতি (উনগনি) ততঃ (অদুদগীদি) ত্বং (নংনা) সমাতৃকং (নমাশিংগা লোইননা) এতৎরহস্যং (ঞজগী অথুপ্পা অদু) প্রাপ্স্যাসি (ফংগনি) ॥৪১॥

শাণ্ডিল্যঃ ( শাণ্ডিল্য মুনিনা ) অথ (মথংদা) বিষ্ণুরাতঃ ব্রজঃ চ (ব্রজনাভ অমসু পরীক্ষিৎ অনীদা) এবং উক্ত্বা (অসি হায়রম্লগা) কৃষ্ণং (শ্রীকৃষ্ণবু অনু স্মরণ্ নীংশংলদুনা) গতঃ মাগী আশ্রমদা চংখ্রে ) অথ (ঋষিগী পাউতাক তাবদা) পরাং (থোইদোকনা পরীক্ষিৎ অমসু ব্রজনাভ অনীনা ) প্রীতিম্ (অপেম্বা) অবাপতু (ফংখি—ওইখি) ॥৪২॥

অনুবাদ—

ঋষি অথোইবা শাণ্ডিল্যনা ব্রজনাভ নিংথৌ পরীক্ষিৎ অনীদা অসিগুম্বা পাউতাক অসি হায়রম্লগা শ্রীকৃষ্ণবু নীংশিংদুনা মাগী আশ্রমদা চংখ্রে= হনখ্রে, পরীক্ষিৎ অমসু ব্রজনাভ অনীনা ঋষি শাণ্ডিল্যগী পাউতাক্তা ওমখৈ লৈত্তনা মুংঙায়রখি ॥৪২॥

মতাং অসিদা স্কন্দ মহাপুরাণ্দা লিশিং মরিফুমাথোইগুবা সংহিতাদা শাণ্ডিল্য ঋষিনা পাউতাকপিখিবা ব্রজভূমিগী মতীক মগুণ হায়না কৌবা অহানবা তাংকক লোইরে ॥১॥

# মণিপুরী শ্রীমদ্ভাগবত মাহাত্ম্যম

## অথদ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ।

শ্রীপরীক্ষিৎপ্রভৃতীনাং কৃষ্ণ পত্নীনাঞ্চ সংকীর্ত্তনোৎসবে শ্রীউদ্ধবদর্শনম্ ।।

শ্রীপরিক্ষৎনা শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মাশিংগা লোইননা সংকীর্ত্তন তৌবদা উদ্ধবগা উনবা অদু অনীশুবা অধ্যায় অসিদা হায়রি ।

ঋষয় উচুঃ :—

শণ্ডিল্যেতৌ সমাদিশ্য পরাবৃত্তে স্বমাশ্রমম্ ।
কিং কথং চক্রতু স্তৌতুরাজানৌ সুতত্বদ ।।১।।

---

অন্বয় —

শ্রীঋষয়উচুঃ (ঋষিশিংনা হংখি) সূত ! হে সূত ! ) শাণ্ডিল্যঃ (শণ্ডিলা মুনিনা) তৌতু নিংথৌ ব্রজনাভ অমদি নিংথৌ পরিক্ষৎতা) সমাদিশ্য (পাউতাক পিরম্নগা) স্ব (মাগী) আশ্রমম, (আশ্রমদা লৈফমদা) পরাবৃত্তে (হনগ্রবদা) তৌ (নিংথৌ অনীনা) কিংচক্রতুঃ ( করি তৌগ্রবগে ? ) কথং (করম্বা) তৎ (অদু) বদ হায়বিয়ু । ১।।

অনুবাদ—

ঋষিশিংনা হংখি—হে সূত ! ঋষি অথোইবা শাণ্ডিল্যনা নিংথৌ ব্রজনাভ অমদি পরীক্ষিৎ অনীমক্তা পাউতাক পীরম্নগা মাগী লৈফমদা হনগ্রে, মথংদা নিংথৌ অনীনা করিগুম্বা করম্বা থবক তৌখিবগে ? মদু ঐখোয়দা হায়বিয় ।।১।।

শ্রীসূত উবাচ।

ততস্ত বিষ্ণুরাতেন শ্রেণী মুখ্যা সহস্রশঃ।
ইন্দ্রপ্রস্থাৎ সমানায্য মথুরা স্থানমাপিতাঃ ॥২॥
মাথুরান, ব্রাহ্মণাং স্তত্র বানরাংশ্চ পুরাতনান,।
বিজ্ঞায় মাননীয় ত্বং তেষু স্থাপিতবান,স্বরাট, ॥৩॥
ব্রজস্ত তৎ সহায়েন শাণ্ডিল্যস্যাপ্যনুগ্রহাৎ।
গোবিন্দ গোপ-গোপীনাং লীলা স্থানান্যনুক্রমাৎ ॥৪॥

---

অন্বয় —

শ্রীসূত উবাচ — (শ্রীসূতনা হায়খি — ) ততস্ত (মতুং অতুদা) বিষ্ণুরা-তেন (পরীক্ষৎ নিংথৌনা) ইন্দ্রপ্রস্থাৎ (ইন্দ্রপ্রস্থ কৌবা লৈবাক্কী) শ্রেনী মুখ্যাঃ (ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়নচিংবা মরুওইবা) সহস্রশঃ (লিশিং-লিশিং) সমানয্য (পুরক্তুনা) অস্থানং (মীতাদ্রবা) মথুরায়াং (মথুরাদা) আপিতাং (লৈহনখি) ॥২॥

তত্র (মফম অদুদা) স্বরাট, (নিংথৌরেন পরীক্ষিৎনা) মাথুরান, (মথুরাদা) ব্রাহ্মনান, (ব্রাহ্মনশিং) বানরান,চ (য়োংশিংসু) পুরাতনান, (মতম কুইনা লৈরকপনি) বিজ্ঞায় (খংলতুনা) তেষু (মখোয়দা) মাননীয়ত্বং (লুনা তৌতুনাথমখি) ॥৩॥

ব্রজস্ত (ব্রজ নাভস্তু) তৎ সহায়েন (পরিক্ষিৎকি মতেংনা) শাণ্ডিল্যস্য

---

অনুবাদ—

শ্রীসূতনা হায়খি— মথংদা নিংথৌ পারীক্ষিৎনা ইন্দ্রপ্রস্থদগী ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয়নচিংবা মরু ওইবা মীশিং লিশিং-লিশিং পুরক্তুনা মী তাদ্রবা মথুরাদা কোম্নুং অমা শেমতুনা লৈহনখি ॥২॥

মথংদা নিংথৌরেন পরীক্ষৎনা মথুরাদা ব্রাহ্মনশিংনা অমসু য়োংশিংনা মতম কুইনা লৈরকপনি খংলতুনা মখোয়বু য়াম্না লুনা চাম্না থমখি ॥৩॥

ব্রজনাভস্তু পরিক্ষিৎ নিংথৌগী মতেংনা, শাণ্ডিল্যগী থৌজান্দগী

**ৎবজ্ঞায়াভিধয়া স্থাপ্যগ্রামান, বাসয়দ্বহূন,।**
**কুণ্ড-কূপাদি-পূর্ত্তেণ শিবাদি স্থাপনেনচ ॥৫॥**
**গোবিন্দ হরিদেবাদি স্বরূপারোপনেনচ।**
**কৃষ্ণেক ভক্তিং স্বেরাজ্যেতত্তানচমুমোদচ ॥৬॥**

অন্বয়—

(শাণ্ডিল্যগী) অনুগ্রহাৎ (থৌজান্দগী) গোবিন্দ (শ্রীগোবিন্দ গোপ-গোপীনাং (গোপ-গোপীশিংগী) লীলা স্থানানি (লীলা শান্নফমশিংবু) অনুক্রমাৎ (মথং-মথং ওইনা শেমগৎখি)। ৪॥

বিজ্ঞায়াভিধয়া (খংহন্নদগী খংলহনা) স্থাপ্য (মমিং থোল্লহনা) গ্রামান্ (খুঙ্গংশিং) বহূন্ (অয়াম্ববু) বাসয়ৎ (লৈহনখি) কুণ্ড-কূপ্যাদি (কুণ্ড-গুহানচিংবা) পূর্ত্তেন (পুকশ্রী) শিবাদি (গোপেশ্বর মহাদেবনচিংবা) স্বরূপেনচ (মশক ওইনসু লিংখৎখি) ॥৫॥

গোবিন্দ (শ্রীগোবিন্দজিউ, গোবর্দ্ধন,) গোবর্দ্ধন হরি দেবদি (গোবর্দ্ধন, শ্রীহরি দেবনচিংবা) স্বরূপ (মশক) আরোপনেনচ (লিংখৎপনসু) স্বেরাজ্যে (মশাগী লৈবাক্তা) কৃষ্ণেকভক্তিং (অমত ভায়রবা শ্রীকৃষ্ণগী ভাক্তবু)

---

অনুবাদ—

শ্রীগোবিন্দজিউগী, গোপ, গোপীশিংগী লীলা শান্নফমশিংবু মথং-মথং ওইনা শেমগৎখি ॥৪॥

মথং মনাও নাইনা মথং-মথং মমিং অমমম থোন্দুনা খুঙ্গং কয়া, কোম্নুং কয়া শেমগৎখি, মফম অমদা কুণ্ড অমদনা গুহা, পুকশ্রীনচিংবা তৌখি, মফম অমদা শ্রীগোপেশ্বর মহাদেবনচিংবগী শিব লিঙ্গ লিংখৎখি ॥৫॥

শ্রীবৃন্দাবনদা শ্রীগোবিন্দজিউগী শ্রীগোবর্দ্ধন্দা, শ্রীহরি দেবগী, শ্রীমথুরাদা শ্রীকেশব জিউনচিংবা মিংথোনহনা শ্রীভগবানগী শ্রীমূর্ত্তি

**প্রজাস্তমুদিতা স্তস্য কৃষ্ণ কীর্ত্তনতৎ পরাঃ।**

**পরমানন্দ সম্পন্না রাজ্যে তস্যৈব তুষ্টুবুঃ ॥৭॥**

**একদা কৃষ্ণপাত্ন্যস্ত শ্রীকৃষ্ণবিরহাতুরাঃ।**

**কালিন্দীং মুদিতাং বীক্ষ্য পপ্রচ্ছুর্গতমৎসরাঃ ॥৮॥**

---

অন্বয় -

হ (নীংথিজনা) ততান (শন্দোকখি) মুমোদচ (নুংঙায়বসু ওইখি—হল্লাউনখি) ॥৬॥

প্রজাস্তু (প্রজা পুম্নমক্না) কৃষ্ণকীর্ত্তন তৎপরা (শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোম্বদসু পূক্লিং চংবশিংনা) পরমানন্দ সম্পন্না (ঙমখৈ লৈতনা হল্লাউরবা) তস্যরাজ্যে (মাগী লৈবাক অতুদা) এব (অতুগুম্না) তুষ্টুবুঃ (থাগৎনখি) ॥৭॥

একদা (নোংমা) শ্রীকৃষ্ণ বিরহাতুরাঃ (শ্রীকৃষ্ণবু কায়নবদা বারশীশিং) কৃষ্ণ পত্ন্যস্তু (শ্রীকৃষ্ণগী চান্নথোইরবীশিংনা) কালিন্দীং (কোলিন্দীবু) মুদিতাং (নুংঙায়না লৈবা) বীক্ষ্য (উবগা) মৎসরাঃ (নুংনাংলবী শিংনা) পপ্রচ্ছুঃ (হংখি) ॥৮॥

---

অনুবাদ—

লিংখৎপনা মরৈবাক্তনা অমতা ঙায়রবা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিবু শন্দোকপদা ঙমখৈ লৈতনা নুংঙায়বা ওইনখি ॥৬॥

অসিগুম্না প্রজাশিংনসু মতম পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোম্বদা পুক্লিং চংবনা থোইনা নুংঙায়বগী সমুদ্রদা নুপ্পখি, মথোয় পুম্নমক্না য়াম্না হল্লাউনা লৈবাক অতুগী মী পুম্নমক্না থাগৎনখি ॥৭॥

নোংমা শ্রীকৃষ্ণবু কায়নবদা বারবী শ্রীকৃষ্ণগী চান্নথোইরবী শিংনা নোম্নবী ওইবী শ্রীকালিন্দীনা নুংঙায়না লৈবা উরগা নুংনাংলবীশিংনা অমাদ পুক্লিং শেংনা হংখি ॥৮॥

**শ্রীকৃষ্ণ পত্ন্যূবাচঃ**

**যথা বয়ং কৃষ্ণ পত্ন্যস্তথাত্বমপি শোভণে।**
**বয়ং বিরহতুঃ খার্ত্তাস্ত্বং ন কালিন্দি তদ্বদ ॥৯॥**
**তচ্ছুত্বা স্ময়মানা সা কালিন্দী বাক্যমব্রবীৎ।**
**সা পাত্ম্যং বীক্ষ্য তন্তাসাংকরুণাপরমানসা ॥১০॥**

অন্বয় –

শ্রীকৃষ্ণ পত্মাউচুঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংনা হায়খি— শোভনে ! ( হে নীংথিজরবী ! ) বয়ম, ( ঐখোয়না ) কৃষ্ণপত্ন্যঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী লোইনবী ওাক্তনি ) তথা ( অদুগুম্না ত্বমপি ( নংসু শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী অমনি ) বয়ম, ( ঐখোয়না ) বিরহতুঃ খার্ত্তাঃ ( শ্রীকৃষ্ণবু কায়নবদা বারি ) ত্বং ( নংনা ) ন ( বাদে ) তৎ ( অদু ) বদ হায়য়ু ॥৯॥

কালিন্দী ( কালিন্দীনা ) সাপত্ন্যং ( লোন্নবীগী ) তৎ ( অদুগুম্বা অদুবু ) শ্রুত্বা ( তারগা ) করুনা ( থৌজান্দুনা ) পারমানসা ( থুংশিরহুনা ) স্ময়মানা (মোন্‌মোন্না নোকবী) সা (অদুগুগী কালিন্দীনা) বীক্ষ্য (য়েংলহুনা) বাক্যং ( বা অদুবু ) অব্রবীৎ হায়খি ॥১০॥

অনুবাদ—

শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংনা কালিন্দীদা হায়খি — হে নীংথিজরবী ! ঐখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী মহারাণীনি, অদুগুম্না নংসু ইবুংঙো মাগী মহারাণীনি অদুদা ঐখোয়না ইবুংঙো মাবু কায়নবদা অহিং থুংথিলদা চাক্তনা লৈরি, অদুগা নংগী থমোয়দা ঐথোয়গুম্না অৱাবগী খুদম অমতা উবা ফংদে, মরম অদু ঐখোয়দা হায়বু ॥৯॥

কালিন্দীনা মাগী লোন্নবীশিংগী অৱাবা অদুদা অৱাবা অদু য়ারহুনা মখোয়গী মফমদা থোইনা থুংশিরহুনা হায়ফেৎ নোক্তনা মথাগী বাহৈশিং অসিবু হায়খি ॥১০॥

শ্রীকালিন্দ্যুবাচ।

আত্মারমস্য কৃষ্ণস্যঃ ধ্রুবমাত্মাস্তিরাধিকা।
তস্যা দাস্য প্রভাবেণ বিরহোঽস্মান্নসং স্পৃশেৎ ॥১১॥
তস্যা এবাংশবিস্তারাঃ সর্ব্বাঃ শ্রীকৃষ্ণ নায়িকঃ।
নিত্যসম্ভোগ এবাস্তিতস্যাঃ সাম্মুখ্য যোগতঃ ॥১২।

---

অন্বয়—

শ্রীকালিন্দী উবাচ (কালিন্দীনা হায়খি) আত্মারামস্য (মশা মতোমদদা নুংঙায়বা) কৃষ্ণস্য (শ্রীকৃষ্ণগী) আত্মা (থবাইনা) রাধিকা (রাধিকানা) অস্তি (ওই) তস্যাঃ (রাধিকাগী) দাস্য প্রভাবেন (মাগী মনাই ওইবনা) অস্মান (ঐঙোন্দা) বিরহঃ (কায়নবনা) ন সংস্পৃশেৎ (শোকপা ঙমদে ॥১১॥

শ্রীকৃষ্ণস্যঃ (শ্রীকৃষ্ণগী) সর্ব্বাঃ (অয়ামা) নায়িকাঃ (নায়িকাশিংনা) তস্যাঃ (মহাশক্তি—রাধিকাগী) এব (অসুম্মা) অংশবিস্তারাঃ (শরুকশিং অদু চায়থোকাখ অদুনা) তস্যাঃ (রাধিকাগী) সাম্মুখ্যযোগতঃ মাই ওনশিন্না তিনদুনা) নিত্য সম্ভোগঅস্তি (লোইনদুনা লৈরি) ॥১২॥

---

অনুবাদ—

কালিন্দীনা হায়খি— মশামতোমদদা নুংঙায়বা ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী থবাইনা শ্রীরাধিকানি, মীনা রাধিকাগী মনাইনি, মাগী মনাই ওইবদগী শ্রীকৃষ্ণব কায়নবগী শরাবত্ ঐঙোন্দা লৈতে ॥১১।

শ্রীকৃষ্ণগী নায়িকা পুম্নমক শ্রীরাধিকা মকনি, মাগী শরুকশিং অদু শন্দোকখি— হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী লেংদ্রবী উরি ওইরে। শ্রীরাধিকাগী অনৌবা মনা অদুনা লৈগী মফম অমা ওইরে। অদুগুম্বী রাধিকা অদুগা শাইননা শ্রীকৃষ্ণনা নিত্য ওইনা সম্ভোগ ওইবা অদুম্না লৈবা মহাকপু তশেংনা উই। অতোপ্পী নায়িকা ময়ামসু নিত্য ওইনা শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা সম্ভোগ ওইদুনা লৈ ॥১২॥

স এব সা সদৈবাস্তি বংশীতং প্রেম রূপিকা।
শ্রীকৃষ্ণ নখচন্দ্রিকা সঙ্গাচ্চন্দ্রাবলী স্মৃতা।১৩।
রূপান্তরমগৃহ্নানা তয়োঃ সেবাতিলালসা।
রুক্মিন্যাদিসমা বেশো ময়াত্রৈব বিলোকিতাঃ॥১৪॥

---

অন্বয়—

স (শ্রীকৃষ্ণনা) [illegible] স। এব (শ্রীরাধিকা [illegible]) সএব (শ্রীকৃষ্ণ [illegible]) [illegible] প্রেম রূপিকা (প্রেম [illegible]) [illegible] চন্দ্রসা (শ্রীকৃষ্ণ কোর অমুবা থাজগী) [illegible] ওইবা থাজনা) সঙ্গাৎ ([illegible]) চন্দ্রা [illegible] (চন্দ্রাবলী [illegible]) স্মৃতা ([illegible]) ১৩

তয়োঃ (বাধা কৃষ্ণ [illegible]) সেবা [illegible] যান্না পামজত্তুনা) চন্দ্রাবলী (চন্দ্রাবলী) [illegible] নশক অমা ওইনা) অগৃহ্নান [illegible] কক্মিন্যাদি (রুক্মিনীনাচংবী সখীসিংনা [illegible] অত্রৈব ([illegible]) (উমখবে) ॥১৪॥

---

অনুবাদ—

শ্রীকৃষ্ণ অসিমক শ্রীরাধিক না, শ্রীরাধিক অসিমক শ্রীকৃষ্ণনি হায়ব দ অনীগী প্রেমাদ বংশী না হায়না। মে ংদোক্ত শ্রীকৃষ্ণগী খুজিলগী মশক ওইবা থাজনা পুন্না লৈননবদগী চন্দ্রাবলী সাখগী মশক ওইখি। ১৩

শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনীগী সেবাতবু যান্না পামজবদগী চন্দ্রাবলী সখিনা অতোপ্পা মশক অমা লৌখদ্রবে এনা শ্রীরাধিকাদা রুক্মিনীনচিংবী সখিশিংনা চংখিবতু উংগ্রে। ১৪।

যুষ্মাকমপি কৃষ্ণেণ বিরহোনৈব সর্ব্বতঃ।
কিন্তু এবং নজানীথ তস্মাদ্ব্যাকুলতামিতঃ ॥১৫।
এবমেবাত্র গোপীনাম, ক্রুরাবসরে পুরা।
বিরহভাস এবা সৌহৃদ্ধবেন সমাহিতা ॥১৬।
তেনৈব ভবতীনাং চেদ বেদ ত্রসমাগমঃ।
তর্হিনিত্যং স্বকান্তেন বিহার মপিলপ্স্যথ ॥১৭॥

অন্বয়—

যুষ্মাকং অপি (নখোয়সু)কৃষ্ণেন (শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা) সর্ব্বতঃ (মতম পুম্নমক্তা) নৈববিরাহঃ (কায়নরোই) এবং (অসিবু) নজানীথ (খংদ্রে) তস্মাৎ (মরম অসিদগী) ইতঃ (অসুম্না) ব্যাকুলিতাম, (বাবিবনি ॥১৫।

পুরা (মমাংঙৈদা) অক্রূরাবসরে (অক্রূরানা বৃন্দাবনদা লাকপা মতমদা) গোপীনাং (গোপীশিংগী) এবং (অসিগুম্না বিরহ ভাস (কায়নবগী মঙাল অদু) আসীৎ (ওইখি) উদ্ধবেণ (উদ্ধবনা) সমাহিতা (থেমহুন অরাবা কোকহনখি) ॥১৬॥

ভবতীনাং (নখোয়না) অত্র (মফম অসিদা) তেন এব (অদুগুম্না) সমাগমঃ চেৎ (উদ্ধবনা লাক্কুনা উনরবদি) অবেদ (খংহল্লবা তর্হি (অদুদা)

অনুবাদ—

অসুম্না নখোয়সু শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা করিগুম্বদা কায়নবা, ওইরোই, নখোয়না মম্লুংগী অথুপ্পা অদু খংদ্রে, মরম অসিদগী অসুক য়াম্না বারিবনি ॥১৫॥

মমাংঙৈদা অক্রূরনা লাকপা মতমদা গোপীশিংগীসু অসিগুম্না কায়নবগী মঙাল অদু ঊংখি, অদুদা উদ্ধবনা লাক্কুনা থেম্নগা নখোয়না কৃষ্ণ কায়নবগী অৱাব অদু কোকহনখি। ১৬॥

শ্রীউদ্ধব বৈষ্ণবনা মফম অসিদা লাক্কুনা উনরবদি অদুদা নখো য়সু

শ্রীসূত উবচ ।

এবমুক্তাস্তুতাঃ পত্ন্যঃ প্রসন্নাঃ পুনরব্রুবম্ ।
উদ্ধবালোকনে নাত্মপ্রেষ্ঠ সঙ্গমলালসাঃ ।।১৮।।

শ্রীকৃষ্ণ পত্ন্য উবাচঃ ।

ধন্যাসি সখিকান্তেন যস্যানৈবাস্তি বিচ্যুতি ।
যতস্তে স্বার্থ সংসিদ্ধিস্তস্যাদাস্যো বভূবিম ।১৯।

---

অন্বয় —

নিত্যং (নুমিৎ খুদিংগী) স্বকান্তেন (নবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা) বিহারম, (শান্নবা) অপি (সু) লপ্স্যাথ (ফংগনি) ।১৭।

শ্রীসূত উবাচ ( শ্রীসূতনা হায়খি—হে ঋষি পুম্নমক ! ) এবংউক্তাতু ( কালিন্দীনা অসুম্না হায়রবদা ) উদ্ধব আলোকনেন ( উদ্ধববু উনবনা ) আত্মপ্রেষ্ঠ (মথরায়গী নুংশিজরবা শ্রীকৃষ্ণবু) সঙ্গমলালসা ( তিন্নজবা পান্নবী) তাঃ পত্নঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংনা ) পুনঃ ( অমুক হন্না) অব্রুবম্ ( হায়খি ) ।।১৮ ।

শ্রীকৃষ্ণ পাত্ন্য উচু— ( শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংনা হায়খি — ) সখি ( হে সখি ! ) ধন্যাসি ( থাগৎনীংঙায় ওইরে ) কান্তেন ( চান্নথোইবগা লোইননা ) তে ( নখোয়না ) বিচ্যুতিঃ (কায়নবা) এব ন অস্তি ( লৈরোই )

---

অনুবাদ—

চান্নথোইরবা নবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা নুমিৎ খুদিংগী শান্নমিন্নবা ফংগনি ।।১৭।

শ্রীসূতনা হায়খি— হে ঋষি পুম্নমক ! কলিন্দীনা অসুম্না হায়রবদা উদ্ধববু উনবনা মথরাইগী নুংশিজরবা শ্রীকৃষ্ণবু তিন্নজবা পাম্নবী শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংনা অমুক হন্না হায়খি ।।১৮।।

শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংনা হায়খি— হে সখি ! নং অসে য়াম্না থাগৎনীংঙায়নি, কন্নিগী থাগৎলোইদগে, কন্নিনা হায়ববু চান্নথোইরবা কৃষ্ণগা

পরন্তুদ্ধব লাভেস্যাদস্মা সর্ব্বার্থ সাধনম্।
তথা বদস্ব কালিন্দি তল্লাভোহপি যথাভবেৎ ॥২০॥

শ্রীসুত উবাচঃ।

এবমুক্তাতু কালিন্দী প্রত্যুবাচাথ তাস্তথা।
স্মরন্তী কৃষ্ণচন্দ্রস্য কলাষোড়শ রূপিনঃ ॥২১॥

অন্বয়—

খতঃ (মরমদি) স্বার্থসিদ্ধঃ (অপাঙ্গা মপুং ফাবা ওইরগনি) যস্যাঃ (মাংডান্দগী নংখোয়গু) তস্যাঃ (ভানু নন্দীনিগী) দাস্যঃ (মনাই) বভুবিম (ওইজরগে) ১৯।

কালিন্দী (হে কালিন্দি!) পরন্তু উদ্ধব লাভে (উদ্ধববু উনবা ফংলবদি, অতুদা) অস্মাৎ (ঐখোয়গী) সর্ব্বার্থ সাধনম, (পুম্নমক পাংথোকপা) স্যাৎ (ওইগনি) তৎল্লাভো অপি (মাবু উনবা ফংনবগু) যথা ভবেৎ (অতুগা ফংগদোবা) তৎ (অদু) বদস্ব (হায়বিরো) ॥২০॥

শ্রীসূত উবাচ—(শ্রীসূতনা মুনিশিংদা হায়খি)—এবং উক্তাতু (শ্রীকৃষ্ণগী মহারানীশিংনা অসুম্না হায়রবদা) ষোড়শকলাক্সপিনীং (কলা তরাতরুক্কি মশক ওইবী) কালিন্দী (কালিন্দীনা) কৃষ্ণস্য স্মরন্তী (শ্রীকৃষ্ণগী চরনবু

অনুবাদ—

লোইননা নংদি করিগুম্বদা কায়নবা লৈতে অতুদগী নংনা নীংবা পুম্নমক মপুং ফাবা ওইরি, ঐখোয়গু অদুগুম্বী বৃষভানুগী মচানুপী অতুগী মনাই ওইজরগে ॥১৯

হে কালিন্দি! উদ্ধববু উনরবদি ঐখোয়গী নীংবা থুংলগনি। মরম অসিদগী ঐখোয়না মাবু উনবা ফংনবা উপায় মাগা তশেংনা উনবা ফংগদোবা অদুমক ঐখোয়দা হায়বিরো ॥২০॥

শ্রীসূতনা মুনিশিংদা হায়খি—শ্রীকৃষ্ণগী মহারানীশিংনা অসুম্না হায়রবদা

**সাধণ ভূমিব দরীব্রজন্তা কৃষ্ণেণ মন্ত্রিণেপ্রোক্তা।**
**তত্রাস্তেসতু সাক্ষাত্তদ্বয়ূণং গ্রাহয়ল্লোকান, ।২২।**
**ফলভূমি ব্রজ ভূমির্দত্তা তস্মৈ পুরৈব সরহস্তম্।**
**ফলমিহতিরোহিতং সত্তাদি হেদানীং সউদ্ধবোঽহ লক্ষ্যঃ ।।২৩।।**

---

অম্বয়—

নীংশিং-নীংশিংনা ) তান, ( মখোয় পুম্নমক্লা ) অথ ( মথংদা ) প্রত্যুরাচ ( পাউথুম পিখি ) ২১।

কৃষ্ণেন ( শ্রীকৃষ্ণনা ) ব্রজতা ( স্বর্গারোহণ ওইরমদায়দা ) মন্ত্রিণে ( মনাই উদ্ধবদা ) প্রোক্তা ( হায়খিবা ) সাধন ভূমিঃ (লাইনীংফম ওইবা) বদরী ( বদরীকাশ্রমদা ) তত্র ( মফম অদুদ ) সতু ( উদ্ধবনা ) আস্তে ( লৈখি ) সাক্ষাৎ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) তৎ বয়ূণং ( তাকপিখিবা পুম্নমক অদু ) লোকান, ( মীপুম্নমক্তা ) গ্রাহয়ৎ ( লৌহনাখ ) ।।২২।।

পুরাএব ( মমাংঙৈদা ) তস্মৈ ( উদ্ধবদা ) ফল ভূমিঃ ( মহৈ ফংফম ওইব ) ব্রজ ভূমিঃ ( ব্রজ বৃন্দাবলগী ) রহস্যাং ( অথুপ্পগা লোইনবদ ) দত্তা ( পিখি-খংহনখি ) ফল ( মহৈ ) তিরোহিতং ( শ্রীকৃষ্ণনা স্বর্গারোহণ

অনুবাদ—

দা কলা তরা তরুক্তি মশক ওইরিবী কালিন্দীনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণবু নীংশিং—নীংশিংলদুনা মখোয়গী মফমদা পাউথুম পিখি। ২১।।

শ্রীকৃষ্ণনা স্বর্গারোহনগী মতমদা মাগী মন্ত্রি মনাই উদ্ধবদা হায়খি—লাইনিংফমদি বদরীকাশ্রম নি হায়খিবা অহগী মতুং ইন্না উদ্ধব অদুনা বদরীকাশ্রমদা লৈরগা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খিবা তশেংবা জ্ঞান অদু মী পুম্নমক্তা লৌহনখি ।।২২।।

মমাংঙৈদা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই উদ্ধবদা মহৈ ফংফম ওইবা ব্রজভূমিগী অথুপ্পা খংহনপ্রে অদুদা মহৈগী মশক ওইবা শ্রীগোবিন্দ মফম অসিদগী স্বর্গারোহণ ওইপ্রবদা অমনা উদ্ধবসু মফম অসিদা উবা ফংখিদরে ।।২৩।।

**গোবর্দ্ধন গিরিনিকটে সখী স্থলে তদ্রজতং কামঃ।**
**তত্রত্যাঙ্কুরবল্লী রূপেনাস্তে সউদ্ধবাস্তু নম্ ॥২৪॥**
**আস্মোৎ সবরূপত্বং হরিনা তস্মৈ সমর্পিতং নিয়তম্**
**তস্মাত্তত্রস্থিত্বা কুসুমসরঃ পবিসরে সব্রজাভি ॥২৫॥**

---

অন্বয় –

ওইগ্রবদা ) ইহ ( মফম অসিদা ) ইদানীং ( হৌজিক্তি ) স্বং ( অশেংবা ) তং ( অহু ) স ( উদ্ধবস্থু ) অত্র ( অসিদা অলক্ষ্যং ( উখিদরে ) ॥২৩।

গোবর্দ্ধণ ( গোবর্দ্ধণ কৌবা ) গিরি ( চীংগী ) নিকটে ( মনাক্তা ) সখীস্থলে ( সখিশিংগী লৈফমদা ) তং রজঃ ( ব্রজ ভূমিগী উফুলবু ) কামঃ ( পামজহুনা ) তত্রত্য ( মফম অহুমক্তদা ) অঙ্গুরবল্লীরূপেণ ( উনা-উরিগী মশক ওইনা ) স্থনম, ( লেপ্পমক ) স ( উদ্ধব অহুনা ) আস্তে ( লৈব্রে ) ॥২৪॥

হরিনা ( শ্রীকৃষ্ণনা ) তস্মৈ ( মাঙোন্দা ) নিয়তং ( চুমনা ) রূপত্বং ( মশক ফজবা ওইবা ) আত্মোৎসব ( মঙোন্দা মুঙায়বা পিপ্পবনি ) তস্মাৎ ( মরম অসিদগী ) সব্রজাভিঃ ( ব্রজ নাভগা ) পরি সরে ( লোইননা ) তত্র ( মফম অহুদা ) কুসুমসরং ( কুসুমসর কৌবা পুকথীগী মপান্দা ) স্থিত্বা ( লৈহুনা ) ॥২৫॥

---

অনুবাদ—

গোবর্দ্ধন কৌবা চীংগী মনাক্তা সখিশিংগী শান্নফম ওইবা মফম অহুদা উনা-উরি অনৌবশিংগী মশক লৌহুনা উদ্ধবনা লেপ্পমক লৈব্রে ॥২৪॥

শ্রীকৃষ্ণনা মাঙোন্দা তশেংনা মাগী মশক ফজরবা, মুংশিবা পুন্নমকতা মুংঙায়বা অহু পিপ্পবনি। মরম অসিনা শ্রীব্রজনাভগা লোইননা চৎলো কুসুমসরঃ কৌবা পুকথী মপান্দা লৈরুরো ॥২৫॥

**বীণা বেণু মৃদঙ্গৈঃ কীর্ত্তন কার্য্যাদি সরস সঙ্গীতৈঃ।**
**উৎসব আরব্ধব্যো হরিরত লোকান, সমানার্য্যঃ॥২৬॥**
**তত্রোদ্ধবাবলোকো ভবিতা নিয়তঃ মহোৎসবে বিততে।**
**যোষম্‌াকী নামভিমত সিদ্ধিং সবিতা সএব সবিতা নাম্‌॥২৭**

**অন্বয়—**

বীনা বেণু, মৃদঙ্গৈঃ (বীনা, বেণু, পুংনচিংবনা) কীর্ত্তন কার্যাদি নাম শোম্বা, কাব্যনচিংবা) সরস সঙ্গীতৈঃ (রসগা কোন্নবা, কাব্যনচিংবনা) হরিরতঃ (শ্রীকৃষ্ণদা অনী লোংদনা নীংবা) লোকান (ভক্তশিংবু) সম্মানার্য্যঃ (লোইননা) উৎসব আরব্ধব্যঃ (উসব অদু হৌগদোবনি) ॥২৬॥

মহোৎসবেবিততে (মহোৎসব অদু তৌরবদা) তত্র (মফম অদুমক্তদা) উদ্ধবং (উদ্ধববু) অবলোকঃ (উনবা) নিয়তঃ (শোয়দনা) ভবিতা (ওইরগনি) সত্রবউদ্ধ: (উদ্ধব মশামক্তা) সবিতানাং (মুমিং নিংথৌ) সবিতা (মুমিং ওইরদুনা যোযম্‌া কীনাং (নখোয় পুম্নমক্তি) অভিমত (অপাম্বা অদু) সিদ্ধিং (পাংথোকনি ॥২৭॥

**অনুবাদ —**

মরম অসিদগী বীণা, বেণু, পুংনচিংবনা কীর্ত্তন তৌবা, রসগা কাব্যগনচিংবগা লোহনবা ঈশৈনা শ্রীকৃষ্ণদা পুক্লীং অনী লোংদনা নীংথবা ভক্তশিংবু কৌরগা পুন্না মখোয় অদুগা লোইননা থবক অসি কুমুম সরোর কৌবা পুত্রীগী মপান্দা উৎসব অদু হোরো ॥২৬॥

মতম অদুদা অসিগুম্না উৎসব অদু পাক-শন্না তৌরবদি মতম অদুদা মফম অদুমক্তদা শ্রীকৃষ্ণগী মনাই উদ্ধব অদু শোয়দনা উবা কাগনি। মানা মুমিংশিংগী মুমিং ওইদুনা মাগী থৌজান্দগী নখোয়গী নীংবা পুরক্ক লুগনি ॥২৭॥

**শ্রীসূত উবাচ—**

**ইতি শ্রুত্বা প্রসন্নাস্তাঃ কালিন্দী মভিবন্দ্যতং।**
**কথয়ামা সুরাগত্য ব্রজংপ্রতি পরীক্ষিতম ॥২৮॥**
**বিষ্ণুরাতস্ত তচ্ছ্রুত্বা প্রসন্নস্তত্র তস্তদা।**
**তত্রৈবাগত্য তৎ সর্ব্বং কারমাস সত্বরম্ ॥২৯॥**
**গোবর্দ্ধনাদ দূরেণ বৃন্দারণ্যে সখী স্থলে।**
**প্রবৃত্তঃ সুকুমাস্তোধৌ কৃষ্ণ সংকীর্ত্তন নোৎ স্ববঃ ॥৩০॥**

---

অন্বয়—

উসূত উবাচ—(শ্রীসূতনা হায়খি—তাঃ (ইবেমশিংনা) ইতিশ্রুত্বা (ব্রা অসি তাবদা) প্রসন্নাঃ (পেন্নবী ইবেমশিংনা) কালিন্দীং (কালিন্দীবু) অভিবাদ্য (থাগৎলগা) তৎ (অত্থুদা) আগত্য চংশিল্লক্ত্না) ব্রজংপ্রতি পরীক্ষিতম, (ব্রজনাভ, পরীক্ষিৎ অনীমক্তা) কথয়ামাস্থঃ (হায়খ্রি) ॥২৮॥

বিষ্ণুরাতস্ত (পরীক্ষিৎ নিংথৌস্থ) তৎশ্রুত্বা (ব্রা অত্থু তারত্থনা) তৎযতঃ (অত্থুদগী) তদা (অত্থুদা) আগত্য (মফম অত্থুদা লাক্ত্না) সত্বরম্ (থুনা) তৎ সর্ব্বং (পুন্নমক) কারয়ামাস (তৌখি ॥২৯॥

গোবর্দ্ধনাদ্য (শ্রীগোবর্দ্ধনদগী) অদূরেণ (ইরাপ,-লাপ্তনা লৈবা বৃন্দারণ্যে

অনুবাদ—

শ্রীসূতনা মুনিশিংগী মফমদা হায়খি—(হে ঋষি মুনিশা!) শ্রীকৃষ্ণগী মহারানী লোন্নবী কালিন্দীগী মফমদগী ব্রা পুয়মক তারবদা ভমখৈ লৈত্না সুংঙায়খরে। কালিন্দীবু থাগৎলগা ব্রজনাভ, পরীক্ষিৎ অনীগী নাক্তা চংশিল্লক্ত্না মরম পুন্নমক হায়খি ॥২৮॥

মহারাজ পরীক্ষিৎনা ব্রা পুন্নমক তারত্থনা যাম্না পুক্লিং সুংঙায়না মখোয় পুমনমক লোইননা মফম অত্থুদা লাকমিন্নত্থনা থুংলব্রগা থবক পুমনমক তৌখি ॥২৯॥

গোবর্দ্ধন কৌবা চীংদগী ইরাপ,-লাপ্তনা বৃন্দাগী বন্দা সখিশিংগী

বৃষভানু সুতা কান্তবিহারে কীর্ত্তনশ্রিয়া।
সাক্ষাদিব সমাবৃত্তে সর্ব্বেঽনন্য দৃশোঽভবন্ ॥৩১॥
ততঃ পশ্যৎসু সর্ব্বেষু তৃণ-গুল্ম লতা চয়াৎ।
আজগামোদ্ধবঃ স্রগ্বীশ্যামঃ পীতাম্বরা বৃতঃ ॥৩২॥

অন্বয়—

(বৃন্দাগী বন্দা) সখী স্থলে সখিশিংগী শান্নফম ওইবা মফমদা) কুসুমাব্ধৌ (কুসুম সরোবর কৌবা মফমদা) প্রবৃত্তঃ (তিন্নতুনা) কৃষ্ণস্য (শ্রীকৃষ্ণগী) সংকীর্ত্তন উৎসব (সংকীর্ত্তনবু) শ্রয়া (নীংথিজনা তৌবা হৌথি। ৩০।।

বৃষভানু সুতা (বৃষভানুগী মচানুপীগী) কান্ত (চান্নথোইবগা) বিহারে (শান্নবদ) কীর্ত্তন শ্রিয়া (কীর্ত্তন অতুনা ফজবা অমা ওইব্রে) সর্ব্বে পুন্নমক্না সমাবৃত্তে (পুন্নবদ) সাক্ষাৎ ইব (তশেংনা) অন্য-অনন্যদৃশা (মহৈ-মহৈ যেংনবা) অভবন, (ওইখি। ৩১।।

ততঃ (মথংদা) সর্ব্বেষু (পুন্নমক্তা) পশ্যৎসু (উহন-উহন্না) তৃণ গুল্ম-লতা চয়াৎ (নাপী-পান্দোং-উ'র মরক্তগী) পীতাম্বরা বৃতঃ (নাপু মচুগী ফি শেৎপা) স্রগী (লৈ পরেং শিবা) শ্যাম (কুলৈ কুচুনা ফজবা) উদ্ধবঃ (উদ্ধবনা) আজগাম (লাক খৎথোবকখি। ৩২।।

---

অনুবাদ—

শান্নফম ওইবা মফমদা কুসুম সরোবর কৌবা মফমদা ময়াম তিন্নমুনা শ্রীকৃষ্ণগী সংকীর্ত্তন উৎসবপু নিংথিজনা তৌবা হৌখ ॥৩০॥

বৃষাভানুগী মচানুপী শ্রীরাধিকাগী চান্নথোইরবা শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা শান্নফম ওইবা মফমদা শ্রীকৃষ্ণগী সংকীর্ত্তন তৌরবদা মমাংদৈদা অমুক্তা ওইখিদবা ফজবা অমা ওইব্রে, অতুগুম্না কুসুম সরোবর কৌবা মফম অতুদা মী পুন্নমক্না উদ্ধববু উবদা হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী সংকীর্ত্তন তৌবদা পুক্নিং চংবা ওইব্রে ।৩১॥

মথংদা মী পুন্নমক্কী মমাংদা নাপী-পান্দোং উরি মরক্তগী ফি নাপু

গুঞ্জা মালা ধরো গয়ন, বল্লবী বল্লভং মুহুঃ।
তদাগমনতো রেজে ভূশং সঙ্কীর্ত্তনোৎ সবঃ ।।৩৩।
চন্দ্রিকাগমতো যদ্বৎ স্ফাটি কাট্টালভু মনিঃ।
অথসর্ব্বে সুখাস্তো ধৌমগ্নাঃ সর্ব্বং বিসস্মরুঃ ।।৩৪।

অন্বয়—

গুঞ্জা মালা ধরঃ (গুঞ্জা মাল। পরেং শিবা। মুহু ( হন্ন হন্না ) বল্লবী বল্লবী কল্লভং (গোপীশিংগী চান্না থোইরবা শ্রীকৃষ্ণগী নামবু) গায়ন্ ( শোল্ল-হুনা) আগতঃ (সংকীর্ত্তন্না) ভূশং (য়াম্না) রেজে (নীংথিজখবে ।।৩৩।।

স্ফাটিকাভুমনিঃ (লীক্লী ওইবা য়ুমগী মথোন্দা) চন্দ্রিকাগমতঃ (থাগী মঙাম্না তাবদা) যদ্বৎ (অতুগুম্না ফজখিবা) তদ্বৎ (অতুগুম্না) সুখাস্তৌ (নুংঙায়বগী সমুদ্রদা) মগ্নাং (লুপগ্রবা। সর্ব্বে (পুম্নমক্না) অথ (মথংদা) সর্ব্বং (পুম্নমক্না বিসস্মরুং: ঙক্লখবে ।।৩৪।।

অনুবাদ—

মচুগী ফি শেৎপ, লৈ পরেং শিবা, কুলৈ কুচুনা ফজবা ওইবা উদ্ধনা লাকখি-থোরকখি ।।৩২।।

উদ্ধবনা গুঞ্জামালা শিন্তুনা হন্ন-হন্না গোপীশিংগী চান্নথোইরবা শ্রীকৃষ্ণগী নামবু শোল্ল শোল্লহুনা লাক্লবদা সংকীর্ত্তন অতুগী য়াম্না ফজবা অমা ওইখ্রে ।।৩৩।।

লীক্লী ওইবা য়ুমগী মথোন্দা মণিদা থাগী মঙাম্না তাবদা অতুগুম্না ফজরে। অতুগুম্না উদ্ধবনা লাক্লবদা পুম্নমক্না নুংঙায়রবগী সমুদ্রা লুপখিহুনা খানা মানা ত্তৌগদবা থবক অদু কাউথোকখরে ।।৩৪।।

**ক্ষণেনা গত বিজ্ঞানা দৃষ্ট্বা শ্রীকৃষ্ণ রূপিণম্ ।**

**উদ্ধবং পূজয়াঞ্চক্রুঃ প্রাপ্তি সদ্ধ মনোরথাঃ ।৩৫।**

ইতি শ্রীস্কান্দে পরীক্ষিদাদী নামুদ্ধব দর্শন বর্ণন নাম দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ।।২।

---

অন্বয়—

ক্ষনেন (মিংকুপ খরগী মতুংদা) আগত বিজ্ঞানা (পুম্নমকী মপানগী রাখল লাক্লহুনা) শ্রীকৃষ্ণ রূপনিম, (শ্রীকৃষ্ণগা চপ মান্নবা) উদ্ধং (উদ্ধববু দৃষ্ট্বা (উরগা) পূজাং (পূজাবু) চক্রু (তৌখি) মনোরথাং (পুক্কিংগী অপাম্বা। প্রাপ্তিসদ্ধ (মপুং ফানা ফংখ্রে ।।৩৫।।

ইতি শ্রীস্কান্দে পরীক্ষিতদি শ্রীকৃষ্ণ পত্নীনাং সংকীর্ত্তনোৎ সবে উদ্ধব দর্শন নামক দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ।।২।।

মতাং অসিদা শ্রীস্কন্দ পুরান্দা পরীক্ষৎনচিংবা শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংনা সংকীর্ত্তনগী উৎসবদা উদ্ধবগা উনবা অনীগুবা তাংকক লোইরে ।।২।।

# মণিপুরী শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্যম

## অথতৃতীয়োঽধ্যায়ঃ।

**শ্রীসূত উবাচ।**

অথোদ্ধবস্তুতান দৃষ্ট্বা কৃষ্ণ কীর্ত্তন তৎপরান।
সংকৃত্যাথ পরিষ্বজ্য পরীক্ষিত মুবাচ হ ॥১॥

---

মথংদা অকুমশুবা তাংকক্ শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্যস্য ভাগবত সম্প্রদায়দায় স্য তৎ পরায়ণানাং ভগবদ্ধাম প্রাপ্তেশ্চবর্ণন,।) অসিগী মথ দা স্কন্দ পুরান্দা শ্রীমদ্ভাগবতগী এগীক মগুন হায়ব। ভাগবতগী সম্প্রদায়দা পুক্লিং চংবশিংগী শ্রীভগবানগী ধাম ফংবনু হায়রি।

---

অন্বয়—

শ্রীসূত উবাচ—(শ্রীসূতনা হায়খি—) অথ (মথংদা) উদ্ধবস্তু (উদ্ধবনসু) তান্ (পুম্নমকপু) দৃষ্ট্বা (উরগা কৃষ্ণকীর্ত্তন (শ্রীকৃষ্ণগী কীর্ত্তনবু) তৎ (মহুদা) পরানন (পুক্লিং চংলিবশিংবু) সংকৃত্য (মাতিক চাবা উংলগা) হ (নিংথিজনা। পরীক্ষিতম্ (নিংথৌ পরীক্ষিত্তা উবাচ (হায়খি ॥১॥

---

অনুবাদ—

শ্রীসূতনা হায়খি—হে ঋষি পুম্নমক! মথংদা শ্রীউদ্ধবনসু মখোয় পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণগী নাম সংকীর্ত্তন তৌবদা পুক্লিং চংবা উরগা পুম্নমক্তা মতীক চাবা উংগ্রে অমসু কোম্ন পায়নরগা নিংথৌ পরীক্ষিত্তসু নিংথিজনা বা ঙাংখি ॥১॥

উদ্ধব উবাচ।

ধন্যোইসি রাজন, কৃষ্ণৈক ভক্ত্যা পূর্ণোঽসি নিত্যদা।
যত্ত্বং নিমগ্নোচিত্তোঽসি কৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তনোৎসবে ।২।।
কৃষ্ণ পত্নীষু ব্রজেচদিষ্ট্যা প্রীতিপ্রবর্ত্তিতা।
তবোচিতমিদং তাত কৃষ্ণদত্তাঙ্গবৈভব ।।৩।

---

অন্বয়—

উদ্ধব উবাচ—( উদ্ধবনা হায়খি— ) রাজন্ ( হে নিংথৌ ! ) ধন্যোসি ( নাহাকপু অতাংবনি হায়না থাগৎলি ) কৃষ্ণৈক ভক্ত্যা ( শ্রীকৃষ্ণদা পুক্নিং অনী লোংদনা নীংবনা ) ত্বং ( নংনা ) নিত্যদা ( মতম পুম্নমক্তা ) পূর্ণো অসি ( মপুং ফাবা ওইরে ) যঃ ( মানা ) কৃষ্ণসংকীর্ত্তণ উৎসবে ( শ্রীকৃষ্ণগী সংকীর্ত্তণ অসিদা ) নিকগ্নঃ চিত্তো অসি ( পুক্নিং লুপ্পা ওইখ্রে ) ।।২।।

কৃষ্ণ পত্নীষু ( শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংদা ) চ ( সু ) ব্রজে ( ব্রজনাভদা ) প্রবর্ত্তিতা ( পেনখ্রে ) অঙ্গ ! ( হে ইবুংঙো ! ) তব ( নংগী ) উচিতং (মতীক চাগ্রবা ) ইদং ( অসি ) কৃষ্ণঃ ( কৃষ্ণমক্না ) বৈ ( লেপ্পমক ) বৈভব ( মতীক চাব অসি ) দত্তা ( পিগ্রবনি ) ।।৩।

অনুবাদ—

শ্রীউদ্ধবনা হায়খি— হে নিংথৌ ! নহাকপু অতাংবনি হায়না ঐনা থাগৎলি। শ্রীকৃষ্ণদা পুক্নিং অনী লোংদনা নীংবনা নংনা মতম পুম্নমক্তা মপুংফাবা অমা ওইরে মানা কৃষ্ণগী সংকীর্ত্তণ অসিদা পুক্নিং লুপ্পা অমা ওইখ্রে ।।২।

শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংদা অমনা ব্রজনাভ নিংথৌদা শ্রীকৃষ্ণগী সংকীর্ত্তনদা পুক্নিং চংনা লৈবতু উবদা চাংদমনীঙ্গায় লৈতনা পেনখ্রে, অসিসু য়াম্না লাইবক ফবা অমনি। ইবুংঙো ! অসিমক্না নখোয়গী মায়কৈদা মতীক চাবা মক্নি, করিগী চারোই শ্রীকৃষ্ণনা নখোয়দা অতুগুম্বা হকচাংগী ফজবা মতীক মগুণ অতু পিগ্রবনি ।।৩

দ্বারকাস্থেষু সর্ব্বেষু ( ধন্যাএতেনসংশয়ঃ।
যেষাং ব্রজ নিবাসায় পার্থমাদিষ্টবান, প্রভুঃ ॥৪॥
শ্রীকৃষ্ণস্যমনশ্চন্দ্রো রাধাস্যপ্রভয়ান্বিতাঃ।
তদ্বিহার-বনংগোভির্মণ্ডয়ন, রোচতেসদা ॥৫॥

---

অন্বয় -

দ্বারকা স্থেষু ( দ্বারকাদা লৈরিবা ) সর্ব্বেষু (পুম্নমক্নে) এতে ( মখোয়-শিং অসে ) ধন্যা ( থাগৎনীংঙায়নি ) ন সংশয়ঃ ( চিংনগদ্রু ) যেষাং (মখোয়-শিংগী ) নিবাসায় ( ব্রজ বৃন্দাবনদা লৈননবগী ) প্রভুঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) পার্থং ( অর্জ্জুনদা ) আদিষ্টবান্ ( তাকপ্রবনি ॥৪॥

শ্রীকৃষ্ণস্য ( শ্রীকৃষ্ণগী ) মনঃ চন্দ্রঃ ( পুক্লিংগী মশক ওইরবা থানা ) রাধা + আস্যঃ ( শ্রীরাধিকাগী ) প্রভয়ান্বিতাঃ ( মঙাল্‌গা লোইননা ) তৎ ( অদুদা ) বিহার-বণং ( শ্রীরাধাগা শান্নকম ওইবা শ্রীবৃন্দাবনদা ) সদা ( মতম পুম্নমক্তা ) রোচতে ( ভান্দুনা লৈ ) ॥৫॥

---

অনুবাদ—

দ্বারিকাদা লৈরিবশিং অসি পুম্নমক্তগী অজাংবনি। অসিদা মরিক অমা ফাওবা চিংননীংঙায় লৈতে। শ্রীকৃষ্ণনা মখোয় পুম্নমক অসিবু ব্রজ বৃন্দাবনদা লৈহন্নবগীদমক অর্জ্জুনগী মফমদা তাকখিবনি ॥৪॥

শ্রীকৃষ্ণগী পুক্লিংগী মশক ওইরবা থানা শ্রীরাধিকাগী মায়খোংগী মঙান্দা ঙাল্লি অসিগুম্বী রাধীকাগা লোইনা শান্নকম ওইবা শ্রীবৃন্দাবনবু মহুগী মতীক মগুণতনা নখোয় পুম্নমক না —নংগী নশাবু কাউথোক্কনা মতম পুম্নমক্তা মশামক্কি মঙাম্না লৈতেংদুনা ইতং তত্তনা বণবীশিংগা লোইননা ইওঙান ভান্দুনা লৈরি ॥৫॥

কৃষ্ণচন্দ্রং সদা পূর্ণস্তস্য ষোড়শঃ যাঃ কলাঃ।
চিৎসহস্রপ্রভাভিন্না অত্রাস্তে তৎস্বরূপতা ॥৬॥
এবং ব্রজ স্থরাজেন্দ্রপ্রপন্নভয় ভঞ্জকঃ।
শ্রীকৃষ্ণ দক্ষিণে পাদেস্থাণ মেক তস্যবর্ত্তে ॥৭॥
অবতারেহত্র কৃষ্ণেণ যোগ মায়াতি ভাবিতা।
তদ্বলেনাত্মবিস্মৃত্যা সীদন্তোতেণ সং শয়ঃ ॥৮॥

অন্বয়—

কৃষ্ণচন্দ্রঃ ( শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না ) পূর্ণস্তস্য ( মপুং ফাবা, )'তে ( মাগী ) ষোড়শঃ তরাতরুকপুবা ) কলাঃ ( শরুকশিং ) যাঃ ( মশেকাশিং অহুনা ) সহস্রপ্রভা ( লিশিং ওইবা ) চিৎ ( পুক্লিংনা ) অত্র ( মফম অহুদা ) তৎ স্বরূপতা ( মশক ওইনা ) ব্রজভূমিদা লেংদনা ডানশে ॥৬॥

রাজেন্দ্র ! ( হে নিংথৌ অথোইবা ! ) এবং ( অসিগুম্না ) প্রপন্নভয় ভঞ্জকটঃ ( চংজরকপা অকীবব কিহন্দবা পেবা ) ব্রজস্ত ( ব্রজনাভগী মফমদা ) শ্রীকৃষ্ণস্য ( শ্রীকৃষ্ণগী ) দক্ষিপাদে ( য়েৎথংবা পাদদা ) স্থানং ( মফম্, ) তস্য ( মহাক্কী ) বর্ত্তে ( লৈ ) ॥৭॥

অত্র ( মফম অসিদা ) কৃষ্ণেণ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) অবতারে ( অবতার তৌহুনা পোকরবদা) যোগ মায়াতি (যোগ মায়ানা) ভবিতা (ওইরকদৌবা)

---

অনুবাদ—

শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনং মশাগী মপুং ফারবা কলা তরা তরুক্না মশেক ওইবা মঙাল লিশিং ওইবা পুক্লিংনা ব্রজভূমিদা মপুং ফাবা অমা ওইনা লেংদনা ডান্দুনা লৈরি ॥৬॥

হে নিংথৌ অথোইব ! অসিগুম্না চংজরকপা অকীবব কীহন্দবা ব্রজনাভদা শ্রীকৃষ্ণগী য়েৎথংবা চরণগী খুদম মহাক্কিদা লৈ ॥৭॥

শ্রীকৃষ্ণনা মফম অসিদা পোক্লরবদা মী পুম্নমকপু মাগী যোগ মায়ানা

ঋতে কৃষ্ণ প্রকাশস্তস্বাত্ম বোধোণকস্যচিৎ।
তৎপ্রকাশস্তু জাবানাং মায়য়া পিহিতঃ সদা ॥৯॥
অষ্টাবিংশেদ্বাপরান্তে স্বয়মেব যদা হরিঃ।
উৎসারয়েন্নিজাং মায়াং তৎপ্রকাশো ভবেত্তদা ॥১০॥

অন্বয়—

তৎ ( অদু ) বলেণ ( পাঙ্গন্না আত্মবিস্মৃত্যা ) মশাবু কাউখিবনা ) সীদন্তি ( বারি ) এতে ( নখোয়শিং আসনা ) ন সংশয়ঃ ( চিংনগনু ) ॥ ॥

কৃষ্ণপ্রকাশস্তু ঋতে ( থমোয়দা শ্রীকৃষ্ণনা ভাগিদ্রবদা ) কস্যচিৎ ( করি-শুবদা ) স্বাত্মবোধোণ ( মশানা খংবা ভমদে ) তৎ ( অদু ) প্রকাশস্তু ( মঙাল অদুদা ) সদা ( মতম পুম্নমক্তা ) মায়য়া ( মায়াতনা ) পিহিতং ( কুপশিনখি ) ॥৯॥

অষ্টাবিংশে ( কলি কুম্নিপাল শুবদা যুগ মবিগী অবোইবদা ) দ্বাপরান্তে ( দ্বাপুর কোবা যুগগী অরোইবদা ) স্বয়ং এব হরিঃ ( হরি মশামক্তা ' যদা ( অদুদা অবতার তৌরগা ) নিজাং মাযাং ( মাগীময়াবু ) উৎসারয়েৎ

অনুবাদ—

চংহনা লৈখি, মদুগী মতীক মগুণতনা নখোয় পুম্নমক নং-নংগী নশাবু কাউ-থোক্তনা মতম পুম্নমক্তা অরাবা ওইদুনা লৈরিবনি অসিবু করি অমতা চিংনগনু ॥৮॥

থমোয়দা শ্রীকৃষ্ণনা ভাথবিবানত্তনা কনানসু মাগী মশকপু লৌশিন্বা ঙমদে। অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী মঙান অদুদি মতম পুরুমক্তা মায়ানা কুপশিন্দুনা থমখি ॥৯॥

কলি কুম্নিপালগুবা যুগ মন্নিগী অকোনবা কলি কোবা যুগগী হৌরকপা

সতু কালব্যাতি ক্রান্তস্তেনেদ মপরং শৃনু।
অন্যদা তৎ প্রকাশস্তু শ্রীমদ্ভাগবতা দ্ভবেৎ।।১১।।
শ্রীমদ্ভাগবতং শাস্ত্রং যত্রভাগবতৈর্যদা।
কীর্ত্যতে শ্রূয়তে চাপি শ্রীকৃষ্ণস্তু ত্রনিশ্চিতম্।।১২।।

---

অন্বয়—

( শন্দোকরক্কনি ) তদা ( অতুদা ) তৎ ( অতু ) প্রকাশঃ ( মঙাম্না ) ভবেৎ ( ওইগনি )।।১০।

রাজন্! ( নিংথৌ পরীক্ষৎ! ) সতুকাল ( মতম অতু ) ব্যতিক্রান্তঃ ( হৌথ্রে ফোংদোকখিদ্রে ) তের্ণ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) ইদং ( অসিবু ) অপরং ( অতোপ্প মতমদা ) তৎপ্রকাশস্তু (ফোংদোকপদি) শ্রীমদ্ভাগবতাৎ (শ্রীমদ্ভাগবতদগী ) ভবেৎ ( ওইগনি )।।১১।

শ্রীমদ্ভাগবতং শাস্ত্রং ( শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা লাইরিক অসিবু ) যত্র ( মফম অতুদা ) ভাগবতৈঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্তশিংনা ) যদা ( অদুদা ) কীর্ত্ত্যতে ( পোল্লিবা ) শ্রূয়তে ( তাবিবা ) চাপি ( অতুদসু ) তত্র ( মফম অতুদা ) শ্রীকৃষ্ণ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) নিশ্চিতম্ ( লেংননা লৈ )।।১২।।

---

অনুবাদ—

দ্বাপুরগী অরোইবা যুগতা শ্রীহরি মশামক্না অবতার তৌরগা মাগী মায়াম্থু শান্দোক্কনি, মতম অতুদা মহাক্না ঙালবিরগনি।।১০।।

হে নিংথৌ পরীক্ষৎ! মতম অতু হৌথে ফোংদোকখিদ্রে, শ্রীকৃষ্ণনা অসিবু অতোপ্পা মতম অমদা ফোংদোকপদি শ্রীমদ্ভাগবতদগী ওইরগনি।।১১।।

শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা লাইরিক অসিবু তাবিবা শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্তশিংনা শোল্লিবা মফম অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা লেংদনা লৈ।।১২।।

শ্রীমদ্ভাগবতং যত্র শ্লোকং শ্লোকার্দ্ধমেবচ।
তত্রাপি ভগবান কৃষ্ণো বল্লবীভির্বিরাজতে।।১৩।।
ভারতে মানবং জন্মপ্রাপ্য ভাগবতংণ যৈঃ।
শ্রুতং পাপ-পরাধীনৈঃ আত্মঘাতস্তৈস্তু কৃতঃ।।১৪।।
শ্রীভাগবতং শাস্ত্রং নিত্যংযৈঃ পারসেবিতম্।
পিতুর্মাতুশ্চ ভার্য্যায়াঃ কুলপঙক্তিস্ সুভারিতা।।১৫।।

---

অন্বয়—

যত্র ( মফম অদুদা ) শ্রীমদ্ভাগবতং ( শ্রীমদ্ভাগবতগী ) শ্লোকং ( শ্লোক অমত্ত ) শ্লোকার্দ্ধং ( শ্লোক্কী তংখায় অমা ) তত্রাপি ( মফম অদুদসু ) ভগবান শ্রীকৃষ্ণঃ ( ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ) বল্লবীভি. ( চাং থোইরবী গোপীশিংগা লোইননা ) বিরাজতে ( ঙাম্বোইদুনা লৈ ) ।।১৩

ভারতে ( ফাবত কৌবা লম অসিদা ) মান বংজন্ম (মীওইনা পোকপা) প্রাপ্য ( ফংলরগা পোক্লরগা ) যৈঃ ( মখোয়না ) পাপ পরাধীনৈঃ ( পাপকি মথা পোল্লদুনা ) ভাগবতং ( ভাগবতবু ) শাস্ত্রং ( ভাগবতবু ) যৈঃ ( মখোয় অদুনা ) তৈঃ ( মখোয় অদুনা তৌখিবা ) আত্মঘাতস্তু ( মশাগী মথুংমক্তা মশাবু হাংতোক চরবনি ।।১৪।।

যৈঃ ( মীশিং অদুনা ) নিত্যং ( লেংদনা মতম পুম্নমক্তা ) পরিসেবিতং ( শোক্ত-তাজরিবা ) পিতুঃ মাতুঃ চ ভার্য্যায়াং ( মপা-মমা-মাগী মুপীগী )

---

অনুবাদ—

মফম অদুদা শ্রীমদ্ভাগবতগী শ্লোক অমতং পাঠ তৌরিবা অমসু তারিবা মতম অদুদা মফম অদুদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তশেংনা মাগী মুংশি থোইরবী গোপীশিংগা লোইননা ঙাম্বোইদুনা লৈ। ১৩।।

ভারত কৌবা লম অসিদা মীওইনা পোক্লরগা মখোয় অদুনা তৌখিবা অদু মশাগী মথুংমক্তা মশাবু হাংতোকচরবনি ।।১৪।।

মীশিং অদুনা মুম্নিং থুদিংগী ওইনা শ্রীমদ্ভাগবতবু পূজা তৌজবা পামজনা

বিদ্যাপ্রকাশো বিপ্রাণাং রাজ্ঞাং শক্রু জয়োবিশাম্ ।
ধনংস্বাস্থ্যঞ্চ শূদ্রাণাং শ্রীমদ্ভাগবতাদ্ভবেৎ ॥১৬॥
যোষিতাম্ পরেষাঞ্চ সর্ব্ব বাঞ্ছিত পুরণম্ ।
অতো ভাগবতং নিত্যং কোন সেবেত ভাগ্যবান্ ॥১৭॥

অন্বয়—

কলপদ্রু.ক্রি (শাগৈ পুম্নমক্পু) স্তাবিকা (মপুং ফানা অরান খুবম ফংহল্লি ॥১৫॥

শ্রীমদ্ভাগবতাৎ (শ্রীমদ্ভাগবত পাঠ তৌরদগী) বিপ্রাণাং (ব্রাহ্মনশিংগী) বিদ্যা প্রকাশঃ (মহৈ-হৈবা) রাজ্ঞাং (নিংথৌশিংগীনা) শক্রুজয়ঃ (য়েক্রুবা ঙম্বা) বিশাম (বৈশ্যশিংগীনা) ধনং (লন ফংবা) শূদ্রাণাং শূদ্রশিংগী মশক নাইবা পেস্বা) ভবেৎ (ওইগনি) ।১৬

যোষিতাম্ (নুপীশিংগীনা) অপরেষাঞ্চ (অতোপ্পা মপান্দা পোকপশিংগীনা) শ্রীমদ্ভাগবতাৎ (শ্রীমদ্ভাগবতদগী) সর্ব্ব বাঞ্ছিত পূরনম্, অপাম্বা পুম্না মপুংফাবা ফংগনি । অতঃ (মরম অসিদগী) ভাগ্যবান (মরাইবক ফবা) কঃ (কনানা) নসেবেত (সেবা তৌরোইদগে তারোইদগে ? ॥১৭॥

---

অনুবাদ—

তাজবা, ওইরবদি—মাগী মপা-মমা, নুপীগী শাগৈশিংবু মপুং ফানা অরান খুবম ফংহল্লি ॥১৫॥

শ্রীমদ্ভাগবতবু পাম্না সমদি তাজবা ব্রহ্মণশিংনা মহৈ-হৈবা, ক্ষত্রিয়শিংনা য়েক্রুবা ঙম্বা, বৈশ্যশিংগীনা লন ফংবা, শূদ্রশিংগীনা অনা অযেক কোকনি । ॥১৬॥

নুপীশিংগীনা, অতোনবা মপোক্কা পোকপা মীশিংগীদ শ্রীমদ্ভাগবতদগী অপাম্ব পুম্নমক মপুং ফাবা ফংগনি । মরম অসিনা মরাইবক ফবা কনাগুম্বা মীওইবনা শ্রীমদ্ভাগবত অসি নুমিৎ খুদিংগী সেবা তৌরোইদগে ? ॥১৭॥

অনেক জন্ম সংসিদ্ধিঃ শ্রীমদ্ভাগবতং লভেৎ।
প্রকাশো ভবভক্তে রুত্তবস্তত্র জায়তে ॥১৮॥
সাঙখ্যায়ণ প্রসাদাপ্তং শ্রীমদ্ভাগবতং পুরা।
বৃহস্পতির্দত্তবান মে তেনাহং কৃষ্ণ বল্লভং ॥১৯॥
আখ্যায়িকা শ্চন্নোক্তং বিষ্ণু রাতনিবোধতাম্।
জায়তে সম্পদা য়োহপিযত্র ভাগবত্ শ্রুতেঃ ॥২০॥

---

অন্বয়—

অনেক জন্ম মপোক কয়াদা সংসিদ্ধিঃ হোৎনজবগী মহৈনা চংথোম্না পা থোক্ৰবা (শ্রীমদ্ভাগবতং (শ্রীমদ্ভাগবতবু) লভেৎ (ফংগনি) শ্রীমদ্ভাগবতাৎ (শ্রীমদ্ভাগবতদগী) শ্রীভগবৎ ভক্তেঃ (শ্রীভগবানগী ভক্তিদগী) উৎসব (পাক্লকপা) তত্র (অদুদা) জাযতে (পোকই) ॥১৮॥

পরা মমাংঙৈদা) সাঙ্খ্যায়ণ প্রসাদাৎ (সাঙ্খ্যায়ণ ঋষিগী থৌজান্দগী) শ্রীমদ্ভাগবতং (শ্রীমদ্ভাগবতবু) আপ্তং (ফংখি) বৃহস্পতিঃ (শগোলশেন গুরুনা মে (ঐঙোন্দা) দত্তবান (পিখি) তেন (অদুনা) অহং (ঐনা) শ্রীকৃষ্ণবল্লভং (শ্রীকৃষ্ণনা নুংশিবিব। ওইখি ॥১৯॥

বিষ্ণুরাত! (হে নিংথৌ পারীক্ষিৎ) তেন উক্তং (মানা হায়খিবা)

---

অনুবাদ—

মপোক কযাদা হোৎনরজরকপগী মাগী মহৈনা আশংবা মীওইনা পোক্লররা মী অদুনা শ্রীমদ্ভাগবতবু তাবা ফংজবনি, শ্রীমদ্ভাগবতদগী শ্রীভগবৎ ভক্তি পোক্লকই শ্রীকৃষ্ণনস্ মাঙোন্দা ভানবীরে ॥১৮॥

মমাংঙৈদা সাঙ্খ্যযণ ঋষিগী থৌজান্দগী লাইগী গুরু ওইবা শগোল-শেনগী ফংখি। শগোলশেন গুরুনা উদ্ধব ঐঙোন্দা শ্রীমদ্ভাগবত অসি পিবিখি, অদুদগী ঐনা শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবিবা অমা ওইখি ॥১৯॥

হে পরীক্ষিৎ! শগোলশেন গুরুনা হায়বা অদু মহাক তারে। ঋারী

**শ্রীবৃহস্পতি রুবাচ।**

**ইক্ষাঞ্চক্রে যদা কৃষ্ণো মায়া পুরুষ রূপ ধৃক্।**
**ব্রহ্মা বিষ্ণুঃ শিবশ্চাপি রজঃ সত্ত্ব তমো গুণৈঃ ॥২১॥**
**পুরুষাস্ত্রয় উও স্থুরধি কারাংস্তদাদিশৎ।**
**উৎপত্তৌ পালণে চৈব সংহারে প্রক্রমেন তান্ ॥২২॥**

**অন্বয়—**

আখ্যায়ি কাঞ্চ (বারি অতুবুস্ত হায়খি) নিবোধ তাম, (তাক্লো) যত্র (অতুদা) শ্রীমদ্ভাগবত শ্রুতেঃ (ভাগবত তাবগী সম্প্রদা য়েহ্ৰপি (কাংলুপসু) জায়তে (খংলগনি) ॥২০॥

শ্রীবৃহস্পতি উবাচ—(শ্রীশগোলশেন গুরুনা হায়খি—হে উদ্ধব! কৃষ্ণঃ (শ্রীকৃষ্ণনা) যদা (অতুদা) মায়াপুরুষ রূপ ধৃক্ (মায়াগী মশক লৌরগা) রজঃ সত্ত্ব তমোগুণৈঃ (রজগুণ। সত্ত্বগুণ, তমগুণনা'চংবগা (লোইননা) ব্রহ্মা, বিষ্ণুঃ শিবশ্চাপি (ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিবনা'চংবা পুথোক্লগা। ইক্ষং চক্রে য়েংশিনখি) —হায়খি ॥২১॥

পুরুষাঃ ত্রয়ঃ (নিপা অহুল্ অসিবু) উৎপত্তৌ (পুথোক্লবদা) তদা (অতুদা প্রক্রমেণ তান (মখং নমাও নাইনা মখোয় অহুম অসিবু) অধিকারনং (মখো পুথোকখি) উৎতস্ত (পুথোক্লবদা) পালনেচ (ভাকপদসু) সং

অনুবাদ—

অসিদগী শ্রীভগবতং তাবগী সম্প্রদায়ি—রাংলুপ অতু খংগনি ॥২০॥

শ্রীবৃহস্পতিনা হায়খি—হে উদ্ধব! শ্রীকৃষ্ণনা মতম অমদা মায়াগী মশক লৌরগা সংসার অসিবু শেম্নবগীদমক্ত খনখি, মতম অতুদা রজগুণ সত্ত্বগুণ তমগুণ কৌবা গুণগা শোয়ননা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব অহুম অসিসু অসিসু পুথোকখি—অতুগা খংহনখি ॥২১।

শ্রীকৃষ্ণনা নিপা অহুম অসিবু পুথোক্লগা অহুম অসিদা য়াথং পিখ।

ব্রহ্মাতু নাভি কমলাত্বং পন্নস্তং ব্যক্তিরূপং।
নারায়ণাদি পুরুষ পরমাত্মন্নমোহস্তুতে ।।২৩।
ত্বয়া সর্গনিযুক্তোহস্মিপা পীয়াম্মাং রজোগুণঃ।
ত্বৎস্মৃতৌনৈব বাধেত তথৈব কৃপয়া প্রভো ।।২৪।।

---

অন্বয়—

হাবে লোইশিনবদা পালনেচ অমদি শেম্বদা তদা অতুনা আদিশং য়াথং পিখি ।।২২।।

ব্রহ্মা (ব্রহ্মানা) নাভি কমলাৎ (খোইদো থম্বান্দগী উৎপন্নঃ (পোক্লগা) তং (অদুবু) নারায়নন্তু (শ্রীনারায়নদা) ব্যক্তিরূপং (থংহনখি) পরমাত্মন,। পরমাত্মা ওইবা আদি পুরুষ ইবুঙো। নারায়ণ! (হে নারায়ণ!) উবাচ (হায়রিখিবা অদুদা) ব্রহ্মা (ব্রহ্মা কৌবা ঐনা) খুরুমজরি ।।২৩।

প্রভো! (হে ইবুংঙো!) ত্বয়া নংনা রজোগুণঃ (রজগুণ ওইবা পা পীয়ান্ (পাপ্পা থম্লবা) সর্গে (লৈশেম্বদা) নিযুক্তঃ (শিম্বা পিবিরি) তথা এব (অদুগুম্না) ত্বৎস্মৃতৌ (ইবুঙো নংবু নীংজবদা) নৈব কাধতে (অপাম্বা লৈতবা) কৃপয়া অস্মি (খোজানাবিয়ু ।।২৪।

---

অনুবাদ—

শেম্বগী থবক্তা ব্রহ্মা, ঙাকপগী থবক্তা বিষ্ণু, লোইশিন্নগী শিব—নখোয় অহুমগী থবক্তি অসিনী হায়না য়াথং পিখি ।।২২।।

ব্রহ্মানা শ্রীনারায়নগী মাগী খোইদোদগী পোক্লগা শ্রীনারায়নদা খংহনখি—হে পরমাত্মন,! হে নারায়ন্! হে আদি পুরুষ! নংবু ঐনা খুরুমজরি ।। ২৩।।

হে ইবুংঙো! ইবুংঙোনা ঐঙোন্দা রজ গুনতিবা পাপ্পা থম্লবা, লৈশেম্বদগী থবক্তা তৌ হায়না শিম্বা পিরি অদুদা হে ইবুঙো!—ঐনা শেম্বগী থবক্তা পুক্লিং চংনা লৈরবস্তু ঐগী পুক্লিংদদি ইবুঙোগী নখোং থম্নালবু কাউজদবা খোজান অমতদি তৌবিয়ু ২৪।।

**শ্রীবৃহ স্পৃত রুবাচ।**

**যদাতু ভগবাং তস্মৈ শ্রীমদ্ভাগবতং পুরা।**
**উপদিশগ ব্রবাদ, ব্রহ্মণ, সেবা স্বনৈঃ স্বসিদ্ধয়ে।।২৫।**
**ব্রহ্মাতু পরম প্রীতস্তেনস কৃষ্ণপ্তয়েহানশম্।**
**সপ্তাবরণ ভঙ্গায় সপ্তাহ সমবর্ত্তয়ৎ ততঃ।।২৬।**

অন্বয় —

শ্রীবৃহস্পতি উবাচ—(শ্রীশগোলশেন গুরুনা হায়খি—) পুরা (মমাংঙৈদা) ভগবান, (শ্রীনরায়ণনা) তস্মৈ (ব্রহ্মাদা) শ্রীমদ্ভাগবতং (শ্রীমদ্ভাগবতবু উপদিশ্যং (তাকতুনা) অব্রবীৎ হায়খ) ব্রহ্মণ! (হে ব্রহ্মা!) স্বসিদ্ধয়ে (নংগী নীংবা থুংনবগীদমক) সএব স্বনৈঃ (শ্রীভগবত অসি নশামক্তা) সেবা (সেব তৌ।।২৫।।

ব্রহ্মাতু (ব্রহ্মাতুনা) পরমপ্রীতঃ (থোইনা পেনখ্রে) তেন (অতুনা) (কৃষ্ণবু ফংনবদা লৈরে) সপ্তাবরণ (প্রকৃতিগী মরোন তরেৎ) ভঙ্গায় (কারনবগীদমক) সপ্তাহং (নুমিৎ তরেৎন) অহর্নিশম, (অহিং নুংথিল চুপনা) সমত্তয়ৎ শ্রীমদ্ভাগবত তাখি।।২৬।

---

অনুবাদ—

শ্রীবৃহস্পতিনা হায়খি—মমাংঙৈদা আদদব ওইবা শ্রীনারায়ননা ব্রহ্মাগী রাখল অতু উরতুনা মাঙোন্দা শ্রীমদ্ভাগবতবু তাকখি। অতুগা হায়খি—হে ব্রহ্মা! নংনী নীংবা থুংনবগীদমক্ত নশামক্তা তসিগুদা শ্রীমদ্ভাগবত অসিগী সেবা তৌরো।।২৫।

ব্রহ্মা য়াম্না পেনখ্রে অমনা শ্রীকৃষ্ণবু লেংদনা ফংগনি হায়বগী বাখল্দা। অমনা মহৌশাগী ওইবা কুয়োম তরেৎ কায়নবগীদমক নুমিৎ তরেৎনি অহিং-নুংথিল চুপনা শ্রীমদ্ভাগবতবু পুক্নিং চংনা তাখি।।২৬।।

শ্রীভগবত সপ্তাহ সেবনাপ্ত মনোরথ।
স্বষ্টিং বিতনুতে নিত্যং সসপ্তাহং পুনঃ পুনঃ ।।২৭।।
বিষ্ণু রপ্যর্থয়া মাস পুংসাং সং স্বার্থসিদ্ধয়ে।
প্রজানাং পালনে পুংসাযদনে নাপি কল্পিতঃ ।।২৮।।

---

অন্বয়—

শ্রীমদ্ভাগবত সপ্তাহঃ ( শ্রীমদ্ভাগবতবু মুখিং তরেৎনি তাবনা ( সেবণ ( সেব তৌজবনা ) মণোরথঃ ( নীংবা পুন্নমক ) আপ্ত ( ফংখ ) নিত্যং ( অরেপ্পা ওইনা ) স্বষ্টিং ( সংসার শেম্বা ) বিতনুতে ( পাকশন্না তৌখি ) পুণঃ পুণঃ ( হন্ন-হন্না ) স ( ব্রহ্মানা ) সপ্তাহঃ ( মু মৎ তরেৎনি চুপ্পা তাবাদু) অকরোৎ (তৌখি ।।২৭।

বিষ্ণুঃ অপি ( শ্রীবিষ্ণুসু ) প্রজানাং ( প্রজাশিংগী ) পালণে ঙাকপদা সংস্বার্থসিদ্ধয়ে ( মশানা পাংথোকনীংবদগী ) প্রার্থয়ামাস হায়জখি) পুং সাং ( জীববু ) যৎ (অগুম্বা) অনেণ অপি( অদুনা মরম ওইদুনা ) পুংসা ( জীববু ) কল্পিতঃ ( শেমখি—ঙাকখি ) ।।২৮।

---

অনুবাদ—

শ্রীমদ্ভাগবতগী সপ্তাহ খজ আসগী হৌনবী চুম্না তাখিবনা মরম ওইদুনা ব্রহ্মা কৌবা দেবতানা নীংজবা পুন্নমক থুংখি। অদুদগী ব্রহ্মানা মতম পুন্নমক্তা স্বষ্টিগী থবক শন্দোক্না তৌখি। হন্ন-হন্না সপ্তাহ তাখি ।২৭।

ব্রহ্মাগুম্না শ্রীবিষ্ণুনসু প্রজাবু ঙাকপদা অপাম্বা অদু পাংথোক্নবগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা হায়জখি, অদুনা প্রজা ঙাকপগী থবক অদুবু পরম পুরুষ ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা প্রজাবু ঙাকউ হায়না শিন্দা পিবিরি ।।২৮।

শ্রীবিষ্ণু রুবাচ।

প্রজানাং পালনং দেব করিষ্যামি যথোচিতম্।
প্রবৃত্ত্যাচ নিবৃত্ত্যাচ কর্ম্মজ্ঞান প্রযোজনাৎ ।।২৯।।
যদা যদৈব কালেন ধর্ম্মগ্লানি র্ভবিষ্যতি।
ধর্ম্মং সংস্থাপয়িষ্যামি হ্যবতারৈস্তদা তদা ।।৩০।।

---

অন্বয়—

শ্রীবিষ্ণুঃ উবাচ—( শ্রীবিষ্ণুনা হায়খি ) দেব ( হে দেব ! মফম খুদিংদা শান্নবা ! কর্ম্মজ্ঞান ( থবক অমনা লৌশিংনা ) প্রযোজনা ( কান্নবদগী ) প্রবৃত্ত্যা ( চংশিন্না ) নিবৃত্ত্যাচ ( হন্দোকপন্থ ) যথোচিতং ( মতীক চাবত্থু ) করিষ্যামি ( তৌজগনি ) ২৯।।

কালেণ ( মতমগী মতুংইন্না ) যদাযদা এব ( মতম-মতম অদুদা ) ধর্ম্মং গ্লানি ( ধর্ম্মনা মসং তাবা ) ভবিষ্যতি ( ওইরক্কনি ) তদা তদা ( মতম মতম অদুদা ) তি ( লেপ্পমক ) অবতারৈঃ ( ইবুংঙোগী অবতারনা ) ধর্ম্মং ( ধর্ম্মবু ) সংস্থাপয়িষ্যামি ( য়োকখৎপিরক্কনি ) ।।৩০।।

---

অনুবাদ -

শ্রীবিষ্ণুনা হায়খি —হে মফম পুন্নমক্তা শান্নবা ইবুংঙো ! থবক অমস্থু লৌশিং অনী অসিমক কান্নবা ঙাক্তনি। চংশিন্বা হন্দোকপা মতীক চাবা লমী অনী অসিদা চংলগা ঐনা নংগী য়াথংগী মতুং ইন্না মতীক চাবা থবক অদু তৌরগনি।।২৯।।

মতমগী মতুং ইন্না মতম-মতম অদুদা ধর্ম্মনা মরাই চাইথরক্লবদা অদুবু উরগা মতম মতম অদুদা ঐনা মথল-মথা অয়াম্বা অবতার তৌরগা অমুক ধর্ম্মবু য়োকখৎপা তৌরক্কনি ।।৩০।

ভোগার্থিভ্যোস্তু যজ্ঞাদি ফলং দাস্যামিনিশ্চিতম্।
মোক্ষার্থিভ্যস্তুবিরক্তে ভ্যোমুক্তিং পঞ্চবিধাং তথা ॥৩১
যেঽপিমোক্ষং নবাঞ্ছন্তি তান্, কথং পালয়াম্যহং।
আত্মানঞ্চশ্রিয়ং চাপিপালয়ামি কথং বদ ॥৩২।

---

অন্বয়—

ভোগার্থিভ্যোস্তু ( চাব থকপদা রাকবা পাম্নশিংদা ) নিশ্চিতং (অরেপ্পা) যজ্ঞাদিফলং ( যজ্ঞনচিংবগী মহে ) দাস্যামি ( পিরক্কনি ) তথা ( অদুম্না) মোক্ষার্থিভ্যঃ ( অরান খুবম পাম্নশিংদা ) বিরক্তেভ্যঃ ( অপাম্ন লৈতব-শিংদনা ) পঞ্চবিধাং ( সালোক্যনচিংবা মখল মঙা শুবা ) মুক্তিং ( অরান খুবম্ ) দদাতি ( পি ) । ৩১

যে অপি ( মখোয় অদুম্ ) মোক্ষং ( মখল মঙা শুবা অরান খুবম্ ) নবাঞ্ছন্তি ( পামদ্রবা ) তান্ ( মখোয় অদুবুস্ ) কথং ( করম্না ) অহম্ ( ঐনা ) পালগামি ( ঙাক্কনি ) বদ ( নংনা তাকপিয়ু আত্মণঞ্চ ( ইশাবুস্ ) শ্রিয়ং ( লক্ষ্মীবু ) অপিচ ( অদুম্ ) কথং ( করম্না ) পালগামি ( ঙাক্কনি হায়বিয়ু ॥৩২॥

---

অনুবাদ—

মথংদা চাব থকপা রাত্তব পাম্না মীওইবশিংদনা অরেপ্পা যজ্ঞগী মহে পীগনি, অমনা সংসারদগী রাংমদা লৈবা পাম্না করীগুম্না অপাম্না অমতা লৈত্রবশিংদা সালোক্যনচিংবা মখল মঙা শুবা অরাণ খুবম অদুমক পিগনি ॥৩১॥

মথংদা মখোয় অদুনা মখল মঙা শুবা অরান খুবম্ পামদ্রবা, মখোয়দুবু করম তৌনা ঙাক্কদগে ? অমনা ইশামকপুম্ লক্ষ্মীবু করম্না মওংদা ঙাক্কদগে ? থোক্পালবিদুনা ঐঙোন্দা হায়বিয়ু ॥৩২॥

তস্মা অপি পুমানাস্তঃ শ্রীভাগবত মাদিশৎ।
উবাচ চ পাঠ স্বেণ তব সর্ব্বার্থসিদ্ধয়ে ।।৩৩।।
ততো বিষ্ণুঃ প্রসন্নাত্মা পরমার্থক পালণে।
সমর্থোহ ভুক্তিয়া মাসি-মাসি ভাগবতং স্মরণ, ।।৩৪।

---

অন্বয়—

তস্মা অপি ( বিষ্ণুগী বা তারগা ) আন্তঃ ( অহান্বা ) পুমান্ ( শ্রীনারায়ণনা ) শ্রীভাবতং ( শ্রীভাগবতবু ) াদিশৎ ( তাকখি ) তব ( নংগী ) সর্ব্বার্থ সিদ্ধয়ে ( নীংলিবা পুন্নমক থুংননবা ) স্বেণ ( নশামক্না ) ভাগবত পাঠস্চ ( অসুম্না ভাগবত পাঠ তৌ ) উবাচ ( হায়খি ) ।।৩৩।।

ততঃ ( শ্রীনারায়ণগী য়াথং ফংলবদা ) বিষ্ণুঃ ( শ্রীবিষ্ণুনা ) প্রসন্নাত্মা ( পুক্নিংদা পেল্লদুনা ) শ্রিয়া ( লক্ষ্মীগ লোইননা ) মাসি মাসি ( থা-থা খুদিংদা) শ্রীমদ্ভাগবতং ( শ্রীমদ্ভাগবতবু ) স্মরণ ( নীংশিং-নীংশিংনা ) পরমার্থ ( অথোইবা কান্নবা ) পালণে ( ঙাকপগী থবক্তা ভৌবা ) সমর্থঃ ( ঙমখি ) ।।৩৪।।

---

অনুবাদ—

শ্রীবিষ্ণুনা হায়জবা অদু তারগা আদিপুরুষ ওইবা শ্রীনারায়ণনা শ্রীবিষ্ণুদা হায়খি—নংগী নীংলিবা পুন্নমক থুংননবগী দমক শ্রীমদ্ভাগবত অসিবু নশামক্না পাঠ তৌ হায়খি ।।৩৩।।

শ্রীনারাযণ অদিপুরুষগী য়াথং ফংবদা শ্রীবিষ্ণুগী পুক্নিং অদু তরু-তরু-থরে অমনা শ্রীলক্ষ্মীগা লোইননা থা খুদিংগী ওইনা শ্রীমদ্ভাগবতবু নীংশিংদুনা লৈখিবগা থোইনা কান্নবা সংসার অসিবু ঙাকপগী থবক ভৌবা ঙমখি ।।৩৪।।

যদা বিষ্ণু স্বয়ং বক্তা লক্ষ্মীশ্চশ্রবণে রতা ।
তদাভাগবত শ্রাবোমা সেনৈব পুনঃ পুনঃ ।।৩৫।।
যদা লক্ষ্মীঃ স্বয়ং বক্ত্রী বিষ্ণুশ্চ শ্রবণে রতঃ ।
মাসদ্বয়ং রসা স্বাদস্তদাতীব সু শোভেতে ।।৩৬।।

অন্বয়

যদা ( মতম অতুদা ) বিষ্ণুঃ ( শ্রীবিষ্ণুনা ) স্বয়ং ( মশামক্না ) বক্তা ( শ্রীভাগবত তৌখি ) শ্রীলক্ষ্মীশ্চ ( শ্রীলক্ষ্মীস্থ ) শ্রবণে ( তাবদ ) রতা ( পুক্নিং চংখি ) তদা ( অতুদা ) মাসেন এব ( থাগী ওইনা ) পুনঃ-পুনঃ ( হন্না হন্না ) ভাগবত শ্রাবো ( ভাগব তাবা ওইখি । থা অমদা ভাগবত সমপূর্ণ ওইখি ।।৩৫।।

যদা ( মতম অতুদা ) স্বয়ং লক্ষ্মীঃ ( লক্ষ্মী মশামক্না ) বক্ত্রী ( ভাগবত তৌরগা ) বিষ্ণুশ্চ ( শ্রীবিষ্ণুনস্থ ) শ্রবণে রতঃ ( পুক্নিং চংনা তাখি ) তদা ( অতুদা ) মাসদ্বয়ং ( থা অনী ) রস আস্বাদঃ রস চুপ্পনা ) অতীব ( থোইনা ) সুশোভতে ( নীংথিবা ওইখি ) ।।৩৬।।

অনুবাদ —

মতম অতুদা শ্রীবিষ্ণু মশামক্না ভাগবত তৌখি, অতুদা শ্রীলক্ষ্মীনা পুক্নিং চংনা তাখি, মতম অতুদা হন্না হন্না তৌবনা থা অমদা ভাগবত সমপূর্ণ ওইখি ৩৫।।

অমসুং মতম অমদা শ্রীলক্ষ্মী মশামক্না ভাগবত তৌরগা শ্রীবিষ্ণুনা তাখি, মতম অতুদা শ্রীভাগবতগী রস চুপ্পা থা অনীদা লোইখি। অমনা মতম অতুদ কথা তাবদা য়াম্না পুক্নিং চংবা ওইখি ।।৩৬।।

আধকারে স্থিতো বিষ্ণু ল'ক্ষ্মী নিশ্চিন্তমান সা।
তেন ভাগবতা স্বাদস্তস্যা ভুবি প্রকাশতে ।।৩৭।।
অথরুদ্রোঽপিতং দেবং সং হারাধিকৃতঃ পুরা।
পুমাং সংপ্রার্থয়ামাস স্বসামর্থ্য বিবৃদ্ধয়ে ।।৩৮।।

শ্রীরুদ্র উবাচ।

অন্বয়—

রাজন্। ( নিংথৌ পরীক্ষিৎ ! ) বিষ্ণুঃ ( শ্রীবিষ্ণুনা ) আধকারে ( ভাকপা ভস্না ওইনা ) স্থিতঃ ( লৈখি ) লক্ষ্মীঃ ( লক্ষ্মীদা ) নিশ্চিন্তমা ন সা ( পুক্নিং চংবা ওইখি ) তেণ ( অদুনা ) তস্যাং ( মহাক্কি ) ভাগবত আস্বাদঃ ( ভাগবতগী রস চুপ্পদা ) ভুবি ( য়াম্না ) প্রকাশতে ( ভানখি ) ।।৩৭।।

পুরা ( মমাংঙৈদা ) অথ ( মথংদা ) রুদ্রঃ অপি ( মহাদেবসু ) তংদেবং ( মহাদেববু ) সংহারাধিকৃতঃ সংহার তৌরো হায়রবদা ) স্ব সামর্থ্য ( মশানা ভস্না ) সিদ্ধয়ে ( পাংথোক্লবগীদমক ) পুমাংসং ( শ্রীনারায়ণদা ) প্রার্থয়া মাস ( হায়জখি ) ।।৩৮।।

অনুবাদ—

হে পরীক্ষিৎ নিংথৌ ! শ্রীবিষ্ণুনা ভাকপা ভস্না পিবা অদু ফংলবদা মশানা খর্নাখি। থবক অদুমক চিংনব লৈতনা মাগী থমোয়দা নীংথিরনী ভাগবতীগী কথা অদু হেন্দোক্লা ভানখি ।।৩৭।।

মথংদা মমাংঙৈদা শ্রীনারায়ণনা শ্রীমহাদেবদা সংহার তৌ হায়না শিন্নরবদা শ্রীমহাদেবসু মশানা ভস্না অদু পাংথোক্লবগীদমক অদোম্বইবা ওইবা শ্রীভগবান্দাপ্রার্থনা তৌখি ।।৩৮।।

নিত্যেনৈমিত্তিকে চৈব সংহারে প্রাকৃতে তথা।
শক্তয়ো মর্মাবিশন্তে দেব দেব মম প্রভো ॥৩৯॥
আত্যন্তিকেতু সংহারেমম শক্তির্নবিদ্যতে।
মহৎদুঃখংমমৈতত্তু তেন ত্বাংপ্রার্থয়াম্যহম. ॥৪০।

---

অন্বয়—

শ্রীরুদ্র উবাচ ( শ্রীরুদ্রনা হায়খি ) দেব-দেব! ( হে লাইগী-লাই ওইবা! নিত্যে ( লেংদবদা ) নৈমিত্তিকে ( মরক-মরক্তা ) প্রাকৃতে ( মহৌশাগী ওইবদা ) সংহারে ( লোইশিন্নবদা অহুম শুবা মরমদা ) মম ( ঐগী ) শক্তয়ঃ ( ঙম্নাশিং অসিনা ) হে প্রভো! ( হে ইবুংঙো! ) মম ( ঐগী ওইনা বিশন্তে ( লৈ ) ॥৩৯।

আত্যন্তিকেতু ( থোইদোকপদা ) সংহারে ( লোইশিন্নগী মরমদা ) মম ( ঐগী ) শক্তিঃ ( পাঙ্গল ) নবিদ্যতে ( লৈজদে ) এতৎতু ( মতুদা ) মহৎদুঃখং ( য়াম্না অবাব অমা ওইরে ) তেন ( অতুনা অসিনা মরম ওইরে) তেণ ( অতুনা অসিনা মরম ওইতুনা ) ত্বাং ( ইবুংঙোবু ) অহম ( ঐনা ) প্রার্থয়ামি ( হায়জরি ॥৪০॥

---

অনুবাদ—

শ্রীরুদ্রনা হায়খি হে লাইগী লাই ওইবা! হে ইবুংঙো! নোংমগী তোগদোবা, মরক্তা তোগদোবা মহৌশগী ওইবা অহুম শুবদা লোইশিন্নগী মরমদা ঐগী ওইনা পাঙ্গল লৈগ্রে ॥৩৯॥

সংহাব লোইশিন্না হায়বা থবক অসিদা থোইদোকপা ঐগী পাঙ্গল লৈজদে। অসিমক্না ঐঙোন্দা য়াম্না অৱাব মরম অমা ওইবনা ইবুংঙোগী মকমদা ঐনা হায়জরি ॥৭০॥

শ্রীবৃহস্পতি রুবাচ।

শ্রীমদ্ভাগবতং তস্মাদপি নারায়ণোদদৌ।
সতুসংসে বনাদস্তজি গ্যেচাপিতমোগুণম্ ॥৪১॥
কথা ভাগবতী তেন সেবিতা বর্ষ মাত্রতঃ ॥
লয়েত্বা ত্যন্তিকে ৎতনা বাপশক্তিংসদাশিবঃ ॥৪২॥

উদ্ধব উবাচ

শ্রীভাগবত মহাত্ম্য ইমামা খ্যাগ্রবিকাং গুরোঃ।
শ্রুত্বা ভাগবতং লব্ধা মুমুদে হংপ্রণ ম্যতম্ ॥৪৩॥

শ্রীবৃহস্পতিঃ (শ্রীবৃহস্পতিনা) উবাচ—(হায়খি—নারায়ণ (শ্রীনারায়ননা অপি (সু) তস্মাৎ (মরম অসিদগী) শ্রীমদ্ভাগবতং (শ্রীভাগবতবু) দদৌ (পিখি) সতু (রুদ্রনা) অস্য (শ্রীমদ্ভাগবতগী) সংসেবনাৎ (চংখোন্না সেবা তৌজবদগী) তমোগুণম, (তমগুণ) চ অপি (বুসু) জিগ্যে (জয় তৌখি) ॥৪১॥

সদাশিবঃ (শিব মহাদেবনা) বর্ষ মাত্রতঃ (চহি অমতং তেন (মানা) ভাগবতী (ভগবতবু) লয়েতু (লোইশিন্নদা) অত্যন্তি (থোইদোকপা) শক্তিং (পাঙনবু) অবাপ (ফংখি ॥৪২॥

শ্রীউদ্ধবঃ (ভক্ত উদ্ধবনা) উবাচ (হায়খি) অহম (ঐনা) গুরোঃ (বৃহস্পতি গুরুদগী) শ্রীমদ্ভাগবতস্য (শ্রীমদ্ভাগবতগী) মাহাত্ম্য (মগুন্না থল্লবা)

অনুবাদ—

শ্রীবৃহস্প্যতিনা হায়খি—শ্রীরুদ্রগী অসিগুম্বা হায়জবা অতু তারগা শ্রীনারায়ণনা) রুদ্রদা শ্রীমদ্ভাগবতবু তাকখি। শ্রীরুদ্রদেবনা শ্রীমদ্ভাগবতবু সেবা তৌজবনা "তম" কৌবা গুণবু জয় তৌখি ॥৪১॥

মথংদা শিবমহাদবনা চহি অমতং পাঠ তৌজবদা শ্রীমতী ওইবী ভাগবতবু সেবা তৌজবনা অথোইবা সংহারগী পাঙনবু ফংখি ॥৪২॥

শ্রীউদ্ধবনা হায়খি—ঐনা গুরুদেব শ্রীবৃহস্পতিদগী শ্রীমুখদগী শ্রীমদ্ভাগবতগী মতিক মগুন্না থল্লবা রারী অসি তাগ্রে গুরুগী মকমদগী শ্রীমদ্ভাগবতগী

তত্রস্তু বৈষ্ণবীং রীতিং গৃহাত্বামাস মাত্রতঃ।
শ্রীমদ্ভাগবতা স্বাদো ময়া সম্যঙ্‌ নিষেবিতঃ ॥৪৪॥
তাব তৈব বভুবাহং কৃষ্ণস্য দয়িতঃ সখা।
কৃষ্ণেনাথ বিমুক্তোহহং ব্রজেস্বপ্রেয় সীগণে ॥৪৫॥

---

অন্বয়—

ইমং (অসিগুম্বা) আখ্যায়িকাং (বারী অসিবু) শ্রুত্বা (তাবগা) ভগবতং (ভগবতবু লব্বা (ফংলগা) তম, (মাবু) প্রণম্য (খুরুম্নগা) ইহ (অসিদা মুমুদে (য়াম্না নুংঙায়জখরে) ॥৪৩॥

ততস্তু (অসিগী মথংদা) বৈষ্ণবীং বৈষ্ণবগী ওইবা) রীতিং (চৎনবীবু) ময়া (ঐনা গৃহীত্বা (লৌরগা) মাস মাত্রতঃ (থা অমা চুপনা) শ্রীমদ্ভাগবতস্য (শ্রীমদ্ভাগবতগী (আস্বাদঃ মহাউবু সমক মপুং ফানা) নিষেবিত (সেবা তৌজখি ॥৪৪॥

তারতা (অদুগুম্বা শ্রীমদ্ভাগবতগী) এব (সেবা তৌজখিবদগী) অহম, (ঐনা) কৃষ্ণস্য শ্রীকৃষ্ণগী) দয়িতঃ (অচাম্বা) সখা (মরূপ অমা) বভুব (ওইখি) অথ (মথংদা) কৃষ্ণেণ (শ্রীকৃষ্ণনা অহং (ঐবু) ব্রজে (ব্রজবৃন্দাবনদা) বিমুক্তঃ (থাবিতুনা) স্বপ্রেয়সীগণে (মাগী চান্নবী গোপীশিংগী মরক্তা মঞ্জরীগী মশক ওইতুনা সেবা ফংহনখি ॥৪৫॥

---

অনুবাদ—

পাউতাক ফংখরে মাগী শ্রীচরনদা খুরুমজগা য়াম্না নুংঙায়জবা ওইখরে ॥৪৩॥

অসিগী মথংদা বৈষ্ণবগী চৎনবী মতুংইন্না ঐনা থা অমা চুপ্পা মপুং ফানা সেবা তৌজখি ॥৪৪॥

অসিগুম্বা শ্রীমদ্ভাগবতগী সেবা তৌজবদগী মতীক মগুণতনা ঐনা শ্রীকৃষ্ণগী অচাম্বা মরূপ অমা ওইখি, ঐবু শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজ বৃন্দাবন্দা থাবিতুনা ইবুংঙো মাগী চান্নবী গোপীশিংগী মরক্তা মঞ্জরীগী মশক ওইতুনা সেবা ফংজখি ॥৪৫॥

বিরহার্ত্তাসু গোপাসু স্বয়ং নিত্য বিহারিণা।
শ্রীভাগবত সন্দেশো মন্মুখেন প্রযোজিতঃ ॥৪৬॥
তং যথামতি লব্ধাতা আসন্ বিরহবর্জ্জিতাঃ।
নাজ্ঞাসিষং রহস্যং তচ্চ মৎ কারস্তু লোকিতঃ ॥৪৭॥
স্বর্বাসং প্রার্থ্য কৃষ্ণঞ্চ ব্রহ্মাদ্যেষু গতেষু মে।
শ্রীমদ্ভাগবতে কৃষ্ণস্তদ্ রহস্যং স্বয়ং দদৌ ॥৪৮॥

অন্বয় -

নিত্যবিহারিনা (লেংদনা শান্নরিবা কৃষ্ণব) বিহার্ত্তাসু (কায়নবদা ৱারবী) গোপীষু (গোপীশিংগী মফমদা) স্বয়ম্ (ইশামক্লা) সন্দেশঃ শ্রীভগবানগী পাউব) মন্মুখেন (ইচিলমক্লা) প্রযোজিতঃ (খংহল্লুই) ॥৪৬॥

তং (অদুগুম্বা শ্রীভগবান্গী পাউ অদু) তাঃ গোপী শিংনা) যথা মতি (অদুগুম্বা ৱাখল্দু) লব্ধা ফংলদুনা) বিরহ বর্জ্জিতাঃ (কায়নবগী অৱাব অদু থাদোকপা) আসন (ওইখি) মৎ লৌকিতঃ ঐগোন্দগী পুম্নমক্লা) চমৎ-কারস্ত (তংেকপা ওইশ্রবা) তৎ রহস্যং (অথুপ্পা) নাজ্ঞাসিষং (খংদ্রবসু) মী পুম্নমক্লা ঙক্লাখি ॥৪৭॥

ব্রহ্মাদি (ব্রহ্মানচিংবা লাইশিংনা) স্বরবাসং (বৈকুণ্ঠদা লৈবিনবা) কৃষ্ণে (শ্রীকৃষ্ণদা লাইশিংনা) প্রার্থ্য (হায়জরগা) গতেষু (চংশ্রবদা

অনুবাদ—

লেংদনা শান্নরিবা শ্রীকৃষ্ণব কায়নবদা ৱারবী গোপীশিংগী মফমদা ইশামক্লা শ্রীভগবানগী পাউব ইচিলমক্লা খংহল্লুই ।৪৬॥

অসিগুম্বা শ্রীমদ্ভগবতগী পাউনা গোপীশিংগী ৱাখলগী মতুংইন্না খল্লহনা শ্রীকৃষ্ণব, কায়নবগী অৱাবা অদু কোকখি, ঐনা শ্রীভগবানগী অথুপ্পা খংবা ঙমদ্রবাসু অদুদা ইবুংঙো মাগী মী পুম্নমক্লা ঙক্লরবা প্রভাব অদু মাংদা উখি ॥৪৭॥

ব্রহ্মানচিংবা লাই পুম্নমক্লা শ্রীকৃষ্ণবু স্বধাম ওইবা বৈকুণ্ঠদা

পুরতোঽশ্বত্থমূলস্য চকার ময়ি তদ্দৃঢ়ম।
তেনাত্র ব্রজ বল্লীষু বসামি বদরীংগতঃ ॥৪৯॥
তস্মাৎ নারদ কুণ্ডেঽত্রতিষ্ঠামি স্বেচ্ছয়া সদা।
শ্রীকৃষ্ণ প্রকাশো ভক্তানাং শ্রীমদ্ভাগবতাদ্ভবেৎ ॥৫০॥

অন্বয়—

হনগ্রবদা ) স্বয়ং ( মশা মক্না ) কৃষ্ণঃ ( কৃষ্ণনা ) মে ( ঐঙোন্দা ) শ্রীমদ্ভা-গবতে ( শ্রীমদ্ভাগবতদা লৈবা রহস্যং ) মন্নুংগী অথুপ্পা অহু ) দদৌ ( তাকখি ) ॥৪৮॥

অশ্বত্থমূলস্য ( সনাখোংনাং মখোংগী ) পুরতঃ ( মমাংদা ) ময়ি ( ঐঙোন্দা ) তৎ ( অহুপুম্বা ) দৃঢ়ং ( অচেৎপা ) চকার ( তৌখি=তাকখি ) তেন ( শ্রীকৃষ্ণনা ) অত্র ( মফম অসিদগী ) বদরীং ( বদরীকাশ্রমদা ) গতঃ (চৎলুরগা) ব্রজ বল্লীষু ( ব্রজগী উরি মরক্তা) বসামি ( লৈররবসিনি ) ॥৪৯॥

তস্মাৎ ( অসিদগী ) অত্র নারদকুণ্ড ( নারদকুণ্ড কৌবা মফম অসিদা ) অহম, ( ঐনা ) তিষ্ঠামি ( লৈরি ) হে পরীক্ষিৎ সদা ( মতম পুম্বদা ) স্বেচ্ছয়া ( অপাম্বা মতুং ইন্না ) শ্রীমদ্ভাগবতাৎ ( শ্রীমদ্ভাগবতদগী ) ভক্তানাং ( ভক্তশিংগী ) শ্রীকৃষ্ণঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) প্রকাশঃ ( ঙাল্লি ) । ৫০॥

অনুবাদ—

চৎনবগীদমক হায়জরম্মগা হনগ্রবদা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না ঐঙোন্দা শ্রীমদ্ভাগবতগী মন্নুংগী অথুপ্পা তাকপিখি ॥৪৮॥

সনা খোংনাং মখোংগী মমাংদা ঐঙোন্দা অচেৎপা পাউতাক ফংবদগী ঐনা বদরীকাশ্রমদা চত্নুনা সিদ্ধ ফংলগা ব্রজ বৃন্দাবনগী উরি মরক্তা লৈররবসিনি ॥৪৯॥

হে পরীক্ষিৎ ! ঐনা নারদ কুণ্ড কৌবা মফমদা ইশানা পাম্না ভক্ত-শিংগী মরক্তা শ্রীকৃষ্ণদা ঙান্দুনা লৈরি, হায়বদি শ্রীমদ্ভাগবত শাস্ত্রদগী ভক্তশিংগী নীংজকম ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু ফংজগনি ॥৫০॥

তদেষামপি কার্য্যার্থং শ্রীমদ্ভাগবতং ত্বহম্।
প্রবক্ষ্যামি সহায়োঽত্রত্বয়ৈবা নুষ্ঠিতো ভবেৎ ॥৫১॥

শ্রীসূত উবাচ।

বিষ্ণুরাতস্তু শ্রুত্বা তদুদ্ধবং প্রণতোঽব্রবীৎ।
হরিদাস ত্বয়া কার্য্যং শ্রীভাগবত কীর্ত্তণম্ ॥৫২॥

---

অন্বয়—

অহম. (ঐনা) তেষাং অপি ভক্তানাং (মনাই ভক্তশিংগীসু) কার্য্যার্থং (মঙ্গল ওইনবগীদমক) তু (দা) শ্রীমদ্ভাগবতং (শ্রীমদ্ভাগবতবু) প্রবক্ষ্যামি (হায়রগে) অত্র (অসিদা) সহায় (ইতেং পাংবগী) ত্বয়া (নংনা) অনুষ্টিতঃ ভবেৎ (তৌহনগদৌরিবনি ।৫১॥

শ্রীসূতঃ (শ্রীসূতনা) উবাচ (হায়খি) বিষ্ণু রাতস্তু (নিংথৌ পরীক্ষিৎনা) শ্রুত্বাতু (তারবদা) তৎ (অদু) উদ্ধবং (উদ্ধববু) প্রণতঃ (খুরুমগা) অব্রবীৎ (হায়খি) হরিদাসঃ (হরিগী মনাই ওইবা) ত্বয়া (নংনা) শ্রীমদ্ভাগবতঃ (শ্রীমদ্ভাগবতগী) কীর্ত্তণম. (ব্যাখ্যা তৌবা) কার্য্যং (থবক অদু তৌবিরো) ॥৫২॥

অনুবাদ—

ঐনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্তশিংগী মঙ্গল ওইনবগীদমক শ্রীমদ্ভাগবতগী ব্যাখ্যা তৌরগে অমুক্তং নংনা ঐগী ইতেং পাংবা ওইয়ু ॥৫১॥

শ্রীসূতনা হায়খি পরীক্ষিৎ নিংথৌনা উদ্ধবগী ৱা অদু তারবদা উদ্ধববু খুরুমগা হায়খি—হে হরিগী মনাই ওইব! নংনা শ্রীমদ্ভাগবত কীর্ত্তণ তৌবিরো ॥৫২॥

**আজ্ঞাপ্যোঽহং যথা কার্য্যং সহায়োঽত্র ময়া তথা।**
**শ্রুত্বৈতদুদ্ধবো বাক্যমুবাচ প্রীত মানসঃ ॥৫৩॥**

**শ্রীউদ্ধব উবাচ।**

**শ্রীকৃষ্ণেন পরিত্যক্তে ভূতলে বলবান্ কলিঃ।**
**করিষ্যতি পরং বিঘ্নং সৎ কার্য্যে সমুপস্থিতে ॥৫৪॥**

---

অন্বয়—

আজ্ঞাপ্যঃ (তাকপিরো) অহম্ (ঐনা) তথা (অদু) কার্য্যং (থবক) ময়া (ঐনা) তথা (অদুমক) অত্র (অসিদা) সহায় (পাংজবগে) ত্বতৎ (অসিগুম্বা বা অসি) শ্রুত্বা (তারবদা) প্রীতমানসঃ (পেল্লবা উদ্ধবনা) বাক্যম্ (ৱা) উবাচ (হায়খি) ॥৫৩॥

শ্রীকৃষ্ণেন (শ্রীকৃষ্ণনা) পরিত্যক্তে (পৃথিবী থাদোকখ্রবদা) বলবান্ (মপাঙ্গল কল্লবা) কলিঃ (কলি কৌবা যুগনা) ভূতলে (পৃথিবী অসিদা) পরং (থোইদোকপা) সৎকার্য্যের্যো (অফবা থবক অমা) সমুপস্থিরে (তৌবা হৌগৎলকপাদা) বিঘ্নং (থুগায়রাবা) ভরিষ্যতি (ওইরকনি) ॥৫৪॥

---

অনুবাদ—

পরীক্ষিৎ হায়—নহাক্না ঐঙোন্দা য়াথং পিবিরো নংগী য়াথং মতুং ইন্না নতেং অদু পাংজবগে পরীক্ষিৎকি ৱা তাবদা পেল্লবা উদ্ধবনা হায়খি ॥৫৩॥

উদ্ধবনা হায়খি—শ্রীকৃষ্ণনা পৃথিবী অসিবু থাদোকখ্লনা স্বর্গারোহন ওইগ্রবদা মপাঙ্গল কল্লবা মথৌনা লৈরবা য়াম্না পাক্লবা যুগকি নিংথৌ কলিনা অফবা থবক অমা মীনা হেক তৌবা কায়রবদা অদুবু থুগায়গনি ॥৫৪॥

তস্মাদ্দিগ্বিজয়ং যাহি কলি নিগ্রহ মাচর।
অহন্তমাস মাত্রেণ বৈষ্ণবীং রীতি মাস্থিতঃ ॥৫৫॥

শ্রীসূত উবাচ।

শ্রীমদ্ভাগবতা স্বাদং প্রচার্য্য ত্বং সহায়তঃ।
এতান, সম্প্রা পয়িষ্যামি নিত্য ধাম্নি মধুদ্বিষ ॥৫৬॥
শ্রুত্বৈবং তদ্বচো রাজামুদিতশ্চিন্তয়াতুরঃ।
তদা বিজ্ঞা পয়ামাস স্বাভি প্রায়ং তমুদ্ধবম্ ॥৫৭॥

---

অন্বয়—

তস্মাৎ ( মরম অসি লৈবদগী ত্বং ( নংনা ) দিগ্বিজয়ং ( মায়কৈ পুম্নমক জয় তৌবা ) যাহি ( চৎলো ) কলিনিগ্রহণ, ( কলিযু কারুবা ) আচর ( চৎলো )—তৌরুরো ) ত্বৎসহায়তঃ ( নংগী নতেংদগী অহম,তু ( মায়কৈ অসোমদা ঐনা ) বৈষ্ণবীং ( বৈষ্ণবীগী ওইবা ) রীতিং (নিয়মদা) অস্থিতঃ ( লৈতুনা ) মাসমাত্রেণ (থা অমতং ) শ্রীমদ্ভাগবতাস্বাদং (শ্রীমদ্ভাগবতগী রসবু চুপহনগে) এতান্ (তৌরিবা পুম্নমক অতুবু) মধুদ্বিষঃ (ভগবান মধু কৌবা হিংচাবগী য়েক্লবগী ) নিত্য ধাম্নি ( লেংদ্রবা মফম অতুদা ) সম্প্রাপয়ি ষামি ( নীংথিজনা ফংহনগে ) । এতান, মথক্কী অন্বয়গা পুন্নবনি মথক্লা হায়রে ॥৫৫-৫৬॥

শ্রীসূতঃ ( শ্রীসূতনা ) উবাচ ( হায়খি—) এবং ( তসিগুম্বা ) তৎ বচঃ (উদ্ধবকী বা অতু ) শ্রুত্বা ( তারবদা ) রাজঃ ( নিংথৌ পরীক্ষিৎনা )

অনুবাদ—

মরম অসিদগী মহারাজা দিগ্বিজয় চত্তুনা কলিযু ফারম্মো নংগী নতেং ফংলবদা অসোমদা ঐনা বৈষ্ণবগী ওইবা নিয়মদা লৈতুনা থা অমা শ্রীমদ্ভাগবতগী রসগী মহাউ লোইনগে. তারিবা পুম্নমক ভগবান, শ্রীকৃষ্ণগী লেংদ্রবা মফম অতু ফংহনগে ॥৫৫-৫৬॥

শ্রীসূতনা হায়রখি—হে ঋষিশা! কৃষ্ণগী ভক্ত উদ্ধবগী বাহৈশিং

শ্রীপরীক্ষিদুবাচ।

কলিস্তু নিগ্রহীষ্যামি তাত তে বচসি স্থিতঃ।
শ্রীভাগবত সম্প্রাপ্তিঃ কথং মম ভবিষ্যতি ॥৫৮॥
অহন্তু সমনুগ্রাহ্য স্তব পাদতলে শ্রিতঃ।
শ্রুত্বৈতদ্বচনং ভূয়োঽপ্যুদ্ধবস্তমুবাচহ ॥৫৯॥

অন্বয়—

মুদিতঃ (নুংঙায়থরে) চিন্তাতুরঃ (মূন্না খল্লগা য়াম্না বানা) তদা (অদুনা) স্বাভিপ্রায়ং (মাগী অপাম্বদু) বিজ্ঞা পয়া মাস (ফোংদোকখি ॥৫৭॥

শ্রীপরীক্ষিৎ উবাচ—(শ্রীপরীক্ষিৎনা হায়খি—) তাত (হে ইবুংঙো।) তে (নংগী) বচসি (ৱাহৈদা) স্থিতঃ (লৈদুনা) অহম্ (ঐনা) কলিম্ তু (কালিবুদি) নিগ্রহীষ্যামি (ফারুরগনি) মম (ঐগীদি) কথং (করম্না) শ্রীমদ্ভাগবত প্রাপ্তিঃ (শ্রীমদ্ভাগবত তাবা ফংবা) ভবিষ্যতি (ওইরগনি) ॥৫৮॥

অহম্ তু (ঐদি) তব (নংগী) পাদ তলে (নখোংদা) শ্রিতঃ (চংজরি) সমনুগ্রাহ্যঃ (থৌজালবীদুনা) তৎবচনং (পরীক্ষিৎকী ৱা অদু) শ্রুত্বা (তারবদা) ভূয়ো অপি (অমুক হন্না) উদ্ধব (উদ্ধনা) উবাচ (হায়খি) ॥৫৯॥

অনুবাদ—

অদু তারগা নিংথৌ পরীক্ষিৎনা মপুক্তিংদা নুংঙায়রবসু য়াম্না মূন্না খল্লগা মাগী অপাম্বাদু উদ্ধবগী মফমদা খংহনখি ॥৫৭॥

নিংথৌ পরীক্ষিৎনা হায়খি—হে ইবুংঙো। নংগী ৱাথং মতুং ইন্না দিগ্বজর চক্রনা ঐনা লেপনমক কালবু ফারুরগনি, অদুদা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত ওইব। ঐগীদি শ্রীভাগবত তাবা করম্না ফংগনি ॥৫৮॥

ঐনা নংগী নখোংদা চংজরি—ঐবু নংনা থৌজালবিয়ু—পরীক্ষিৎনা হায়জবা ৱা অদু তারবদা ভক্তি লৈবা নোল্লুকপা অদুদা উদ্ধবনা অমুক হন্না পরীক্ষিত্তা হারখি ॥৫৯॥

**উদ্ধবঃ উবাচ।**

**রাজংশ্চিন্তাতুতে কাপিনৈব কার্য্যা কথঞ্চন।**
**তবৈব ভগবচ্ছাস্ত্রে যতো মুখ্যাধি করিতা ॥৬০॥**
**এতাবৎ কাল পর্য্যন্তং প্রায়ো ভাগব তশ্রুতেঃ।**
**বার্ত্তা মপিন জানন্তি মনুষ্যাঃ কর্ম্মতৎ পরাঃ ॥৬১॥**

---

অন্বয়—

**উদ্ধবঃ উবাচ**—উদ্ধবনা হায়খি—) রাজন্! হে নিংথৌ!) চিন্তাতু (**খাখল** অদুদা) তে (নংগী) কাপি (করিগুম্বদা) কথঞ্চণ (হায়রিবত্থগী) নৈবকার্য্যা (কাম্নদে) তবৈবং (নংগীদি) ভগবচ্ছাস্ত্রে (শ্রীভাগবতদা) যতঃ (অদুদা) মুখ্য (মরুওইবা) অধিকারিতা (নংগী শরুক ওইরিবনি ॥৬০।

মনুষ্যাঃ (মীওইবশিংনা) কর্ম্ম তৎপরাঃ (মখল-মখলগী কর্ম্মদা লুপলবশিংনা) এতাবৎকাল পর্য্যন্তং (মতম অসি ফাওবা) প্রায়ঃ (মহৌশাগী ওইবা) ভাগবতস্য (শ্রীভাগবতগী) শ্রুতেঃ (তাবগী) বার্ত্তাম, অপি (পাউসু) নজানন্তি (খংদে) ॥৬১॥

অনুবাদ —

শ্রীউদ্ধবনা হায়খি—হে নিংথৌ! মরম অদু খল্লবগী কাম্নবা অমতা লৈতে করিনা হায়বনু শ্রীমদ্ভাগবত অসি তাবদা অনী শুপ্রবা নংতনী অথোইবনি ॥৬০॥

সংসার অসিদা লৈরিবা মীওইবশিংনা মখল-মখলগী থবক্তা লুপশিনখিদুনা মখোয়না মতম অসি ফাওবদা মহৌশা ওইনা মখোয়না শ্রীভাগবত অসি তাগনি হায়বা খংদে ॥৬১॥

ত্বৎ প্রসাদেন বহবো মনুষ্যাঃ ভারতা জিরে।
শ্রীমদ্ভাগবত প্রাপ্তৌ সুখং প্রাপ্স্যান্তিশাশ্বতম্ ॥৬২॥
নন্দ নন্দন রূপস্ত শ্রীশুকো ভগবা নৃসিঃ।
শ্রীমদ্ভাগবতং তুভ্যংশ্রাবরিষ্যত্য সংশয়ম্ ॥৬৩॥
তেন প্রাপ্স্যসি রাজং স্তং নিত্যং ধামব্রজেশিতুঃ।
শ্রীমদ্ভাগবত সঞ্চরস্ততো ভুবি ভবিষ্যতি ॥৬৪॥

---

অন্বয়—

রাজন,! ( নিংথৌ ! ) ত্বৎপ্রাসদেন ( নংগী থৌজান্না ) ভারতাজিরে ( ভারতবর্ষ অসিদা পোক্লরবা ) বহবঃ (অয়াম্বা) মনুষ্যাঃ ( মীওইশিংনা ) ( শ্রীমদ্ভাগবতম, ( শ্রীমদ্ভাগবতবু ) প্রাপ্তৌ (ফংজবদা) শাশ্বতম, (তশেংনা) সুখং (নুংঙায়বা) প্রাপ্স্যান্তি (ফংলকনি। ।৬২।

ঋষিঃ ( মুনি ওইবা ) ভাগবান, (শ্রীশুকদেবনা) শ্রীনন্দ-নন্দনরূপস্ত (শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবা) শ্রীভাগবতং (শ্রীভাগবতবু) তুভ্যং ( নংঙোন্দা ) শ্রাবয়িষ্যতি ( তাহল্লগনি ) অসংশয়ম, ( চিংনরগনু ) ।৬৩।

রাজন,! ( হে নিংথৌ ! ) ত্বং (নংনা) তেন (ভাগবত তাবা অদুনা মরম ওইদুনা) নিত্যং (লেংদবা) ধাম ব্রজেশিতুঃ (ব্রজধাম অদুদা চৎপা)

---

অনুবাদ—

হে নিংথৌ পরীক্ষিৎ। নংগী থৌজালবদগী শ্রীবৈকুণ্ঠগী মাগোলগী মশক ওইরবা ভারতবর্ষ অসিদা পোক্লরবা মীশিংনা শ্রীমদ্ভাগবতবু তাবা ফংজরগা মতম পুম্নমক্তা নুংঙায়বা ফংলরগনি ॥৬২॥

ঋষি মুনি ওইবা ভগবান শ্রীশুকদেবনা শ্রীনন্দ নন্দন শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবা শ্রীমদ্ভাগবতবু নংঙোন্দা তাহল্লরগনি অসিদা করিগুম্বা অমতা চিংনরূগনু ॥৬৩॥

হে নিংথৌ ! শ্রীভগবত তাজবনা নহাক্না ব্রজ রাজ নন্দনগী মচা শ্রীকৃষ্ণগী

তস্মাত্ত্বং গচ্ছরাজেন্দ্র কলিনিগ্রহমাচর।
ইত্যুক্তস্তং পরিক্রম্য গতো রাজাদিশাং জয়ে ॥৬৫॥
ব্রজস্তু নিজরাজ্যেশং প্রতি বাহুং বিধায়চ।
তত্রৈব মাতৃভিঃ সাকং তস্থৌ ভাগবতাশয়া ॥৬৬॥

অন্বয় —

প্রাপ্স্যাসি (ফংগনি) ততঃ (মতুগী মথংদা ভুবি (পৃথিবী অসিদা) ভাগবতং (শ্রীভাগবতবু) সঞ্চার (শান্দারকপা) ভবিষ্যতি (ওইবকনি ॥৬৪॥

রাজেন্দ্র! (নিংথৌ অথোইবা!) তস্মাৎ (মরম অসিদগী) ত্বং (নংনা) গচ্ছ (চৎলো) ইতি উক্তঃ (অসি হায়রবদা) রাজা (পরিক্ষৎ নিংথৌনা) তং (উদ্ধববু) পরিক্রম্য (কোইহনা খুরুম্লগা) দিশাং (মায়কৈ পুম্নমক জয় তৌনবা) গতঃ (চৎখ্রে) ॥৬৫॥

তত্রৈব (অসোমদা) ব্রজনাভস্তু (ব্রজনাভস্তু) প্রতিবাহুং (প্রতিবাহু কৌবা মচাদা) নিজরাজ্যেশং (লৈবাক্কী মপু ওইবা) বিধায়চ (নিংথৌ

অনুবাদ—

নিত্যধাম ওইবা মফম অদু ফংগনি, মথংদা পৃথিবী অসিদা শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণ অসি শান্দোরকনি। ৬৪।

মরম অসিদগী হে নিংথৌ অথোইবা! নংনা কলিবু ফানবা থৌরাং তৌরুরো, উদ্ধবগী বা অসি তাবদা পরীক্ষিৎনা উদ্ধববু য়েৎলোইননা কোইহনা খুরুম্নগা কলি ফানবগীদমক মায়কৈ পুম্নমক জয় তৌবা চৎখ্রে ॥৬৫॥

মায়কৈ অসোমদা ব্রজনাভ নিংথৌসু মাগী মচানিপা "প্রতিবাহু" দা

**অথ বৃন্দাবনেমাসং গোবর্দ্ধন সমীপতঃ।**
**শ্রীমদ্ভাগবতাস্বাদ স্তুদ্ধবেন প্রবর্ত্তিতঃ ।।৬৭।।**
**তস্মিন্নাস্বাদ্যমানেতু সচ্চিদানন্দরূপিনী ॥**
**প্রচকাশো হরেলীলা সর্ব্বতঃ কৃষ্ণ এবচ।।৬৮॥**

অন্বয় —

খুবম শিন্নরমলগাস্থ ভাগবতা আশয়া (শ্রীভাগবত তানীংহনা) মাতৃভিঃ সাকং ( মমাশিংগা লোইননা ) তস্থৌ (লৈখি) ।।৬৬।

অথ (মথংদা) বৃন্দাবনে (বৃন্দাবন্দা) গোবর্দ্ধন সমীপতঃ ( শ্রীগোবর্দ্ধনগী মনাক্তা) উদ্ধবেণ ( উদ্ধবনা ) মাসং ( থা অমা ) শ্রীমদ্ভাগবতস্য (শ্রীমদ্ভাগবতগী) আস্বাদঃ তু (রসহু চুপ্পদা) প্রবর্ত্তিতঃ (তৌহনখি) ।।৬৭।।

তস্মিন্ (মফম অদুদা) আস্বাদ্য মানেতু (শ্রীভাগবতগী রস লোরবদা) সর্ব্বতঃ পুম্নমক্তা হরেঃ (শ্রীহারগী) সচ্চিদানন্দরূপিনী (সৎ চিৎ-আনন্দগী মশক ওইবা) লীলা (শান্নবা) প্রচাকাশ (চংখোন্না ফোংদোকখি) কৃষ্ণএব (মফম অদুদা) শ্রীকৃষ্ণহু (প্র-চা কাশঃ (ঙাস্থোইবিখি) ।।৬৮।।

অনুবাদ—

নিংথৌ হাপলগা শ্রীমদ্ভাগবত তানিংহনা মমাশিংগা লোইননা লৈখি ।।৬৬।।

মথংদা শ্রীবৃন্দাবন্দা গোবর্দ্ধনগী মনাক্তা শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ওইবা উদ্ধবনা থা অমা চুপনা শ্রীমদ্ভাগবতগী কথাগী রস আস্বাদন তৌহনখি ।।৬৭।।

শ্রীমদ্ভাগবতকী রস চুপ্পনা তাহনা লৈবা মতমদা মফম পুম্নমক্তা শ্রীহরিগী লেংপ্রবা পুকনিংগী নুংঙাইবাগী মশক ওইবা অদু ফোংদোক্লনা লৈ অমসু শ্রীকৃষ্ণসু মফম অদুদা লেংবিরকখি ।।৬৮।।

আত্মনঞ্চ তদন্তস্থঃ সর্ব্বেঽপি দদৃশুস্তদা।
ব্রজস্তু দক্ষিনে দৃষ্ট্বা কৃষ্ণপাদ সরোরুহে ।৬৯।।
স্বাত্মানং কৃষ্ণ বৈধুর্য্যামুক্ত স্তুত্ত্বং শোভতা।
তাশ্চতন্মাতরং কৃষ্ণে রাস রাত্রি প্রকাশিনি ।।৭০।।

---

অন্বয় —

তদা ( মতম অদুদা ) সর্ব্বে অপি ( তারিবা পুম্নমকসু ) আত্মনঞ্চ (মশামকসু) তৎ অন্তস্থ মন্নুংদা লৈবা হায়বদি শ্রীভগাবান.গী লীলা মনুংদা লৈতুনা) কৃষ্ণপাদ সরোরুহে ( শ্রীকৃষ্ণগী মখোং থম্বান্দা ) দক্ষিণে ( য়েৎথংবদা ) দৃষ্ট্বা (উরতুনা থমোয়দা উখি-ভাম্থোইখি । ৬৯।।

স্ব আত্মানং ( শ্রীব্রজনাভ মাগী য়েৎতা) কৃষ্ণবৈধুর্য্যাং ( শ্রীকৃষ্ণগী নীংথিরবা শ্রীচরণ উবদা) মুক্ত (থাদোকপ্রবা) তৎ ভবা ( ওইরকপা অতুনা ) শোভানা ( নিংথিজপ্রে ) তাশ্চ মাতৃভিঃ ( মমাশিংনসু শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী অরাবা অদু কোকপ্রে ) রাস রাত্রি প্রকাশিনি ( রাসগী অহিং অদু ) কৃষ্ণে (শ্রীকৃষ্ণদা ভানপ্রে) ।।৭০।

---

অনুবাদ—

মতম অদুমক্তদা শ্রীমদ্ভাগবত তারিবশিংনা মাগী মশামকসু শ্রীভগবানগী লীলা মনুংদা লৈবা অদু উখি, ব্রজনাভসু শ্রীকৃষ্ণগী মখোং থম্বালদা মাগী য়েৎতা লৈবা উতুনা থমোয়দা ভাম্থোইখি ।।৬৯।।

অমনা মাগী ব্রজনাভগী য়েৎতা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণ অনী উরবদা শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী অরাবা অদু কোকপ্রে, পৃথিবী অসিদা ফজরবা অমা ওইপ্রে, অদুগুম্না মমাশিংসু শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী অরাবা অদু কোকপ্রে রাসগী অহিং অদু শ্রীকৃষ্ণদা ভানপ্রে ।।৭০।।

চন্দ্রে কলাপ্রভারূপমাত্মানং বীক্ষ্যবিস্মিতাঃ।
স্বপ্রেষ্ঠ বিরহ ব্যাধিবিমুক্তাঃ স্ব পদং যযুঃ ॥৭১॥
যেহন্যোচতত্রতে সর্ব্বে নিত্য লীলান্তরং গতঃ।
ব্যবহারিক লোকেভ্যঃ সত্তোহ দর্শন মাগতাঃ ॥৭২॥

---

অন্বয়—

রাস বাত্রি প্রকাশিনি (রাসগী অহিং ফোংদোকপা শ্রীকৃষ্ণগী) আত্মানং (মশকপু) বীক্ষা (উরগা) চন্দ্রে (থাগী) কলা (কলানা) প্রভা রূপং (মঙাল — বল ওইবা অদু থাদা লৈবা উরগা) বিস্মিতাঃ (পুন্নমক্তা কখরে) স্বপ্রেষ্ঠ (মাগী মঙাল অথোইবা কৃষ্ণবু) বিরহব্যাধি (কায়নবগী লাইনা অদু বিমুক্তাঃ (থাদোকপ্রবী বোংহিনীনচিংবী শিংনা) স্বপদং (ইবুংঙোগী ধাম অদুদা) যযুঃ (চংখি ৭১॥

তত্র (অদুদা) যেঅন্যে (অতোপ্পা মখোয়না) তে সর্ব্বে (লাকখিবা মখোয় পুন্নমক) ব্যাবহারিক লোকেভ্যঃ (চুম্নাগী মীশিংগী মরক্তা) সত্ত্ব (খুদক্তা) অদর্শ (উদত্নো) আগতাঃ (নিত্য লীলাদা লাক্লখি। ৭২।

অনুবাদ—

বোংহিনীনচিংবী মাতৃশিংনা রাস লীলাগী অহিংগী মতমদা। ভাগ্যা শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবা থাগী মশেক অমসু মঙালগী মশকপু মখোয়দা লৈবা অদু উরগা পুন্নমক ঙকথে, থরায়দগী হেন্না নুংশিজবা কায়নবগী লাইনা অদু কোকখিত্নো মাগী-মাগী মফম অদু ফংখি ॥৭১॥

অদুদা অতোপ্পা লাক্লিবা মখোয়শিংগী মরক্তা খুদক্তা উদত্না নিত্য লীলাদা লাক্লখি ॥৭২॥

**গোবৰ্দ্ধন নিকুঞ্জেষু গোষু বৃন্দাবনাদিষু নিত্যং কৃষ্ণেণ**
**মোদন্তে দৃশ্যন্তে প্রেম তৎ পরৈ ॥৭৩॥**

**শ্রীসূত উবাচ।**

**যস্ত্বেতাং ভগবত প্রাপ্তিং শৃণুয়াচ্চাপিকীর্ত্তয়েৎ।**
**তস্যৈব ভগবৎ প্রাপ্তি দুঃখ হানিশ্চজায়তে ॥৭৪।**

---

অন্বয়—

শ্রীকৃষ্ণেণ (শ্রীকৃষ্ণগী) নিত্যং (লেংদনা) গোবৰ্দ্ধন কুঞ্জেষু (গোবৰ্দ্ধনগী কুঞ্জবন্দা গোষু (ঘঙ্গোন্দা) বৃন্দাবনাদিষু (বৃন্দাবননাচিংবদা) পরৈঃ (খোইদোক্না) মোদ্যন্তে (ন্‌ংঙায়না লৈবা) প্রেমতৎ—পরৈঃ (প্রেম রসদা লুপ্লবশিংনা) দৃশ্যন্তে (উখি) ॥৭৩॥

শ্রীসূতঃ উবাচ—(শ্রীসূতনা হায়খি—) যঃ (মী অতুনা) এতান (অসিগুম্বশিংবু) ভগবতঃ (শ্রীভগবানগী) প্রাপ্তিম্ (শ্রীচরন ফংবা) তস্য (মহাক্কী) বৈ (লেপ্পমক) ভগবৎপ্রাপ্তিঃ (শ্রীভগবান ফংথবা মীনা) দুঃখ হানিঃ (অৱাবা কোকপা) জায়তে (ওই) চ (সু) শৃণুয়াৎ (তাগদোবা ওই) অপি (সু) কীর্ত্তয়েৎ (শোনগদবা ওই) ॥৭৪॥

অনুবাদ—

শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা মখোয়না ন্‌মিৎ খুদিংগী গোবৰ্দ্ধন কোবা চীংগী নিকুঞ্জবন্দা ঘনগোনশংদা অমসু শ্রীবৃন্দাবনগী বন-বন খুদিংদা য়াম্না ন্‌ংঙায়না শান্নরিবা অহু প্রেম রসদা লুপ্লবা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা অদুতবু মতম পুম্নমক্তা উবা ফংঙি ॥৭৩॥

শ্রীসূতনা ঋষিশিংগী মফমদা হায়খি—মী অতুনা অসিগুম্বা শ্রীচরনবু ফংনবা লীলাগী ৱারী অসি তাগদোবমক্তি শোনগদবান, শোল্লিবা, মী অতুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ ফংগনি লোইননা অহৌবদগী অৱাব মপৈ মতম কুইনা লৈৱবশিং অহু লোইনা কোক্কনি ॥৭৪॥

ইতি শ্রীস্কন্দে মহাপুরাণে একাশীতি সহস্র সংহিতায়াঃ দ্বিতীয় বৈষ্ণব খণ্ডে শ্রীপরীক্ষিৎ উদ্ধসম্বাদে শ্রীমাদ্ভাগবত মহাত্ম্য নামক তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ ।৩।

মতাং অসিদা শ্রীস্কন্দ মহাপুরান্দ লিশিং মরিফুমাথোই শুবা সংহিতাদা অনীশুবা বৈষ্ণব খণ্ডদা পরীক্ষিৎকা উদ্ধবগা বারী শান্নখিবা শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্য কৌবা অহুমশুবা তাঙ্কক লোয়রে ।

# মণিপুরী শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্যম্

## অথ চতুর্থোঽধ্যায়ঃ

শ্রীমদ্ভাগবত স্বরূপস্য তৎপ্রমাণতৎ শ্রোতৃবক্তৃ
লক্ষণ-শ্রবণ-বিধেশ্চ নিরূপণম্।

শ্রীঋষয় উচুঃ।

সাধু সূতচিরং জীব চিরমেবং প্রসাধিনঃ।
শ্রীমদ্ভাগবত মাহাত্ম্যমপূর্ব্বং তন্মুখাচ্ছ্রুতম্ ।।১।

---

(মরিশুবা অধ্যায় অসিদা হায়রিবদি শ্রীমদ্ভাগবতকী মশক অমুগী প্রমাণ, ভাগবত তারিবা মীগী খুদম, তাবগী হৌনবী ভাকপা অসিদা য়াওরে ।।

অন্বয়—

শ্রীঋষয় ( ঋষিশিংনা ) উচুঃ ( হায়খি—) সূত ! ( হে সূত ) সাধু ( অশেংবনি )—অতাংবনি ) চিরং জীব ( কুইনা পুনশিবা ওইয়ু ) নঃ ( ঐখোয়গী মফমদা ) এবং ( অসুম্না ) প্রশাধি ( পাউতাক পিবিয়ু ) চিরং ( মতম কুইনা ) তৎ মুখাৎ ( নংগী নচিন্দগী ) অপূর্ব্বং ( মমাংদা ওইখিদ্রবা ) তং অমুম্না ) শ্রীমদ্ভাগবতস্য ( শ্রীমদ্ভাগবতগী ) মাহাত্ম্যং (মতীক অথোইববু ) শ্রুতং (তাজখরে) ।।১।

---

অনুবাদ—

—ঋষিশিংনা হায়খি—( হে সূত ! ) অশেংবনি অতাংবনি, মতম কুইনা পুনশিখো ঐখোয়দা অসিগুম্না পাউতাককি মওং তাবগী মওং অমু ওইগদৌবা হৌজিক হায়বিরো ।।১।।

তৎ স্বরূপং প্রমাণঞ্চ বিধিঞ্চ শ্রবণে বদ।
তদ্বক্তুর্লক্ষণং সূত শ্রোতুশ্চাপি বদ ধুনা ॥২॥

শ্রীসূত উবাচ।

শ্রীমদ্ভাগবত স্যাথ শ্রীমদ্ভাগবতঃ সদা।
স্বরূপমেক মেবাস্তি সচ্চিদানন্দ লক্ষণম্ ॥৩॥
শ্রীকৃষ্ণা সক্ত-ভক্তানাং তন্মাধুর্য্য প্রকাশকম,।
সমুজ্জৃম্ভতি যদ্বাক্যং বিদ্ধি ভাগবতং হি তৎ ॥৪॥

অন্বয়—

সূত! (হে সূত!) ভাগবতস্য (ভাগবতগী) স্বরূপং (মশকপু) তৎ (অদু) প্রমাণঞ্চ (খুদমসু) শ্রবণে (তাবদা) তৎ (অদুবু) বক্তুং (ভাগবত তৌবগী) লক্ষণং (মওংবু) শ্রোতুম, (তাবগী) অপিবৎ (ওই-গদৌবা) অধুনা (হৌজিক) বদ (হায়বিরো) ॥২॥

শ্রীসূত উবাচ—(শ্রীসূতনা হায়খি)—হে ঋষিশা! অথ (অসিগী মথাদা) শ্রীমদ্ভাগবতস্য (শ্রীমদ্ভাগবতগী ওইবা) স্বরূপম, (মশক অদু) একং এব (অমতং) অস্তি (লৈ) সদা (মতম পুম্নমক্তা) সচ্চিদানন্দ (লেংপ্রবা মুংঙায়বা ওইবা) লক্ষণম, (খুদমনি) ॥৩॥

ভক্তানাং (মনাই ভক্তশিংগী করম্বা ভক্ত) তৎ (অদুগুম্বা) মাধুর্য্য (মুংশিপ্রবা) প্রকাশকম্ (চংখোম্না ফোংদোকপ্রবা) যৎবাক্যং (রাহৈ

---

অনুবাদ—

হে সূত! ভাগবতগী মশক, খুদম, তাবদা, ভাগবত তৌবগী মওং তাবগী মওং অদু ওইগদৌবা হৌজিক হায়বিরো ॥২॥

উগ্রশ্রবাগী মচা শ্রীসূতনা শৌনাকনচিংবা ঋষিশিংগী মফমদা হায়খি—হে ঋষিশা! শ্রীমদ্ভাগবত অসিনা ভগবান, শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইনা মতম পুম্নমক্তা সচ্চিদানন্দগী মশক ওইদুনা লৈরি ॥৩॥

মনাই ভক্তশিংগী করম্বা ভক্তশিং শ্রীকৃষ্ণদবু নীংশ্রবা অদুগুম্বা

**জ্ঞান-বিজ্ঞান ভক্ত্যাঙ্গ চতুষ্টয়ঃ পরং বচঃ।**
**মায়া মৰ্দ্দন দক্ষঞ্চ বিদ্ধি ভাগবতঞ্চহিতৎ ॥৫॥**
**প্রমাণং তস্যকো বেদহ্যনন্তস্যা ক্ষরাত্মনঃ।**
**ব্রহ্মণে হরিনা তদ্দিক্‌ চতুঃ শ্লোক্যা প্রদর্শিতা ॥৬॥**

অন্বয় —

অতুবু ) সমুজ্জৃম্ভতি ( চংখোম্না ফোংদোকপিবা ) তৎ (অদু) হি (লেপ্নমক) ভাগবতং (ভাগবত অসিনি) বিদ্ধি ( খংঙু ) ॥৪॥

জ্ঞান ( শাস্ত্রগী ওইবা লৌশিং ) বিজ্ঞান ( উপাসনা অর্থাৎ লাইনিংবদগী ফংলকপা বাখল ) ভক্ত্যাঙ্গ ( ভক্ত অমসু মাগী মশানা তাবগী অমদি শোঙবদগী ফংলকপনচিংবা ) চতুষ্টয়ঃ ( মরি অসিনা ) বচঃ পরং ( অথোইবা ওইবা ) মায়া মৰ্দ্দন ( ময়াবু নৈহংপা ) দক্ষঞ্চ ( হৈ শিংবা ) তৎ (অদু) ভাগবতঞ্চ (ভাগবতনি) বিদ্ধি ( খংঙু ) ॥৫॥

অক্ষরাত্ম ( অমাং অতা লৈত্রবা ) তস্য ( ভাগবতগী ) প্রমাণং ( প্রমাণবু ) কঃ ( কনানা ) বেদ ( খংগনি ) হরিনা ( শ্রীহরিমক্না ) ব্রহ্মণে

---

অনুবাদ—

মুংশিগ্রবা চংখোম্না ফোংদোকাপিগ্রবা বাহৈ অতুবু চংখোম্না ফোংদোকপি, লেপ্নমক ভাগবত অসিনিখংঙু ॥৪॥

শাস্ত্রগী ওইবা জ্ঞান-লাইনিংবদগী ফংলকপা জ্ঞান ভক্তি অমসু মহাক্কি মশামক্না তাব, শোঙবনচিংবা পোৎ মরি অসিগী মরম ওইবা বাহৈ লৈ অমসু মতুদা মায়াবু নৈহৎপদা হৈশিংবা অরেপ্পা অদু ঙান্দুনা লৈবা অতুবু শ্রীভাগবত হায়না কৌই হায়না খংঙু ॥৫॥

অমাং অতা লৈত্রবা অসিগুম্বা শ্রীমদ্ভাগবতগী প্রমাণবু কনানা

তদানন্ত্যাবগাহেন স্বেপ্সিতা বহুন-ক্ষমাঃ।
তে এব সন্তিভো বিপ্রা ব্রহ্ম বিষ্ণু শিবাদয়ঃ ।।৭।।
মিতবুদ্ধ্যাদি বৃত্তীনাং মনুষ্যানাং হিতায় চ।
পরীক্ষিচ্ছুক সংবাদো যোঽসৌব্যাসেন কীর্ত্তিতা ।।৮।।

---

অন্বয় —

( ব্রহ্মাগী মফমদা ) চতুঃ শ্লোক্যা ( শ্লোক মরিথকনা ) তস্য ( ভাগবতগী ) তৎদিক. ( মায়কৈ অহু ) প্রদর্শিতা (উৎখে) ।।৬।।

ভোবিপ্রাঃ ! ( হে ব্রাহ্মণশা ! ) অনন্ত্যাব-গাহেন ( লোইব নাইদ্রবা ভাগবত সমুদ্রদা কোক তুম্না ইরুজবনা ) ব্রহ্মা-বিষ্ণু-শিবাদয়ঃ ( ব্রহ্মা বিষ্ণু শিবনচিংবানা ) তেএব ( মখোয়শিং অসিনা ) স্বেপ্সিতাবহন ( নীংবা থুংবা পাম্বা) ক্ষমাঃ (ঙম্বা) সন্তি (ওইরি) ।।৭।।

মিতবুদ্ধ্যাদি বৃত্তীনাং ( রাখল থেল্লবা) মনুষ্যানাং (মীওইবশিংগী) হিতায়চ ( অফবা ওইনবগীদমকসু ) যঃ অসৌ (মশামক্না) ব্যাসেন (বেদ ব্যাসনা) কীর্ত্তিতা ( লেংখি ) পরিক্ষিৎ শুক (পরীক্ষিৎ অমসু শুকদেবগা)

---

অনুবাদ—

খংগনি। অহান্বদা শ্রীহরি মশামক্না ব্রহ্মাদা শ্লোক মরিদংনা শ্রীমদ্ভাগবতগী মায়কৈ উক্তনা খংহনখি ।।৬।।

হে ব্রহ্মাণ পুন্নমক! অসিগুম্বা অনন্ত ওইবা শ্রীমদ্ভাগবতগী মশক ওইবা সমুদ্রদা দুপ্‌না কোক তুম্না ইরুজরগা অমতা ওইবা অসিবু শ্রীহরিনা ব্রহ্মা-বিষ্ণু-শিবনচিংবদা অপাম্বা পোৎ ফংবা ঙমহনখি কনা অমতগী মতেং লৈতে। ৭।।

য়াম্না পংলবা মীওইবশিংগী অফবা ওইনবগীদমক শ্রীবেদব্যাস মশামক্না পরীক্ষিৎ নিংথৌগা মচানিপা শ্রীশুকদেবগা রারী শান্নবা ওইনা

গ্রন্থোঽষ্টাদশ সাহস্রো যোঽসৌভাগবতাভিধঃ।
কলিগ্রাহ গৃহীতানাং সএব পরমাশ্রয়ঃ ॥৯॥
শ্রোতারোঽনিরূপ্যন্তে শ্রীমদ্বিষ্ণু কথাশ্রয়ঃ।
প্রবরা অবরাশ্চেতি শ্রোতারো দ্বিবিধা মতা ॥১০॥

অন্বয়—

সংবাদঃ (রারি শান্নবা ওইনা ফোংদোকখিবা অতুবু "শ্রীভাগবত" হায়না কৌই) ॥৮॥

অষ্টাদশ সহস্রঃ (শ্লোক লিশিং তরানিপাল ওইবা) যঃ আসৌ (মানা) (লাইরিক অমা ওইবা অসিবু) ভাগবতাভিধঃ (ভাগবত হায়না খংনৈ) কলিগ্রাহ (কলিগী মশক ওইরবা গুম্ভীরনা) গ্রহীতানাং (উম,-গ্রবশিংগী) সএব (লাইরিক অসিনা) পরমাশ্রয়ঃ (অথোইবা চংনকমনি) ॥৯॥

অথ (মথংদা) শ্রীমদ্বিষ্ণোঃ (শ্রীবিষ্ণুমক্তি) কথাশ্রয়ঃ (রারী ভাক্তা ওইবা ভগবতগী কথাদা পুক্লিং চংবশিংনা) শ্রোতারঃ তারিবশিংগী) নিরূ-প্যন্তে (হায়রি) শ্রোতারঃ (তারিবশিংভু) দ্বিবিধামতা (মখল অনীনি) প্রবরা (প্রবরা কোবা অমা) অপ্রবরাশ্চ (অপ্রবরা কোবা অনী অসিস্থনি) ইতি (অসি-লৈ) ॥১০॥

অনুবাদ—

ফোংদোকখিবা অতুবু "শ্রীভাগবত" হায়না কৌই ॥৮॥

শ্লোক লিশিং তরানিপাল ১০১৮ ওইবা অসিনা মপুং ওইবা অমসু কলিগী মশক ওইবা গুম্ভীরনা উমবা জীবশিংগী অমতা ওইরবা অথোইবা চংনফমদি শ্রীমদ্ভাগবতনি হায়না খংনগনি ॥৯॥

মথংদা শ্রীমদ্ভাগবত তারদা পুক্লিং চংনা তাবা মওং অনি হায়রি—প্রবরা=হায়বদি অথোইবা, অপ্রবরা হায়বনা হৃস্ববা মখল অনী থোকই অসি খংগদোবনি ॥১০॥

প্রবরাশ্চাতকো হংসঃ শুকঃ মীনাদয়স্তথা।
অবরাবৃক ভূরুণ্ড বৃষোষ্ট্রাস্ত্বাঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥১১॥
অখিলো পেক্ষয়া যস্তু কৃষ্ণ শাস্ত্র শ্রুতোব্রতী।
সচাত কোসথাম্ভোধমুক্তে পীর্থসিচাত্কঃ॥১২॥
হংসঃ স্যাৎ সারমাদত্তে সঃ শ্রোতাবিবিধাৎ শ্রুতাৎ।
দুগ্ধেনৈক্যংগতাত্তো যাদ, যথাহংসোহ মলং পয়ঃ ॥১৩॥

---

অন্বয়—

অস্থাঃ ( অহানবগী ) প্রবরা ( আথোইবশিং ) চাতকঃ ( নোংগোবী ) হংসঃ ( কাঙঙ ) শুকঃ (তেনবা) মীনাদয়ঃ ( ঙানচিংবা মরি অসিনি ) তথা অপ্রবরা ( হন্থবা তাবশিং ) বৃক ( কৈ ) ভূরুণ্ড ( হিমালয়গী চীংদা লৈবা ভূরুণ্ড কৌবা উচেক ) বৃষ (ষণ লাবা) উষ্ট্রঃ ( উট কৌবা শানচিংবা মরি ) প্রকীর্ত্তিতাঃ (শ্রোতাগী মখল হায়রি) ॥১১॥

যস্তু ( মী অদুনা ) অখিলউপেক্ষয়া ( পুম্নমক য়েংশিল্লবগা ) কৃষ্ণ শাস্ত্রশ্রুতৌ (ভাগবত তাবদা) ব্রতী (লৈ) যথা (প্রমানদি) সচাতকঃ নোংগোবীনা অম্ভোধেঃ ( নোংগী ঈশিংদা ) পীথসি (থকই) চাতকঃ ( নোংগোবীনা ) মুক্তে (অতৈদি থাদোকই) ॥১২॥

হংসঃ (কাঙঙনা) দুগ্ধেন (শঙ্গোম) একাংগতা (ঈশিংগা তিন্নথ্রবস্থ)

---

অনুবাদ—

প্রবরা কৌবা অথোইবা ভাগবত তাবশিংগী মরিথকনি, নোংগোবী, কাঙঙ, তেনরা অমস্থ ঙানচিংবা অসিনি। অমনা অবরা কৌবা হন্থবা শ্রোতাশিংস্থ—কৈ, হিমালয়গী চীংদা লৈবা ভূরুণ্ড কৌবা উচেক, ষণ লাবা, উটনচিংবা মখল মরি অনী অসি খেন্নবা লৈ ॥১১॥

প্রমানদি—নোংগোবীনা নোংগী ঈশিং নত্তনা অতোপ্পা ঈশিং থক থক্তে অদুগুম্না মী অদুনা অতৈ শাস্ত্র তারুদনা তশেংনা শ্রীকৃষ্ণগা সম্বন্ধ ওইবা লাইরিকতমক তাই অদুবু "চাতক শ্রোতা কৌই ॥১২॥

কাঙঙনা তৌবগুম্না ঈশিংগা শঙ্গোমগা অমতা ওইনা তিন্নথ্রবস্থ

শুকঃ সুষ্টু্‌ মিতং বক্তি ব্যাসং শ্রোতৃংশ্চ হর্ষয়ন্‌।
সুপঠিতঃ শুকোযদ্বচ্ছিক্ষকঃ পার্শ্বগানপি ॥১৪॥
শব্দংনানিমিষো জাতু করোত্যা স্বাদয়ন্‌ রসম্‌।
শ্রোতাস্নিগ্ধো ভবেন্মীনো মীনং ক্ষীরনিধৌযথা ॥১৫॥

অন্বয়—

হংসঃ ( কাঙওনা ) তোয়াৎ ( ঈশিংদগী ) অমলং (অশেংবা) পয়ঃ (শঙ্গোম্বু) পিবতি ( থকই ) যথা (অদুগুম্না) হংসঃ (কাঙওনা) (স্যাৎ ওইবগুম্না) সঃ (মী অদুনা) বিবিধা শ্রুতাং ( মথা মথাদগী লাইরিক তাবদগী ) সারং ( মরুওইবা অদুদং ) আদত্তে ( লৌখৎলি ) ॥১৩॥

শুকঃ ( তেনবানা ) সুষ্টু্‌মিতং ( য়াম্না নিংথিনা ) ব্যক্তি ( তম্বিখিবা ব্যাসং (ওঝাবু) শ্রোতশ্চ ( তারিবসিংবুসু ) হর্ষয়ন্‌ (হরাওহল্লি) যৎ ( অদু ) সুপঠিতঃ ( নিংথিনা তম্বিগ্রবা ) পার্শ্বগান অপি (মনাক্তা লৈব-শিংবুসু তাহল্লি) শিক্ষকঃ ( গুরুনা ) পার্শ্বগান্‌ ( মনাক্তা লৈরিবশিংবু ) ব্যক্তি (তাহল্লি মুংঙায়হল্লি মখোয় অদুবু "শুক শ্রোতা হায়না কৌই) ॥১৪॥

মীনঃ ( ঙানা ) ক্ষিরনিধৌ ( ক্ষিরসমুদ্রদা ) যথা (অদুগুম্না) শব্দংন ( বা অমত ঙাংদনা ) অনিমিষঃ ( মিৎ কুপ্তনা ) ক্ষীরং (শঙ্গোমদবু

অনুবাদ—

অশেংবা শঙ্গোম অদুদং থকই। অদুগুম্না মী অদুনা মখল-মখলগী বারী তারুরবসু অদুদগী কান্নরবা মচীগী শরুক ওইবা লুগ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী কথা অদুদং লৌখৎলি মখোয় অদুবু হংস শ্রোতা হায়না কৌই ॥১৩॥

তেনবাবু য়াম্না ফজনা মরোল তম্বিবগুম্না ওঝাবু অতোপ্পশিংবু চপ চানা তাহবা মুংঙায়হবা অদুগুম্না মখোয়না তেনবাগুম্না তাগ্রিবা মরম অদু মশাগী ফজবা লোম্না গুরুনা তারিবা অমসু মনাক্তা লৈরিবা পুম্নমকপু অহানবা মুংঙায়হনবা মখোয় অদুবু "শুক শ্রোতা" হায়না কৌই ॥১৪॥

প্রেমানন্দি—অসিনি—ঙানা ক্ষীর সমুদ্রদা লৈরবসু বা অমতা ঙাংদনা

যত্তদনাৎ রসিকান্ শ্রোতৄনবিরৌত্যজ্ঞো বৃকোহিস।
বেণু স্বন রসা সক্তাঙ্ক বৃকোহরণ্যেমৃগান্, যথা ॥১৬॥
ভূরুণ্ডং শিক্ষয়েদন্যান্, শ্রুতান্ স্বয় মাচরেৎ।
যথাহিমবতঃ শৃঙ্গে ভূরুণ্ডাখ্যোবিহঙ্গম: ॥১৭॥

অন্বয়—

থকই ) জাতু ( করিগুম্দা ) শ্রেতা (তারিবা মীনা অতোপ্পগী বা তাদনা) রসম. (রসতত্ত্ব) আস্বাদয়ন্ (চুম্ন-চুপলত্থনা) করোতি (তৌরি-তারি) স্নিগ্ধ ( নিংথিজনা ) তাই। মানঃ ( ঙানা তৌবগুন্না ) শ্রোতা ( তাবা ভবেৎ ( ওইগনি ) অত্থব "মীন শ্রোতা হায়না কৌই ॥১৫॥

অরণ্যে ( উমংদা ) বেণুস্বন্ ( বাশীগী মুংশিবা ) রসান, ( মখোন্দা ) আসক্তাঙ্ক ( পুক্লিং চংবা ) মৃগান, ( শজিশিংবু ) বৃকঃ ( কৈনা ) খাদতি ( চাই ) যথা ( অত্থুগুন্না ) অজ্ঞ ( পংলবা ) শ্রোতা ( তারিবনা ) বিরৌতি ( পংকপ্পু-কপ্পনা ) শ্রোতৃণ ( তারিবশিংবু ) রসিকান, ( রস চুপলিবশিংবু ) অদমং ( চাথোকই, রস অত্থু তুপ্পা কায়হল্লি ) হি ( লেপ্পমক ) সঃ ( মামা ) বৃক ( কৈ ) ভবতি ( শুইরে ) ॥১৬॥

হিমবতঃ ( হিমালয় কৌবা চীংগী ) শৃঙ্গে ( চীংদোন্দা ) বিহঙ্গমঃ

---

অনুবাদ—

মুন্না রেংত্থনা শজোমদং থকই, অত্থুগুন্না মী অত্থনা শ্রীমৎ ভাগবত তারিঙৈদা করিগুম্বা মখোম্নচিংবা তারুদনা মিৎ কুপ্পনা মুন্না পুক্লিং চংনা লাইরিক তারিবা অত্থগা মচিন্দগী হায়দোকপা শ্রীমৎ ভাগবতগী লীলাগী রস অত্থুদং চুপ্পনা লৈবা অত্থব "মীন শ্রোতা" হায়না কৌই ॥১৫॥

উমংদা বাশীগী মুংশিবা মখোল তাবদা মাপুক্লিং চংশ্রবা শজিশিংবু কৈনা চাবগুন্না অপংবা ভাগবত তাবনা কপ্পনাতা লৈবনা মুংশিরবা ভাগবতগী কথাদা পুক্লিং লুপশ্রবা ভক্তশিংবু অরাবাপি অত্থুবু "বৃক শ্রোতা" হায়না কৌনৈ ॥১৬॥

হিমালয়গী চীংদোন্দা লৈবা ভূরুণ্ড কৌবা উচেক্না কনাগুম্বনা তস্বা

সর্ব্বশ্রুতমুপাদত্তে সারা সারাদ্ধ ধীর্ব্বষঃ।
স্বাদুদ্রাক্ষাং খলিংচাপিনির্ব্বিশেষং যথাবৃষঃ॥১৮॥
সউষ্ট্রো মধুরং মুঞ্চন্‌,বিপরীতে রমেত্তযঃ।
যথা নিম্বং চরত্যুষ্ট্রো হিত্বাম্রমপি তদ্‌যতম্‌॥১৯॥

অন্বয়—

( উচেক ) ভৃরুণ্ডাখ্যঃ ( ভৃরুণ্ড কৌবা ) অন্যাংশ্চিক্ষয়েৎ ( অতোপ্পদা তাকপদগী ) শ্রুতান্‌ ( তাবিবশিং অহুবু ) স্বয়ম,নআচরেৎ ( মশাগদি খক তৌরোই ) যথা ( অহুগুম্না ) সঃ (মা) ভৃরুণ্ড শ্রোতা" হায়না কৌই ॥১৭॥

বৃষঃ ( ষণ লাবনা ) স্বাদু ( অহাউবা ) দ্রাক্ষাং ( অঙ্গুরবু ) খলিং ( থাওথিবু ) চাপি ( অখাবনচিংবসু ) নির্ব্বিশেষাং ( থোইদোক্তবা মহাও অসিনি হায়বা খংদনা ) যথা ( অহুগুম্না ) খাদতি ( চাই ) অদ্ধী ( মমিং উদবা মিত্তাংবনা ) সার ( অফবা ) অসার (ফত্তবা) সর্ব্বং ( পুম্নমক ) শ্রুতং ( তাই ) উপাদত্তে ( লৌই ) ॥১৮॥

স উষ্ট্রঃ ( উং কৌবা শানা ) ... পি ( হৈনৌ মনাবুসু ) তৎ ( অহুবু ) চরতি ( চাই ) মধুরং ( অথুম্বা ) মুঞ্চন, ( ধাদোকপা ) যুতম,

---

অনুবাদ—

অহুবু তারগা অতোপ্পদা অহুমক চপ চানা তগি অহুগা মশামক্তি তৌদে অহুগুম্না মী অহুনা পাউতাক পিবা তারগা অতোপ্পদা তম্বিবা অহুবু মশাদি করিগুম্বা অমতা খক তৌদে অহুবু ভৃরুণ্ড "শ্রোতা" হয়না কৌই ॥১৭॥

ষণ লাবগী মফমদা হাউরবা অঙ্গুর অমনা থাওথিনচিংবা অখাবা পোং পুম্নমক্কা চপ মান্নে অহুগুম্না মমিং উদবা অপংবা মীনা অফ-ফত্ত, করি অমতা খল্লনা মীনা হায়বা মথৈ তাই অহুগা বিচারদি তৌদে মী অহুব, "বৃষ শ্রোতা" হায়না কৌই ॥১৮॥

উটনা তৌবগুম্না ইনৌ-নৌবা হৈনৌ মনাবু চাদনা অখাবা নিম মনাবু চাই অসিগুম্না মী অহুনা ফজরবা ভাগবতগী কথাবু তাদনা ওম্ন তৈনবদা

অন্যেপি বহবো ভেদাদ্বয়োর্ভৃঙ্গখরাদয়ঃ।
বিজ্ঞেয়াস্তত্তদাচারৈস্তত্তৎপ্রকৃতি সম্ভবৈঃ ॥২০॥
যঃ স্থিত্বাভিমুখং প্রণম্যবিধিবত্ত্যক্ত্বান্যবাদো হরে
লীলাঃ শ্রোতুমভীপ্স্যতেঽতিনিপুণো নম্রোঽথক্লৃপ্তাঞ্জলিঃ।
শিষ্যো বিশ্বসিতোঽনুচিন্তণপর :
প্রশ্নেঽনুরক্ত শুচি নিত্যং কৃষ্ণজনপ্রিয়োনিগদিতং
শ্রোতাসবৈ বক্তৃভিঃ ॥২১॥

---

অন্বয়—
( ওই ) যথা ( অহুগুম্না ) যঃ ( মী অহুনা ) বিপরীতে ( ওম্ন তৈনবদা ) রমেত ( নুংঙায়জে ) ॥১৯॥

অন্যেপি ( অতোপ্পদসু ) ভৃঙ্গখরাদয়ঃ ( খোইমু লোল্লানচিংবা ) বহবঃ ( অয়াম্বা ) ভেদা ( খেন্নবা ) তৎ আচারৈঃ ( মরমচৎ-বাখন্নচিংবা ) সম্ভবৈঃ ( মরম ওইবনা ) তৎ ( অহু ) বিজ্ঞেয়া ( খংনগনি ) ॥২০॥

যঃ ( মীনা ) অভিমুখং ( মাংদা ) স্থিত্বা ( লৈরগা ) প্রণম্য ( খুরুম্নগা ) অন্যবাদ ( অতোপ্পগী বাবু ) ত্যক্ত্বা ( থাদোক্লগা ) বিধিবৎ ( হৌনবী কায়দনা ) হরেঃ ( হরিগী ) লীলাঃ ( লীলাশিং ) অতিনিপুণঃ ( য়াম্না হৈ-শিংনা ) অথ ( মথংদা ) নম্রঃ ( কোকনোম্না ) কৃতাঞ্জলিঃ ( খুংলোম্নহুনা )

---

অনুবাদ—
বারেমদা নুংঙায়না বারেম ঙাংহুনা মতম লেল্লি। মী অহুবু "উট শ্রোতা" হায়না কৌই ॥১৯॥

অসিদগী তোঙাম্বা "প্রবর" অমনা "অবর" মওং অনী তাবগী মনুংদা খোইমু অমসু লোল্লানচিংবা অয়াম্বা খেন্নবা লৈ, অহুদা মখোয়গী বাখল্দগী পোকপা লমচৎকি খুদমদগী খংনগনি ॥২০॥

মী অহুনা ভাগবত তৌরিবা অহুগী মাংদা চংশিল্লগা মাবু হৌনবী মতুং ইন্না খুরুম্নগা অতোপ্পা মতমগী ওইবা বাবু থাদোক্লগা শ্রীহরিগী লীলাগী

**ভগবন্মতিরনপেক্ষঃ সুহৃদ্দোদীনেষুসানুকম্পোযঃ।**
**বহুধাবোধনচতুরোবক্তা সম্মাতিত্তে মুনিভিঃ ॥২২॥**

---

অন্বয়—

শ্রোতুম্ (তানবগীদমক) অভীপ্স্যতে (পাম্না) বিশ্বসিতঃ (থাজনা) অন্য-চিন্তনপর (মুন্নাখম্বহুনা) অনুরক্ত (পুক্লিংচংনা) শুচিঃ (শেংনা) শিষ্যঃ (শিষ্যনা) প্রশ্নে (হাহংদা) নিত্যং (লেংদনা) কৃষ্ণজনপ্রিয়ঃ (শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবশিংনা) নিগদিতং (হায়থ্রবা) বৈ (লেপ্পমক) বক্তৃভিঃ (হায়-রিবশিংনা) স (মাবু) "শ্রোতা" (তাবা কৌই) ॥২১॥

ভগবৎমতিঃ (শ্রীকৃষ্ণদা মহাক্কি পুক্লিংনা লৈবা) অনপেক্ষ (অতোপ্পদা পুক্লিং চংদবা) সুহৃদঃ (পুকচেল ফজবা) দীনেষু (অতোম্বশিংদা) যঃ (মানা) সানুকম্পঃ (মাগা মান্নবা) চতুরঃ (হৈশিংবা) বক্তা (বক্তা অসি) বহুধা (মখল অয়াম্বা অসিবু) বোধন (খংহন্বা বক্তাবু) মুনিভিঃ (মুনিশিংনা) সম্মানিতঃ (লুনা ভৌনৈ) ॥২২॥

অনুবাদ—

হাতবু তাবদা য়াম্না পুক্লিং চংনা লৌশিন্না অমনা মহাক্কা তারিবা অহুদা হৈশিংনা লৈবা মকোক নোম্না খুৎ অনী লোম্নহুনা লৈরগা শিষ্যগী মওংগুম্না তাবদা পুক্লিং চংবা, ভগবানবু থাজবা অমনা তাখিবশিং অহু নীংশিংহুনা লৈবা। হাহং—হংবদা পামজবা, মতম পুম্নমক্তা শেংলবা শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্ত ওইবা, শাস্ত্রবক্তা ওইরিবশিংনা মাবু অথোইবা "শ্রোতা" কৌই ॥২১॥

শ্রীকৃষ্ণতবু নীংবা, করিগুম্বা পোৎ অমতদা হুম্না য়েংলুদবা মী পুম্নমক্তা কননবা তৌবা, তোল্লববু মুংশিবীবা, হাখল কয়ানা মরু ওইবা মন্নমদা হৈশিংবা বক্তাবু মুনিশিংনা লুনা নীংঙি ॥২২॥

অথভারতভূস্থানে শ্রীভাগবত সেবনে।
বিধিং শৃনুতভোবিপ্রা যেন স্যাৎসুখসন্ততিঃ ॥২৩॥
রাজসং সাত্ত্বিকং চাপি তামসং নির্গুণং তথা।
চতুর্বিধং তুবিজ্ঞেয়ং শ্রীভাগবত সেবনম্ ॥২৪॥
সপ্তাহং য়জ্ঞবৎযত্তু স শ্রমং সত্বরং মুদা।
সেবিতং রাজ সংতত্তু বহুপূজাদি শোভনং ॥২৫॥

---

অন্বয়—

অথ ( মথংদা ) ভো ! বিপ্রা ! ( হে ব্রাহ্মণ পুন্নমক ! ) ভারত ভূস্থাণে ( ভারত কৌবা মফম অসিদা ) শ্রীভাগবত ( শ্রীভগবানগী ওইবা থাবু ) সেবণে ( তাবদা ) বিধিং ( হৌনবী ) শৃণুত ( তারো ) যেন ( অদুনা ) সন্ততিঃ ( তত্তনা ) সুখংস্যাৎ ( নুংঙাইবা ওইগনি ॥২৩॥

শ্রীভাগবত সেবনং ( শ্রীভাগবত তাবা ) চতুর্বিধং ( মখল মরিনি ) সাত্ত্বিক রাজসংতাম সংতথা ( অমদি নির্গুণং মরি অসি ) ॥২৪।

সপ্তাহং ( নুমিৎ তরেৎনি ) যত্তু ( ভাগবতদা ) যজ্ঞবৎ ( যজ্ঞগুম্না ) বহুপূজাদি ( মখল-মখলগী পূজানচিংবা ) শোভণং ( নীংথিজনা ) সশ্রমং ( থানা ) মুদা ( হরাউনা ) সেবিতং ( তারিবা ) তৎ ( অদুবু ) রাজ সং ( রজগুণনি ) ।২৫।

---

অনুবাদ—

হে ব্রাহ্মণ পুন্নমক ! ভারত কৌবা মফম অসিদা শ্রীভাগবতকী কথাবু তাবগী হৌনবী অদু হায়জগে তারো, হৌনবী অসিবু তাবদা নুংঙাইবা ফংই ॥২৩।

শ্রীমদ্ভাগবত তাবা হায়বা অসি মখল মরি নি। অদুদি—সাত্ত্বিক, রাজসিক, তামসিক অমদি নির্গুণ মরি অসিনি ॥২৪॥

নুমিৎ তরেৎনি যজ্ঞগুম্না মখল-মখলগী পূজাগী পোৎলম কজনা লাংলগা থানা থানা হোৎনদুনা অমনা পুক্নিং চংদা নুঙাইনা-নুমিৎ তরেৎনি তাবদা লোইবা অদুগুম্বা ভাগবত তাবা অসি রাজসিক কৌই ॥২৫॥

মাসেন ঋতুনা বাপি শ্রবণং স্বাদ সংযুতম্ ।
সাত্ত্বিকং যদনায়াসং সমস্তানন্দ বর্ধনম্ ॥২৬॥
তামসং যত্তু বর্ষেণ সালসং শ্রদ্ধয়া যুতম্ ।
বিস্মৃতি স্মৃতি সংযুক্তং সেবনং তচ্চ সৌখ্যদম ॥২৭॥

অন্বয়—

মাসেন ঋতুনা বাপি ( থা অমতংদবুসু ) শ্রবণং (শ্রীভাগবত তাবা ) স্বাদ সংযুতম্ (রসগী মহাউ চুপ্পা-চুপ্পা) যৎ অনায়াসং (অঙুবু ইরাই লাইনা) সমস্ত ( পুন্নমক্তা ) আনন্দবর্ধনম ( নুংঙাঁয় মরাং কায়বা ) যৎ ( অঙুবু ) সাত্ত্বিকং ( সাত্ত্বিক গুণ কৌই ॥২৬॥

সালস্য ( অতবা ) শ্রদ্ধয়াযুতং ( থাজবগা লোইননা ) যত্তু ( অঙুদা) বর্ষেণ ( চহি অমদা লোইবা ) বিস্মৃতি স্মৃতি ( নিংশিংবা অমদি কাউবা অনী অসিনা ) সংযুক্তং তিন্নবা ) সেবণং ( তারিবা ) তৎ ( অদু ) সৌখ্যদং ( নুংঙায়না তাবা অদুবু ) তামসং ( তমগুণগী ) ভাগবত তাবা কৌই ॥২৭॥

অনুবাদ—

থা অমতং চুপনা শ্রীমদ্ভাগবতগী কথাগী মশক ওইবা রসবু চুপ্পা-চুপ্পা ইরাই লাইনা তাজবা অঙুনা মপুং ফাবনা নুংঙায়বা ওইবা অদুবু সাত্ত্বিক গুণগী ভাগবত তাবা কৌই ॥২৬॥

মী অমনা অতবা অমদি থাজবা রাখনা চহি অমদা লোইবা, অঙুদা কাউবা, নীংশিংবা লৈবা অদুগুম্বা নুংঙায়বা পিবা ভাগবত তাববু "তম" গুণগী ভাগবত তাবা কৌই ॥২৭॥

বর্ষমাসদিনানাস্তু বিমুচ্যনিয়মাগ্রহম।
সর্ব্বদা প্রেম ভক্ত্যৈব সেবনং নির্গুণং মতম, ॥২৮॥
পরীক্ষিতেঽপি সংবাদে নির্গুণং তৎপ্রকীর্ত্তিতম,।
তত্রসপ্তদিনা খ্যানং তদায়ুর্দিন সংখয়া ॥২৯॥
অন্যত্র ত্রিগুণং চাপিনির্গুণং চযথেচ্ছয়া।
যথা কথঞ্চিৎ কর্ত্তব্যং সেবনং ভগবচ্ছ্রুতেঃ ॥৩০॥

---

অন্বয়—

বর্ষ-মাস-দিনানাস্তু ( চহি-থা নুমিৎশিং অসিদা ) নিয়মং ( নিয়মবু ) আগ্রহম, ( লৌবা ) বিমুচ্য ( থাদোক্লগা ) সর্ব্বদা ( মতম পুম্নমক্তা ) প্রেম ভক্তি এব ( নুংশিনা ভক্তি তৌনা ) সেবণং ( ভাগবত তাবা ) মতম, ( অদুবু ) নির্গুণং ( নির্গুণ ওইনা ভাগবত তাবা কৌই ) ॥২৮॥

শ্রীশুকদেবঃ (শ্রীশুকদেবনা) পরীক্ষিতে-অপি (নিংথৌ পরীক্ষিত্তা) তত্র ( মফম অদুদা ) সপ্তদিনাখ্যানং (শিব ফাউবা নুমিৎ তরেৎনি মফম অদুদা ভাগবত তাখি) সংবাদে ( ৱারি শান্নখিবা অদু "নির্গুণ" শ্রোতা ওইখি) ॥২৯॥

অন্যত্র ( অতোপ্প মওং অমদা ) ভাগবৎ শ্রুতেঃ ( ভাগবত তাবগী )

---

অনুবাদ—

ভাগবতবু চহি-থা-নুমিৎ পুম্নমত্তা করিগুম্বা নিয়ম অমগী মখা পোন্দনা মতম পুম্নমক্তা প্রেম ভক্তিগা লোইননা তারিবা অদুবু "নির্গুণ" ওইবা ভাগবত তাবা কৌই ॥২৮॥

মহারাজ পরীক্ষিৎনা তাবা শ্রীশুকদেবনা ভাগবত তৌখিবা নির্গুণ শ্রোতানি খংগদোবনি, মরমদি নিংথৌ পরীক্ষৎকি পুনশিংগী মতম মুমিৎ তরেৎনিনি মরম অসিনা নুমিৎ তরেৎনি তাখিবনি ।২৯॥

শ্রীমদ্ভাগবত তাবদি সত্বগুণচিংবা গুণ অদুমক ওইসনু অমনা নির্গুণগসু

যে শ্রীকৃষ্ণ বিহারৈক ভজনা স্বাদলোলুপাঃ।
মুক্তা বপি নিরা কাংখ্যাস্তেষাং ভাগবতং ধনম্ ॥৩১॥
যেহপি সংার সন্তা পনির্ব্বিন্নামোক্ষিনঃ।
তেষাং ভবৌষধংচৈতৎ কলৌ সেব্যং প্রযত্নতঃ।৩২॥

---

অন্বয়—

ত্রিগুণংচ অপি) সত্ত্ব,গুণনচিংবা অহম্ভু ওইরবস্থ নত্ত্রগা নির্গুণবু ওইরবস্থ) যথেচ্ছয়া (অপাম্বগী মতুং ইম্না) সেবনং (তাবা) যথা কথঞ্চিৎ (মতম অমদা) কর্ত্তব্যম, (ভাগবত তাগনি) ॥৩০॥

যে (মীওইবশিংনা) শ্রীকৃষ্ণ বিহারঃ (শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবা) এক (অমতা ওই) ভজন আস্বাদ লোলুপ (কীর্ত্তন অমনা লীলা রস-আস্বাদন তৌবদা পামজবনা) মুক্তৌ অপি (অরান খুবম্বুস্থ) নিরাকাঙ্খ্যাঃ (পামদে) তেষাং (মখোয়গীদি) ভাগবতং (ভাগবততবু) ধনং (লন্নী) ॥৩১॥

কলৌ (কলি কৌবা যুগ অসিদা) সংসারস্য (সংসারগী) তাপঃ (মৈনা চাক্লবা) নির্ব্বিন্না (খংদবনা উমথবা) মোক্ষ কাঙ্ক্ষিনঃ (অরান খুবম পাম্লিবশিংগী মকমদা) তেষাং (মখোয়গী) এতৎচ (ভাগবত অসিনস্থ)

অনুবাদ

ওইসনু অপাম্ব মতুং ইম্না করিগুম্বা মওংদা শ্রীমদ্ভাগবত তাগনি ।।৩০।।

মীওইব ভক্তশিংনা তশেংনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম কীর্ত্তন তৌবা অমনা লীলাগী রসবু চুপ্পা-আস্বাদণ পাম্বনা অরান্ খুবম্বুস্থ মীহৌরুদে পাম্মুদে অতুম্বা মীওইশিংদি শ্রীমদ্ভাগবতনা মখোয়গী অমতা ওায়বা লন ওই ।।৩১।।

কলি কৌবা যুগ অসিদা সংসারগী মৈনা চাক্লবা খংদবনা উমথবা অমনা অরান খুবম পাম্নবা মীগী মকমদস্থ শ্রীমদ্ভাগবতনা সংসারগী

যেচাপি বিষয়াঃ রাম্যাঃ সংসারিক সুখস্পৃহাঃ।
তেষাংতু কর্ম্মমার্গেণযা সিদ্ধিঃ সাধুনা কলৌ ॥৩৩॥
সামর্থ্য-ধন বিজ্ঞানা ভাবাদত্যন্ত-দুর্লভা।
তস্মাত্তৈরপি সংসেব্যা শ্রীভাগবতী কথা ॥৩৪॥

---

অন্বয়—

ভবৌষধং (সংসার কৌবা লাইনা অসিগী হিদাকী মশক ওই) প্রযত্নতঃ (য়াম্না লুনা ভাগবত অসি) সেব্যং (ভাগদবনি) ॥৩২॥

বিষয়া রামাঃ (মচা-মরনগী বাথন্দা লুপথবাশিংনা) সংসারিক (সংসারগী ওইবা) তেষাংতুঃ (কর্ম্মমার্গাদা লৈঞবশিংগী) যেচাপি (মখোয় অতুনসু) যাসিদ্ধিঃ (সিদ্ধি অতু) সকর্ম মার্গেণ (ভাগবত তারবদা) ॥৩৩॥

সামর্থ্য (মশান শক্তি) ধণ (লন) বিজ্ঞাণ (বাখল) অভাবাৎ (বাৎপদগী) অত্যন্ত (থোইদোক্না) দুর্লভা (ফংবা বাই) তস্মাৎ

---

অনুবাদ—

লাইনানা নারবা অতুগী হিদাক্তি মশক ওই। মরম অসিদগী য়াম্না লুনা মী পুম্নমক্না শ্রীমদ্ভাগবতপু তাগদোবনি ॥৩২॥

মচা মরনগী বাথন্দা লুপথবাশিংনো, সংসারগী নংঙোয়বা পাম্বলবা কর্ম্ম তৌরিবশিংনা, কর্ম্মগী লম্বীদা সিদ্ধি অতু ফংঙি ভাগবত তারবদা অতুনা ভাগবত তারবদা। অতুনা ভাগবত তাগদোবনি কলি অসিদা মখোয়না পাম্বাতুগী শ্রীমদ্ভাগবতনা ফংগনি ॥৩৩॥

কলি যুগ অসিদা মীওইবশিংনা হকচাংগী পাক্তমা শক্তি লন বাখলচিংবা, থক্কা বাৎপা মরম্না কর্ম্মগী লম্বীদা চংখিবনা অরান্নখুবম ফংবা অসি রাম্না

ধনং পুত্রাংস্তথাদারান, বাহনাদি যশোগৃহান,।
অসাপত্ন্যঞ্চ রাজ্যঞ্চদদ্যাদ্ভাগবতী কথা ॥৩৫॥
ইহলোকে বরান, ভুক্‌ত্বা ভোগান,বৈ মনসেপ্সিতান,
শ্রীভাগবত সঙ্গেনয়াস্ত্যন্তে শ্রীহরেঃ পদম্ ॥৩৬॥

---

অন্বয়—

( অসিদগী ) তৈঃ অপি (মখোয়সু) ভাগবতীকথা ( শ্রীমদ্ভাগবতগী কথাবু ) সংসেব্যাঃ ( চংখোম্না তাগনি ) ।৩৪॥

শ্রীমদ্ভাগবতী কথা ( শ্রীমদ্ভাগবতগী কথা তাবনা ) ধনং ( লন ) পুত্রাং ( ইচা ) তথা ( অমদি ) দারান, ( নুপী ) বাহনাদি ( শামু-শগোলনচিংবা ) যশঃ ( মিংচৎ ) গৃহান, ( য়ুম ) অসাপত্ন্যঞ্চ ( য়েক্ল তিংখৎ লৈতবসু ) রাজ্যঞ্চ ( লৈবাকসু ) দদ্যাৎ ( ভাগবতনা পিগনি ) । ৩৫॥

ইহলোকে ( মপোক অসিদা মী অহুনা ) শ্রীভাগবত সঙ্গেন ( শ্রীভাগবতগা মরি লৈনকবনা—তাজকবনা ) মনসেপ্সিতান, ( পুক্নিংগী অপাম্বা ) বরান্ ( অখোইবা ) ভোগান্ ( পোৎ পুম্নমকপু ) বৈ ( লেপ্পমক ) ভুক্ত্বা ( চাবগা কংলগা ) অন্তে ( শিরগা ) শ্রীহরেঃ পদম্ ( শ্রীহরিগী পদবু )

---

অনুবাদ—

কংওমদে মরম অসিনা পুম্নমক্তা অকবা পাম্বা মীনা পুম্নক কংনিংঙনা শ্রীমদ্ভাগবত তাগদৌবনি ॥৩৪॥

শ্রীমদ্ভাগবত তাবনা লন, মচা, নুপী অমসু শগোল শামুনচিংবা শাদোং পুম্নমক মিংচৎ, ইংখোল, য়েক্লতিংখৎ লৈতবা লৈবাক্লচিংবা ভাগবতনা পিগনি ॥৩৫॥

মহৈ পাম্বা মীনাসু শ্রীমদ্ভাগবতবু তারবদি মহাক অহুনা মপোক অসিদা পুক্নিংগী অপাম্বা পোৎ অহু চাবা থকপা কংলগা, শিরগনা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত-শিংগা লোইননা শ্রীহরিগী থামদা—মকমদা কংভি ॥৩৬॥

যত্র ভাগবতী বার্ত্তা যে চ তচ্ছ্রবণেরতাঃ।
তেষাং সেবনং কুর্য্যাদ্দেহেনচধনেনচ ।৩৭।।
তদনুগ্রহতোঽস্যাপি শ্রীভাগবত সেবনম্।
শ্রীকৃষ্ণব্যতিরিক্তং যত্তৎ সর্ব্বং ধনসংজ্ঞিতম্ ।।৩৮।।

অন্বয়—

শ্রীভাগবতাশ্রয়েণ ( শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্তশিংগা লোইননা ) পদম্ ( থাবু- মকস্তু ) যান্তি ( ফংভি ) ।৩৬।।

যত্র ( মফম অদুদা ) ভাগবতী বার্ত্তা (ভাগবতগী কথাবু) তৎশ্রবণে ((অদুবু তাবদা ) রতাঃ ( পুক্নিং চংলিবশিংনা ) তেষাং ( মখোয়গী ) দেহেনচ (হকচাংনস্তু ) ধনেনচ ( লনস্তু ওইরসু ) যেচ ( মখোয়না ) সেবণং (তাবা) কুর্য্যাৎ ( তৌগদৌবনি হায়বদি তাগদৌবনি ।।৩৭।।

অস্য অপি ( শ্রীভাগবত তাবদা পুক্নিং চংলিবদুগীস্তু ) তৎ অনুগ্রহতঃ ( থৌজাল অদুদগী ) শ্রীভাগবত সেবণম্ ( শ্রীভাগবতপু সেবা তৌরিবা মীস্তু ) যৎফলং ( মহৈ অদু ফংমিন্নে ) শ্রীকৃষ্ণব্যতিরিক্তং ( শ্রীকৃষ্ণদ নত্তবা ) সর্ব্বং ( পুম্নমক ) ধণসংজ্ঞিতং (লন ঙাক্তা ওইরে) ।।৩৮।।

---

অনুবাদ—

মফম অদুদা শ্রীমদ্ভাগবত তারিবা মখোয়না ভাগবত তাবদা পুক্নিং চংন্নিবা মখোয়বু হকচাংনা ওইরবস্তু লনবু ওইরবস্তু তারবশিংদু অমত্তা চিংথদনা সেবা তৌগদৌবনি হায়বদি তাগনি ।।৩৭।।

শ্রীভগবানগী কথা তাবদা পুক্নিং চংলিবা মী অদুবু সেবা তৌবগী মহৈ মাগী থৌজালগী সেবা ফংজরিবা মীস্তু শ্রীভাগবত তাবগী মহৈ অদু অনী- মক্তা ফংমিন্নে। শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতোপ্পা পুম্নমক লন ঙাক্তা ওইরে ।।৩৮।।

**কৃষ্ণার্থীতি ধনার্থীতি শ্রোতাবক্তা দ্বিধামতম,**
**যথাবক্তা তথাশ্রোতাতত্রসৌখ্যংবিবর্দ্ধতে ॥৩৯॥**
**উভয়োবৈ'পরীত্যেত্তুরসাভাসে ফলচ্যুতিঃ**
**কিন্তুকৃষ্ণার্থীণাং সিদ্ধির্বিলম্বেনাপিজায়তে ॥৪০॥**

অন্বয়—

শ্রীকৃষ্ণব্যতিরিক্তং ( শ্রীকৃষ্ণগা মরি লৈনদবা কনানা ) কৃষ্ণার্থীতি ( কৃষ্ণবু পাম্মি, কনাগুম্বনা ) ধনার্থীতি ( লণবু পাম্মি ) শ্রোতা ( তাবা ) বক্তা ( ভাগবত তৌবা ) তত্র ( অদুদা ) দ্বিধা ( মখল অনী থোক্লী লৈ ) তথাবক্তা ( অদুনা ভাগবত তৌবা ) যথা ( অদুগুম্না ) শ্রোতা ( তাবা ) সৌখ্যাং বিবর্ধতে ( নুংঙায়বদি হেল্লি ) ॥৩৯॥

উভয়ো ( অনী শ্রোতা—বক্তা থোক্লে ) বৈপরীত্যেত্তু (ওন্নতৈনবা সিদ্ধা কনানা কৃষ্ণ পাম্মি কনানা লনবু পাম্মি ) রাসাভাসে ( রস চুপ্পদা ) ফলচ্যুতি ( মহৈ মাংবা ) কিন্তু ( অদুদা ) কৃষ্ণার্থীনাং ( কৃষ্ণ পাম্বা শ্রোতা অমসু

অনুবাদ—

শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীকৃষ্ণগা মরি লৈনদবা অদু খরদং হায়গে তারো। কনানা কৃষ্ণবু পাম্মি কনানা লনবু পাম্মি, মওং অসিদা ভাগবত তাবা ভাগবত তৌবা মখল অনী থোকই তারিবা অদুসু কৃষ্ণবু পাম্বনি, ভাগবত তৌরিবা অদুসু কৃষ্ণবু পাম্বনি, অমনা ভাগবত তারিবা অদুনা লণবু পাম্বা অনীমক নুংঙায়বা হেল্লি ॥৩৯॥

বক্তা অমসু শ্রোতা মখল অনী থোকই। অমনা কৃষ্ণ পাম্মি অমনা লণ পাম্মি ভাগবতগী ওন্নতৈনবা অমা ওইবে, ভাগবত তাকপী রস চুপ্পদা তাউদুনা লৈবা য়াদ্রে অকায়বা অমা তারেদি হায়বদু অদুনা মী অদুনা কৃষ্ণবু পাম্বা অদুনা তাবসু ওইসনু লণবু পামদুনা

ধনর্থিনস্তু সংসিদ্ধির্বিধি সমপূর্ণতা বশাৎ।
কৃষ্ণার্থি নোহগুণ স্যাপি প্রৈমৈব বিধিরুত্তমম্ ।।৪১।।
আ সমাপ্তি স কামেন কর্ত্তব্যো হি বিধিঃ স্বয়ম্।
স্নাতোনিত্য ক্রিয়াং কৃত্বা প্রাশ্য পানোদকং হরেঃ ।।৪২।।

অন্বয়—

বক্তাসু ওইসনু) সিদ্ধি (সিদ্ধিতু) বিলম্বেণ (অপেম্বদি) নজায়তে (ওইদ্রে) ।।৪০।

বিধি (হৌনবী মতুং ইন্না) সমপূর্ণ তাবশাৎ (থবক অত্থু পাংথোকপদগী) ধনর্থিনস্ত (লন পাম্বনসু) শ্রোতা ওইবা অনীমক নীংবা থুংডি নির্গুণ স্যাপি (নির্গুণ ওইনা তাবা (শোম্বনা) কৃষ্ণর্থিনঃ (কৃষ্ণতবু পাম্বা অত্থনা) প্রেম এব (প্রেম অত্থুতং ওই) বিধি (বিধি অসিনা) উত্তমম (অথোইববনি) ।।৪১।।

স্বয়ম, (মশানা) সকামেন (অপাম্বা ওইবনা) আ সমাপ্তি (আঃ লোইবা ফাউবা) বিধিঃ (হৌনবী অত্থু) হিকর্ত্তব্যঃ (লেপ্পনক তৌগনি)

---

অনুবাদ—

তাবনু ওইসনু তারদবু তারবদি অপাম্বা অত্থু শোয়দনা ফংগনি ।।৪০।।

হৌনবী মতুং ইন্না থবক অত্থু মপুং ফাবদগী ধন পাম্বা বক্তা অমসু শ্রোতা অনীমক নীংবা থুংডি। কৃষ্ণবু পামজবা বক্তা অমসু শ্রোতা অনীনা হৌনবী থবক অত্থু লোইদ্রবসু মহৈদি অত্থমক ফংডি। চিংন-নীংঙায় লৈতে, করিনা হায়ববু নির্গুণ শ্রোতাদি প্রেমনি অত্থনা উত্তমনি অথোইববনি ।।৪১।।

মহৈ পাম্বা মীনা মশামক্না লোইবা কাউবদা বিধি পুন্নমক ঙাক্কনি,

পুস্তকঞ্চ গুরুঞ্চৈব পূজয়িত্বোপ চারতঃ।
ক্রয়াদ্বা শৃণুয়াদ্বাপি শ্রীমদ্ভাগবতং মুদা ।।৪৩।।
পয়সাবা হবিষ্যেণ মৌনং ভোজনমাচরেৎ।
ব্রহ্মচর্য্য মধঃ সুপ্তিং ক্রোধ লোভাদিবর্জ্জনম্ ।।৪৪।।

অন্বয়—

স্নাতো (ইরুজয়গা) নিত্যক্রিয়াং (সুমিং খুদিংগী মথৌ) কৃত্বা (তৌরগা) হরেঃ (শ্রীহরিগী) পানোদকং প্রাশ্য (চরনামৃতবু থকনি) ।।৪২।।

উপচারতঃ (পোৎলম, খিবিকা লোইননা) গুরুঞ্চএব (গুরুবুসু) পুস্তকংচ (শ্রীমদ্ভাগবতং কৌবা লাইরিকপুসু) পূজয়িত্বা (পূজা তৌরগা ক্রয়াদ্বা (বক্তাসু ওইসনু) শৃণুয়াদ্বা (শ্রোতাসু ওইরসনু) মুদা (নুংঙায়না) শ্রবণ অমসু কীর্ত্তন তৌগনি ।।৪৩।।

মৌনং (বা ঙাংদবা) পয়সা (শঙ্গোম্না) বা (নত্রগা) হবিষ্যেন (ঘীগা শঙ্গোমগনা থোংবা চাক্না) ভোজনং (চাবা) সুপ্তিং (তুম্বা) ক্রোধ (অশাওবা) লোভাদি (লৌনিংবানচিংববু) বর্জ্জনং (থাদোকনি ।।৪৪।।

---

অনুবাদ—

সুমিং খুদিংগী তৌগদ্রোবা মথৌ তৌবা লোইরগা শ্রীহরিগী চরনা মৃতবু থকনি ।।৪২।।

মথল-মথলগী পোৎলমগা লোইননা শ্রীগুরু দেব অমসু শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা লাইরিক অনীবু পূজা তৌরগা বক্তাসু ওইসনু শ্রোতাসু ওইসনু য়াম্না নুংঙায়না শ্রীমদ্ভাগবতবু শ্রবণ কীর্ত্তন তৌগনি ।।৪৩।।

বা ঙাংদনা মৌনব্রত তৌদুনা শঙ্গোম অমদি ঘীগা শঙ্গোমগনা থোংবা চাক চাগনি, লৈবাক্তা হিপকনি, ব্রহ্মচারি হায়বদি নুপীগা মরি লৈনদবা ওইগনি, অশাউবা, লৌনিং চানীংবানচিংবা থাদোকনি ।।৪৪।।

কথান্তে কীর্ত্তনং নিত্যং সমাপ্তৌ জাগরংচ রেৎ।
ব্রাহ্মণান্ ভোজয়িত্বাতু দক্ষিণাভিঃ তোষয়েৎ ॥৪৫॥
গুরবে বস্ত্রভূষাদিদত্ত্বা গাঞ্চ সমর্পয়েৎ।
এবংকৃতে বিধানেতু লভতে বাঞ্ছিতং ফলম্ ॥৪৬॥
দারাগার সুতান্ রাজ্যং ধনাদিচ যদীপ্সিতম্।
পরন্তু শোভতে নাত্র সকামত্বং বিড়ম্বনম্ ॥৪৭॥

অন্বয় --

কথান্তে (শ্রীমদ্ভাগবত তাবা লোইরবদা) নিত্যং (লেপ্পমক) কীর্ত্তনং (নাম শোন্বা) সমাপ্তৌ (লোইবদা) জাগরং চরেৎ (অহিং অতু তুমদবা ওইগনি) ব্রাহ্মনান্ (ব্রাহ্মনশিংদা) ভোজয়িত্বা (পিজ পিথক তৌরগা) দক্ষিনাভিঃ (দক্ষিনা তৌতুনা প্রতোষয়েৎ (পেলহল্লগনি) ॥৪৫॥

গুরবে (শ্রীগুরুদা) বস্ত্র ভূষাদি (ফি-লৈতেংনচিংবা) গাঞ্চ (যণবীসু) দত্ত্বা (পিতুনা) সমর্পয়েৎ (কৎকনি) বিধানেতু এবং (অসিগুম্না) হৌনবী মতুং ইম্না) কৃতে (তৌরবদা) বাঞ্ছিতং ফলং (অপান্বা মহৈ অতুবু) লভতে (ফংঙি) ॥৪৬॥

দারা (মাগী মুপী) আগার (য়ুম) সুতান্ (মচা পুম্নমক) রাজ্যং

অনুবাদ—

শ্রীমদ্ভাগবত তাবা লোইবা খুদিংগী নাম শোনগনি অমনা অরোইবা ন.মিত্তা অহিং মিংশেল থাংগনি অহিং তুরোই, ব্রহ্মচারি ওইগনি ব্রাহ্মণশিংদা পিজ পিথক তৌগনি দক্ষিনা তৌতুনা পেলহনগনি ॥৪৫॥

শ্রীগুরুদেবদা ফি, লৈতেংনচিংবা যনবী দান তৌরগা পূজা তৌগনি, মতুং অসিগী মতুং ইম্না শ্রীমদ্ভাগবতগী পূজা তৌরগা তাবদি নীংবা পুম্নমক মহৈ ফংগনি ॥৪৬॥

সকাম ওইবা মীনা মাগী ন.পী, য়ুম, মচা লৈবাক, দান পুম্নমক মহৈ

কৃষ্ণপ্রাপ্তিকরং শশ্বৎ প্রেমাণন্দ ফলপ্রদম্ ।
শ্রীমদ্ভাগবতং শাস্ত্রং কলৌকীরেণ ভাষিতম্ ॥৪৮॥
ইতি স্কন্দে শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্যে চতুর্থোঽধ্যায় । ৪॥

---

অন্বয় —

(লৈবাক্) ধনাদিক (লমচিংবস্তু) যদি ঈপ্সিতম. ( পাম্নবদি ) পুত্রঞ্চ (থোই-দোকপদা) সকামত্বং ( সকাম ওইবা ) বিড়ম্বনম. (লৌরিবছু) অত্র (অদুদা) নশোভতে (ফজদে) ॥৪৭॥

প্রেমানন্দ ফলপ্রদম্ ( প্রেমাণন্দগী মহৈ পিবা ) শ্রীকৃষ্ণপ্রাপ্তিকরং ( শ্রীকৃষ্ণবু ফংনবা ) শ্রীমদ্ভাগবতং শাস্ত্রং ( শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা শাস্ত্র অসিবু) কলৌ (কলি কৌবা যুগ অসিদা) শশ্বৎ (তশেংবদু) কীরেণ (শ্রীশুকদেবনা) ভাষিতম ( হায়খি ) ॥৪৮॥

---

অনুবাদ —

পামলবদি পুম্নমক অদু কংঙি, অদুদা সকাম ওইবা মীগী বাথল অদু শ্রীভাগবত তাবদা থম্লিবা পামলিবা অদু ফজদে ॥৪৭॥

"নিগম" কৌবা বেদগী শিং ঙ পাম্বী ওইবা, ওমথৈ লৈতনা লুংঙায়-হবা, রস-মহাউনা ফজনা থক্লবা-যুম্লবা মহৈ পাম্লবা শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা পুরাণ অসি কলি কৌবা যুগ অসিদা শ্রীশুকদেব কৌবা মুণিনা পরীক্ষিৎ নিংথৌদা হায়খি। শ্রীশুকদেবগী মুখদগী অমৃতনা মহি চেম্লবা কলি যুগ অসিদা পৃথিবী অসিদা শন্দোকখি, অসি অশেংবদি শ্রীকৃষ্ণনা ফংহনবনি, লেংদবা প্রেমাণন্দগী মহৈ পিরি ॥৪৮॥

মতাং অসিদা স্কন্দপুরানদা শ্রীমদ্ভাগবতগী মতীক মগুণ হায়বদা মরি শুবা ভাংকক লোইরে ॥৪॥

# মণিপুরী শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্যম্

## অথ পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ।

### শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবণ ফলস্য পরাং যুধানাং দুর্গতৈশ্চবর্ণনম্।

শ্রীভগবান উবাচ।

শ্রীমদ্ভাগবতং নাম পুরাণং লোকবিশ্রুতম্।
শৃণুয়াচ্ছ্রদ্ধয়া যুক্তো মমসন্তোষ কারণম্ ॥১॥

---

মথংদা মতাওবা তাংকক হায়রগে তাস্লো।

শ্রীমদ্ভাগবত তাবনা মহৈ ফংবগী পুক্নিং চংদবশিংগী খুদোংথিবনু হায়রি।

---

অন্বয়—

শ্রীভগবান উবাচ—(শ্রীভগবাননা হায়খি) হে ব্রহ্মণ। (হে ব্রহ্মা!) লোকবিশ্রুতম্, (মী পুম্নমক্না তাসন্থ্রে) শ্রীমদ্ভাগবতং নাম পুরাণম্, (শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা পুরাণবু) শ্রদ্ধয়া (থাজনা) যুক্তঃ (লৈদুনা) শৃণুয়াৎ (তাগদৌবনি) মম (ঐগী) সন্তোষ কারর্ণম্, (পেন্নবনি) ॥১॥

---

অনুবাদ—

শ্রীভগবাননা হায়খি—হে ব্রহ্মণ। মী পুম্নমক্না থংনপ্রবা শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা পুরাণবু মুমিং খুদিংগী য়াম্না থাজবগা লোইননা তাগদৌবনি। অসিগুম্না ন(ু)মিং খুদিংগী তাগিবা অদুনা ঐগী অপেম্বা ওইহনিবনি অসিমা খঙ(ু) ॥১॥

নিত্যংভাগবতংযস্তু পুরাণং পঠতেনরঃ।
প্রত্যক্ষর ভবেংতস্ত কপিলাদাণক্বং ফলম্ ॥২॥
শ্লোকার্ধংশ্লোকপাদন্বা নিত্যং ভাগবতোদ্ভবম্.।
পঠতে শৃণুয়াংযস্তু গোসহস্র ফলংলভেৎ।৩॥
যঃ পঠেৎপ্রয়তোনিত্যং শ্লোকং ভাগবতং সুত।
অষ্টাদশ পুরাণান ফলমাপ্নোতিমানবঃ ॥৪॥

---

অন্বয়—

নরঃ ( মী অতুনা ) নিত্যং ( নুমিৎ খুদিংগী ওইনা ) ভাগবতং পুরাণং ( ভাগবত পুরাণবু ) পঠতে ( পারিবা ) যস্তু ( মী অতুনা ) প্রত্যক্ষরং ( ময়েক খুদিংদা ) কপিলা ( যণ য়োংমাম্বী ) দানজং ( কৎপগী ওইবা ) ফলম ( মহৈবু ) তস্য ( মহাক্কি ) ভবেং ( ওইগনি—ফংগনি ) ।২॥

যস্তু ( মী অতুনা ) নিত্যং ( নুমিৎ খুদিংগী ভাগবতোদ্ভবম (ভাগবতদা লৈরিবা ) শ্লোকার্ধং ( শ্লোক্কি তংখায় অমতং ) শ্লোক পাদস্বা ( শ্লোক্কি মশূং অমতা ওইরবসু ) পঠতে ( পারিবা-পাঠ তৌবদা ) স ( মানা ) গোসহস্রফলং ( যন্বীলিশিং অমা কৎপগী মহৈ ) লভেৎ ( ফংগনি ) ।৩॥

সূত ! ( হে সূত । ) যঃ ( মী অতুনা ) নিত্যং ( নুমিৎ খুদিংগী ) প্রযতো ( পুক্কিং চংনা হোৎনতুনা ) ভাগবতং শ্লোকং ( ভাগবতগী শ্লোকপু )

---

অনুবাদ—

মী অতুনা নুমিৎ খুদিংগী শ্রীমদ্ভাগবতবু পাঠ তৌরবা পাম্বিবা ময়েক তামমমদা যণ য়োংমাম্বী মচু দাণ তৌবগী মহৈ অদু মহাক্কা ফংগনি ॥২॥

মী অতুনা নুমিৎ খুদিংগী ওইনা শ্রীমদ্ভাগবতগী শ্লোক তংখায় অমতং নত্রগা শ্লোক্কি মশূং অমতং পাঠ তৌবা অনদি তাবদা মানা যন্বীলিশিং অমা কৎপগী মহৈ ফংগনি ।৩॥

হে সূত ! মী অতুনা নুমিৎ খুদিংগী ওইনা পুক্কিং চংনা শ্রীমদ্ভাগবতবু

নিত্যং মম কথা যত্র তত্রতিষ্ঠন্তিবৈষ্ণবাঃ।
কলিবাহ্যাণরাস্তে বৈয়েহর্চ্চয়ন্তি সদামম ।।৫।
বৈষ্ণবানাংতু শাস্ত্রানি যেহর্চ্চয়ন্তিগৃহেনেরাঃ।
সর্ব্বপাপাবিনির্মুক্তা ভবন্তিসুরবন্দিতাঃ।।৬।।

অন্বয়—

পাঠেৎ ( পাগনি ) মানবঃ ( মীওইবনা ) অষ্টাদশ পুরানাণাং ( পুরাণ তরা নিপালগী ) ফলং ( মহৈবু ) প্রাপ্নোতি (ফংঙি ) ৪।

যত্র ( মফম অদুদা ) বৈষ্ণবাঃ ( বৈষ্ণবশিংনা ) নিত্যং (মুমিৎ থুদিংগী মম কথা ( ঐগী কথাবু তারিবা ) তত্র ( মফম অদুদা ) নরাঃ ( মীওইবশিংনা ) শ্রীমদ্ভাগবতবু ) অর্চ্চয়ন্তি ( পূজা তৌরিবা মম (ঐগী) বৈ (লেপ্পমক) সদা ( মতম পুম্মকতা কলিনা ) বাহ্য (মপান্দা লেপ্রে) ।।৫।।

নরাঃ (মীওইবশিংনা) বৈষ্ণবনাং বৈষ্ণবশিংগী) শাস্ত্রানি ( লাইরিক শিংবু হায়বদি শ্রীমদ্ভাগবতবু ) গৃহে (য়ুমদা ) যে ( মখোয়না ) অর্চ্চয়ন্তি (পূজা তৌরবদা) সর্ব্ব পাপবিনির্মুক্তা (পাপ পুম্নমক কোকই) সুরবন্দিতাঃ ( লাই পুম্নমক্কা খুরুম্নবা) ভবন্তি (ওইবি) । ৬।

---

অনুবাদ—

পারিবা মী অদুনা ভাগবতগী শ্লোক অদুমক্কা পুরাণ তরানিপাল পাবগী মহৈ ফংঙি ।।৪

ঐগী শ্রীমদ্ভাগবতবু তারিবা মতম অদুদা প্রহলাদনচিংবা বৈষ্ণবশিংনা লৈ। মখোয়না ঐগী মশক ওইরিবা ভাগবতবু পূজা তৌরিবা মফম অদুদা কলিগী মপাঙ্গল লৈত্রে লাপ্পা চৎখি ।।৫।।

মীওইবশিংনা বৈষ্ণবশিংগী লাইরিক ওইবা শ্রীমদ্ভাগবতবু মাগী য়ুমদা পূজা তৌদুনা লৈরিবা মাগী পাপ পুম্নমক কোকপ্রে লাই পুম্নমক্কা খুরুমনিংঙাই ওইপ্রে ।।৬।

যেঽর্চ্চয়ন্তি গৃহে নিত্যং শাস্ত্রং ভাগবতং কলৌ ।
আস্ফোটয়ন্তি নৃত্যন্তি তেষাং প্রীতোভবাম্যহম্ ।।৭।।
যাবদ্দিনানি হে পুত্র ! শাস্ত্রং ভাগবতং গৃহে।
তাবৎপিবান্ত পিতরঃ ক্ষারং সর্পি মধূদকম্ ।।৮।।

---

অন্বয়—

কলৌ (কলি কৌবা যুগ অসিদা) যে (মীওইবশিংনা) গৃহে (মাগী ময়মদা) নিত্যং (নুমিৎ খুদিংগী ওইনা) শ্রীভাগবতং শাস্ত্রং (শ্রীভাগবত পুরাণ অসিবু) অর্চ্চয়ন্তি (পূজা তৌরিবা) নৃত্যন্তি (জগোই শারিবা) তেষাং (মখোয়গী মফমদা) প্রীতো (অপেম্বা) অহম (ঐনা) ভবামি (ওই) ।৭।।

হে পুত্র ! (ইবুংঙো !) মানবঃগৃহে (মীওইবশিংগী য়ুমদা) যাবদ দিনানি (মতম পুম্নমক্তা) শ্রীভাগবতং (শ্রীভাগবতবু) শাস্ত্রং (পুরানবু) তিষ্ঠতি (লৈরিবা) তাবৎ (মতম, অতু ফাউবা) পিতরঃ (ইপা ইপু-শিংনা) ক্ষীরং (শঙ্গোম) সর্পি (ঘী) মধু (খোহি) উদকম (ঈশিংবু) পিবন্তি (থকই) ।৮

অনুবাদ—

কলি কৌবা যুগ অসিদা মীওইবশিংনা মাগী মাগী ময়মদা নুমিৎ খুদিংগী শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা পুরাণ অসিবু পূজা তৌবিবা মী অতুনা কলিবু অকিবা লৈতনা নুংঙায়না জগোই শাই মখোয়গী মফমদা য়াম্না অপেম্বা ওই ।।৭।।

ইবুংঙো ! মীওইবশিংগী ময়ুমদা মতম পুম্নমক্তা শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা পুরাণ অসিবু লৈরিবা মতম অতু ফাউবা ইপা ইপুশিংনা শঙ্গোম, ঘী, খোহি, ঈশিং থকই ।।৮।।

যেচ্ছন্তি বৈষ্ণবে ভক্ত্যা শাস্ত্রং ভাগবতং হিযে।
কল্প কোটি সহস্রানি মম লোক বসন্তিতে।।৯।।
যেঽর্চ্চয়ন্তি সদা গেহে শাস্ত্রং ভাগবতং নরাঃ।
প্রীনিতা স্তৈশ্চ বিবুধা যাবদা ভুত সংপ্লবম্ ।।১০।।
শ্লোকার্ধং শ্লোক পাদম্বাবরং ভাগবতং গৃহে।
শতশোঽথ সহস্রৈশ্চকি মন্যেঃশাস্ত্র সংগ্রহৈঃ ।।১১।।

অন্বয়—

যে ( মীওইবশিংনা ) ভক্ত্যা ( ভক্তিগা লোইননা) বৈষ্ণবে (বৈষ্ণবদা) ভাগবতং শাস্ত্রং ( শ্রীভাগবত কৌবা পুরাণ অসিবু দান তৌরবদা ) হি লেপনমক ) তে ( মখোয়না ) কল্প কোটি সহস্রানি ( কল্প কোটি লিশিং অমা ) মম ( ঐগী ) লোক ( মফমদা ) বসন্তি ( লৈ ) ।।৯।।

যে ( মীওইবশিংগী ) গেহে (য়ুমদা) সদা (মতম পুম্নমক্তা ) ভাগবতং শাস্ত্রং (শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা শাস্ত্র অসিবু) অর্চ্চয়ন্তি ( পূজা তৌরিবা ) তৈঃ ( মখোয়না ) যাবৎ ( মতম অন্ত ফাউবা ) আভুতসংপ্লবম্ ( নুংঙায়বগী ইপোমদা তাউঠুনা ) বিবুধা ( লাইশিংবু ) প্রীনিতাঃ ( পেলহল্লি ) ।।১০।।

শ্লোকার্ধং ( শ্লোকি তংখায় অমা ) শ্লোক পাদস্থা ( শ্লোকি মরি খোকপগী শরুক অমা ) গৃহে ( য়ুমদা ) ভাগবতং ( ভাগবত লৈবনা ) বরং

---

অনুবাদ—

মীওইবশিংনা ভক্তিগা লোইননা বৈষ্ণব ওইবা মীদা শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা পুরাণ অসিবু কংলবদি মখোয়না কল্প কোটি লিশিং অমা ঐগী লৈফম ওইবা বৈকুণ্ঠদা লৈ ।।৯।

মীওইবশিংনা মাগী য়ুমদা মতম পুম্নমক্তা শ্রীমদ্ভাগবত পূজা তৌরিবা মখোয়না কল্প অমগী মতম ফাউবা লাইশিংবু পেলহল্লি ।।১০।।

কনা কনাগুম্বনা শ্লোকি তংখায় অমা শ্লোকি পাদ অমা থম্বনা কান্নবা

ণযস্যতিষ্ঠতে শাস্ত্রং গৃহে ভাগবতং কলৌ।
ন তস্য পুনরা বৃত্তির্যাম্য পাশাৎ কদাচন ॥১২॥
কথং স বৈষ্ণবো জ্ঞেয়ঃ শাস্ত্রং ভাগবতং কলৌ।
গৃহে নতিষ্ঠতে যস্য শ্বপচাদাধিকো হি সঃ ॥১৩॥

---

অন্বয়—

( কৈ ) অথ ( মথংদা ) শতশহস্ত্র ( শাস্ত্র লিশিং চামা পুল্লপ পারুবনা কিং ( অদুনা কারিস্থ কান্নবা ওইদে ) ॥১১॥

কলৌ ( কলি কৌবা যুগদা ) যস্য (মহাক্কি) গৃহে (য়ুমদা) শ্রীমদ্ভাগবতং (শ্রীমদ্ভাগবত শাস্ত্রবু নতিষ্টতে (লৈত্রবা) তস্য (মহাক্কা যাম্য পাশাৎ (যমগী মযুমদগী হায়বদি নরকতগী) ণপুনরাবৃত্তি (অমুক নাম্বোকপা ঙমদ্রে) ॥১২॥

যস্য গৃহে ( মাগী ময়ুমদা ) শ্রীমদ্ভাগবতং ( শ্রীমদ্ভাগবতবু ) নতিষ্টতে ( লৈত্রবা ) স ( মহাকপু ) বৈষ্ণবঃ ( বৈষ্ণবনি ) কথম ( করম্না ) জ্ঞেয়ঃ (খংনগনি) সঃ ( মহাক্তি ) শ্বপচাদধি কোহি ( চণ্ডান্দগী হেন্না তোল্লবনি) ॥১৩॥

---

অনুবাদ —

ওই, অতোপ্পা লাইরিক ময়াম পৈতুনা লিশিং চামা থম্মুবনা কান্নবা ওইদে ॥১১॥

কলি কৌবা যুগ অসিদা মাগী য়ুমদা শ্রীমদ্ভাগবতবু লৈত্রবদি মহাক্কা যমগী অপুম্বদগী লাম্বোকপা ঙমদ্রে ॥১২॥

কলি যুগদা মাগী ময়ুমদা শ্রীমদ্ভাগবত শাস্ত্রবু লৈত্রবা মাবু বৈষ্ণবনি হায়না করম্না খংনগনি, মহাকতি চণ্ডান্দগী হেন্না তোল্লবনি ॥১৩॥

**সর্ব্বস্বেনাপি লোকেশ কর্ত্তব্যঃ শাস্ত্রং সংগ্রহঃ।**
**বৈষ্ণবস্তুসদা ভক্ত্যা তুষ্ট্যর্থং মম পুত্রক ॥১৪।**
**যত্র যত্র ভবেৎ পুণ্যং শাস্ত্রং ভাগবতং কলৌ।**
**তত্র-তত্র সদৈবাহং ভবামি ত্রিদশৈঃ সহ ॥১৫॥**
**তত্র সর্ব্বাণি তীর্থানি নদী নদ-সরাংসি চ।**
**যজ্ঞাঃ সপ্ত পুরী নিত্যং পুণ্যাঃ সর্ব্বে শিলোচ্চয়াঃ ॥১৬।**

অন্বয়—

হে লোকেশ! ( ইবুংঙো! ) মম ( ঐগী ) বৈষ্ণবস্তু ( বৈষ্ণবশিংদা ) তুষ্ট্যর্থং ( পেন্নবগীদমক ) সর্ব্বস্ব পুন্নমক পিবা ) সদা ( মতম পুন্নমক্তা ) ভক্ত্যা ( ভক্তিনা ) ভাগবতং ( ভাগবতবু ! শাস্ত্র সংগ্রহঃ ( শাস্ত্রবু খোমজিন্বা ) কর্ত্তব্যঃ ( তৌবা হৌনৈ ॥১৪॥

কলৌ ( কলিগী মতমদা ) যত্র-যত্র ( মফম-মফম অদুদা ) পুণ্যং ( অশেংবা ) ভাগবতং শাস্ত্রং ( শ্রীভাগবত শাস্ত্রবু পাঠ তৌবা ) তত্র-তত্র ( মফম-মফম অদুদা ) ত্রিদশৈঃসহ ( লাইশিংগা লোইননা ) সদৈব (মতম পুন্নমক্তা) অহম ( ঐনা ) ভবামি ( লৈ ) ॥১৫॥

হে পুত্রক! তত্র (অদুদা নত্তে) মফম অদুদা (শেংলবা) নদন্দী-সরাংসিচ

---

অনুবাদ—

হে লোকেশ! ( ইচানিপা ইবুংঙো ) ঐগী বৈষ্ণবশিংদা পেন্নবগীদমক পুন্নমক পিবা মতম পুন্নমক্তা ভক্তিনা মরম ওইদুনা ভাগবতবু শাস্ত্রবু খোমজিন্বা তৌবা হৌনৈ ॥১৪॥

কলিগী মতমদা মফম-মফম অদুদা অশেংবা শ্রীভাগবত শাস্ত্রবু পাঠ তৌবা, মফম-মফম অদুদা লাইরিকশিংগা লোইননা মতম পুন্নমকতা ঐনা লৈ ॥১৫॥

ইপাগী ইবুংঙো অসিদা নত্তে মফম অদুদা শেংলবা তুরেন মচা, তুরেন

শ্রোতব্যং মম শাস্ত্রং হি যশো ধর্ম্ম জয়ার্থিনা।
পাপ ক্ষয়ার্থং লোকেশ মোক্ষার্থং ধর্ম্মবুদ্ধিনা ॥১৭॥
শ্রীমদ্ভাগবতঃ পুণ্যমায়ুরারোগ্য পুষ্টিদম্‌।
পঠনাচ্ছ্রবণাদ্বাপ সর্ব্ব পাপৈঃ প্রমুচ্যতে ॥১৮॥

অন্বয়—

( তুরেন মচা-তুরেন অচৌবা-পুক্‌খ্রীনচিবত্‌ ) তীর্থানি তীর্থনচিংবা যজ্ঞাঃ ( যজ্ঞ পুন্নমক্লা ) সপ্ত পুরী, অযোধ্যা, মথুরা, ময়া, কাশী, কাঞ্চী, অবন্তিকা, পুরী, দ্বারবতী পুণ্যাঃ (শেংলবা) সর্ব্বেশিলোচয়াঃ (অয়াম্বা চীংনচিংবা পুন্নমক অসিনা ভান্দুনা লৈরে ॥১৬॥

লোকেশ ! ( লোক পুম্বাগী মপু ! ) মম ( ঐগী ) হি ( লেপ্পমক ) শাস্ত্রং ( ভাগবতবু ) শ্রোতব্যং ( তাগদবনি ) যশঃ (মিংচৎ) ধর্ম্ম ( ধর্ম্ম ) অমদি পাপক্ষয়ার্থং ( পাপ্প কোক্নবগীদমক) মোক্ষার্থং (অরান খুবম ফংনবগীদমক) ধর্ম্মবুদ্ধিনা ( ধর্ম্মগী বাখন তৌনা ) শ্রোতব্যং ( তাগদৌবনি ) ॥১৭॥

শ্রীমদ্ভাগবতঃ ( শ্রীমদ্ভাগবত পুরাম্না ) পুণ্যং ( অশেংবা ) আয়ুঃ ( পুন্সি শাংবা ) আরোগ্যং ( নাদবা ) ( পুষ্টিদম ( নোই পেনবা পি )

---

অনুবাদ—

অচোবা পুকখ্রী ময়ামসু তীর্থনচিংবা যজ্ঞ পুন্নমক পুরী তরেৎ, অযোধ্যা, মথুরা, মাযা, কাশী, কাঞ্চী, অবন্তিপুরী, দ্বারবতী, শেংলবা অয়াম্বা চীং অরাংবা পুন্নমক অসিনা ভান্দুনা লৈরে ॥১৬॥

হে লোক পুম্বগী মপু ! লেপ্পমক ঐগী ভাগবতবু মিংচৎ, ধর্ম্ম, অফব পাম্বনা অমদি পাপপু কোকনিংবা, অরান খুবম ফংনবগদমক ধর্ম্মগী বাখল তৌদুনা ভাগবত তাগনি ॥১৭॥

অসিগুম্বা শ্রীমদ্ভাগবত পুরাম্না ধর্ম্ম, পুন্সি শাংবা, নাদবা, অমসু

নশৃণ্বন্তি নহাষ্যন্তি শ্রীমদ্ভাগবতং পরম্।
সত্যং সত্যংহি লোকেশ তেষাং স্বামী সদাযমঃ।১৯॥
নগচ্ছন্তিযদা মর্ত্ত্যঃ শ্রোতুং ভাগবতং সুত।
একাদশ্যাং বিশেষেণ নাস্তি পাপরতস্ততঃ॥২০॥

অন্বয়—

ভাগবতং (ভাগবতবু) শ্রবণা (তাবদা) বাপি (পাঠ তৌবনা) সর্ব্ব পাপৈঃ (পাপ পুম্নমক) প্রমুচ্যতে (কোকই) ।১৮॥

যেষাং (মখোয়না) ন শৃণ্বন্তি (তাত্রবা) পরং (অথোইবা শ্রীমাদ্ভাগবতবু তারগা) নহৃষ্যন্তি (হরাউবা পোক্ত্রবা) হে লোকেশ! (লৈবাক পুন্বগী মপু) অহম (ঐনা) তেষাং (মখোয়গী) সদা (মতম পুম্বদা) হি (লেপনমক) স্বামী যমঃ (মপু ওইবা যমনি) সত্যং—সত্যং (চুম্না হায়বনি) ॥১৯॥

হে সুত! (ইপাগী ইবুংঙো!) মর্ত্ত্যঃ (মী অতুনা) ভাগবতং (শ্রীমদ্ভাগবতবু) শ্রোতুং (তাবা) নগচ্ছন্তি (চংত্রবা) বিশেষেণ (থোইদোক্না) একাদশ্যাং (একাদশী নুমিত্তা) ততঃ (অতুদগী) পাপরতঃ (পাপ তৌবা অমা) নাস্তি (লৈত্রে) ॥২০॥

অনুবাদ—

নোংই পেনবা অমসু মপুং ফাবা পি, ভাগবত তাবা অমদি পাঠ তৌবনা পাপ পুম্নমক কোকই ॥১৮॥

মী অতুনা পুম্নমকতগী অথোইবা শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা শাস্ত্রবু তাদ্রবা অমদি তারগসু হরাউবা পোকত্রবা, হে ব্রহ্মা! ঐনা আরেপ্পা চুম্না হায়রিবা অসিনি, মখোয়তুগী নৈহৎপা "যম" অদু ইশানা ওইরবনি ১৯॥

ইপাগী ইবুংঙো ব্রহ্মা! মী অতুনা শ্রীমদ্ভাগবতবু তাবা চংত্রবা, থোইদোক্না একাদশী নুমিত্তা অতুদগী পাপ তৌবা অমা লৈত্রে ॥২০॥

শ্লোকং ভাগবতং চাপি শ্লোকার্ধং পাদমেব বা।
লিখিতং তিষ্ঠতে যস্য গৃহে তস্য বসাম্যহম্ ॥২১॥
সর্ব্বাশ্রমাভিগমনং সর্ব্বতীর্থাবগাহনম্।
ন তথা পাবনং নৃণাং শ্রীমদ্ভাগবতং যথা ॥২২॥
যত্র যত্র চতুর্বক্ত্র শ্রীমদ্ভাগবতং ভবেৎ।
গচ্ছামি তত্র তত্রাহং গৌর্যথা সুতবৎসলা ॥২৩॥

---

অন্বয়—

যস্য (মহাক্কি) গৃহে (য়ুমদা) ভাগবতং (ভাগবতবু) শ্লোকং (শ্লোক অমা) পাদম্বা (শরুক মরি থোকপগী অমা) লিখিতং (ইফুনা) তিষ্ঠতে (লৈরবদি) যস্যগৃহে (মী অদুগী য়ুমদা) অহম, (ঐনা) বসামি (লৈ) ॥২১॥

শ্রীমদ্ভাগবতং (শ্রীমদ্ভাগবতবু) যথা (অদুগুম্না তাবদা) তথা (অদুগুম্না) সর্ব্বাশ্রমাভি গমণং (বদরি কাশ্রমণচিংবদসু চৎপা) সর্ব্ব তীর্থাবগাহনম, (গয়ানচিংবদা তীর্থস্নান তৌরুরবসু) নপাবনং (শেংবা ওইদে) ॥২২॥

হে চতুর্বক্ত্র! (মায় মরি পানবা!) যত্রযত্র (মফম মফম অদুদা) শ্রীমদ্ভাগবতং (শ্রীমতী ভাগবত কথা) ভবেৎ (ওইবা) গৌঃ সুতবৎসলা (মচা সু ংশিরবী যণবীনা) তত্র-তত্র (মফম-মফম অদুদা মচাগী মতুংদা

---

অনুবাদ—

মহাক্কি য়ুমদা ভাগবতবু শ্লোক অমা, শ্লোক্কি তংথায় অমা, শরুক মরি থোকপগী অমা ইফুনা লৈরবদি ঐনা মাগী য়ুমদা লেংদনা লৈ ॥২১॥

শ্রীমদ্ভাগবত তাবদা শেংবা অদুগা বদরিকাশ্রমদা চত্না অমদি গয়াণচিংবাদা তীর্থস্নাণ তৌরুরবসু ভাগবত তাবদা শেংবগুম্না শেংবা ওইদে ॥২২॥

মায় মরি পানবা ব্রহ্মা! মফম-মফম অদুদা শ্রীমদ্ভাগবতগী কথাবু

মৎ কথা বাচকংনিত্যং মৎ কথাশ্রবণেবতম.।
মৎ কথা প্রীতমনসং নাহংত্যক্ষ্যামি তংনরম.॥২৪॥
শ্রীমদ্ভাগবতং পুন্যংদৃষ্ট্বানোতিষ্ঠতেহি যঃ।
সাংবৎসরং তস্য পুন্যংবিলয়ং যাতি পুত্রক॥২৫॥

---

অন্বয়—

চৎপা ) যথা ( অতুগুম্না ) অহম. ( ঐনা ভাগবতী কথাবু তারিবা মফম-মফম অতুদা চৎলি ॥২৩॥

মৎ কথা ( ঐগী ভাগবতী কথাবু ) বাচকং ( হায়রিবা ) মৎকথা (ঐগী ভাগবতী কথাবু) নিত্যং ( লেংদনা ) শ্রবণে ( তাবদা ) রতং ( পুক্নিং চংলিবা ) মৎ কথা ( ঐগী ভাগবত কথাবু ) প্রীতমনসং ( পাম্না তারিবা ) তংনরম ( মী অতুবু ) অহম ( ঐনা ) মত্যক্ষ্যামি ( থক্ থাদোক্তে ) ॥২৪॥

যঃ ( মী অতুনা ) পরম পুণ্যং ( থোইনা শেংলবগী মশক ওইরা ) শ্রীমদ্ভাগবতং ( শ্রীমদ্ভাগবতবু ) দৃষ্ট্বা ( উরগা ) নউতিষ্টতে ( হৌগত্তনা থাগৎলমদনা চৎশ্রবা, ইবুংঙো ব্রহ্মা ! ) তস্য ( মহাক্না ) সাংবৎসরং ( চহি অমদা তৌবা ) পুণ্যং ( অঙ্কবাদো ) হি ( লেপ্পমক ) বিলয়ংযাতি ( মাংবা ওই ) ॥২৫॥

---

অনুবাদ—

তারিবা মফম-মফমে অতুদা মচা নীংলবী যশবীনা মচাগী মতুং ইম্না চৎপগুম্না ভাগবতী কথাবু তারিবা অতুদা ঐনা চৎলি ॥২৩॥

ঐগী ভাগবতী কথাবু হায়রিবা, তাবদা পুক্নিং চংলিবা, ঐগী ভাগবতী কথাবু পাম্ন তারিবা মী অতুবু ঐনা থক্ থাদোক্তে ॥২৪॥

মী অতুনা থোইনা শেংলবগী মশক ওইরবা শ্রীমদ্ভাগবতবু উরগা হৌগত্তনা থাগৎলমদনা চৎশ্রবা হে ইবুংঙো ব্রহ্মা ! মহাক্না চহি অমদা তৌবা অঙ্কবাদো লেপ্পমক মাংবা ওই ॥২৫॥

শ্রীমদ্ভাগবতং দৃষ্টা প্রত্যুত্থানাভিবাদনৈঃ।
সম্মানয়েৎ তংদৃষ্টাভবেৎ প্রীতির্ম'মাতুলা ॥২৬॥
দৃষ্টাভাগবতং দূরাৎপ্রক্রমেৎসম্মুখং হিষঃ।
পদে পদে অশ্বমেধস্য ফলংপ্রাপ্নোত্য সংশয়ম্ ॥২৭।
উত্থায় প্রণমেদ্‌যোবৈ শ্রীমদ্ভাগবতং নরঃ।
ধণ-পুত্রাংস্তথা-দারান্ ভক্তিংচপ্রদদাম্যহম্ ॥২৮॥

---

অন্বয়—

যঃ ( মী অদুনা ) শ্রীমদ্ভাগাবতং ( শ্রীমদ্ভাগবতবু ) দৃষ্টা ( উন্নগা ) প্রত্যুত্থাভিবাদণেঃ ( হৌগত্তুনা থাগৎবাহৈনা ) সম্মাণয়েৎ ( ইকায় খুম্নগনি ) তং ( মাবু ) দৃষ্টা ( উবদা ) মম ( ঐগী ) আতুলা ( মাম্নবা ) ভবেৎ ( ওইগনি ) ॥২৬॥

যঃ ( মানা ) দূরাৎ ( অরাপ্পদগী ) শ্রীভাগবতং ( শ্রীমদ্ভাগবতবু ) দৃষ্ট্বা ( উন্নগা ) প্রক্রমেৎ ( কোইথোক্না চৎলগা ) হি সম্মুখং ( মাংলোমদা চংশিনবদা ) পদে-পদে ( খোংথাং খুদিংদা ) অশ্বমেধস্য ( অশ্বমেধ কৌবা যজ্ঞগী ) ফলং ( পুণ্যগী মহৈ অদু ) প্রাপ্নোতি ( ফংভি ) হি ( লেপ্পমক ) অসংশয়ঃ ( চিংনন্নীংঙায় লৈতে ) ॥২৭॥

নরঃ ( মী অদুনা ) সুত ! ( হে ইবুংঙো ! ) উত্থায় ( লেপখৎলগা )

---

অনুবাদ—

মী অদুনা শ্রীমদ্ভাগবতবু উন্নগা হৌগত্তুনা থাগৎ বাহৈনা ইকায় খুম্নগনি মাবু উবদা ঐগা মাম্নবা ওইগনি ॥২৬॥

মী অদুনা অরাপ্পদগী শ্রীমদ্ভাগবতবু উন্নগা কোইথোক্ চৎলগা মাংলোমদা চংশিনবা খোংথাং খুদিংদা অশ্বমেধ কৌবা যজ্ঞগী পুণ্যগী মহৈ ফংভি লেপ্পমক চিংনন্নীংঙায় লৈতে ॥২৭॥

মী অদুনা লেপখৎলগা শ্রীমদ্ভাগবতবু খুরুম্বা মাবু ঐনা সুপী লন-মচাশিংবু ভক্তিবু সু পি ॥২৮॥

মহারাজোপচারৈস্ত শ্রীমদ্ভাগবতং সুত।
শৃন্বন্তি যে নরা ভক্ত্যা তেষাং বশ্যোভবাম্যেহম্ ॥২৯॥
সমোৎসবেষু সর্ব্বেষু শ্রীমদ্ভাগবতং পরম্।
শৃন্বন্তিযেনরা ভক্ত্যা মম প্রীত্যৈচ সুব্রত॥৩০।
বস্ত্রালঙ্করনৈ্যঃ পুষৈপধুপদীপো পহারকৈঃ।
বশীকৃতোহ্যহং তৈশ্চ মৎপত্নির্যথা ॥৩১॥

---

অন্বয়—

শ্রীমদ্ভাগবতং ( শ্রীমদ্ভাগবতবু ) প্রণমেৎ ( খুরুম্বা ) যঃ ( মাবু ) অহম, ( ঐনা ) ধণ-পুত্রাং দরান্ ( নুপী, লন-মচাশিংবু ) ভক্তিচ ( ভক্তিব,সু ) প্রদদাতি ( পী ) ॥২৮॥

সুত ! ( ইচা ইবুংঙো ! ) নরাঃ ( মীওইবশিংনা ) মহারাজোপচারৈঃ ( পোৎলম তবাতরুরা ) শ্রীমদ্ভাগবতং ( শ্রীমদ্ভাগবতব, পূজা তৌবা ' ভক্ত্যা ( ভক্তিগা লোইননা ) যে ( মখোয়না ) শৃন্বন্তি ( তাবা ) তেষাং ( মখোয়গী ) বশ্যোভবামি ( খুহম চনবা ওইরে ॥২৯॥

সুব্রত ! ( ব্রত চংখোয় তৌবা ব্রহ্মণ ! ) মম ( ঐগী ) সর্ব্বেষু উৎসবেষু ( উৎসব পুম্নমক্তা ) শ্রীমদ্ভাগবতং ( শ্রীমদ্ভাগবত জয়ন্তী উৎসবনা পুম্নমক্তগী অথোইবনি ) মম ( ঐগী ) প্রীত্যৈচ ( পেম্নবগীদমক ) তৈঃচ ( মখোয়সু )

অনুবাদ—

ইচা ইবুংঙো ! মীওইবশিংনা পোৎলম তরা তরুরা শ্রীমদ্ভাগবতব, পূজা তৌবা ভক্তিগা লোইননা মখোয়না তাবা মখোয়গী মথা পোনবা ওইরে ॥২৯॥

চংখোম্না ব্রত তৌরবা হে ব্রহ্মণ ! ঐগী উৎসব পুম্নমক্তগী অথোইবা ঐগী পেম্নবগীদমক মখোয়নসু ভক্তিগা লোইননা মরু ওইনা তাবা ফিজেং, লৈতেংনা লৈ, ধূপ, থাওমৈনচিংবা পোৎলমশিংনা পূজা তৌবা পতিব্রতা

অন্বয়—

ভক্ত্যা (ভক্তিগা লোয়ননা) শৃন্বন্তি (মরু ওইনা তাবা) বস্ত্রালঙ্করণৈঃ (ফিজেৎ লৈতেংনা) পুষ্পৈঃ ধূপ-দীপোপহারৈঃ (লৈ, ধূপ, থাওমৈনচিংবা পোৎলমশিংনা পূজা তৌবা) সৎস্ত্রিয়া (পতি ব্রতা ওইবী মাগী নুপীনা) সৎপত্তিং যথা (অক্রবা মপুরোইবাব, সেবা তৌবগুম) বশীকৃত (খুদুম চল্লি) হি (লেপ্পমক) অহম্ (ঐব,) মখোয়না খুদুম চল্লি ॥৩০-৩১॥

---

অনুবাদ—

ওইবী মাগী ন,পীনা অক্রবা মপুরোইবব, সেব তৌবগুন খুদুম চল্লি অদুগুম্না ঐব,সু মখোয়না খুদুম চল্লি ॥৩০-৩১॥

ইতি স্কন্দে মহাপুরাণে দ্বিতীয় বৈষ্ণব খণ্ডে শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্যে শ্রবণ ফলনামক পঞ্চম অধ্যায়ঃ ॥৫॥

মতাং অসি শ্রীস্কন্দ পুরানদা অনীশুবা বৈষ্ণব খণ্ডদা মণিপুরী শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্যদা তাবগী মহৈ ফংবা কৌবা মঙাশুবা তাংকক্ লোইরে ॥৫॥



ছাপা থোক্লে কোরেবা লাইরিকশিং

১। শ্রীশ্রীসৌভাগ্যলক্ষ্মী

২। সংক্রিয়া-সার-পদ্ধতি

৩। শ্রীমদ্যজুর্বেদীয় পুরুষসূক্তঃ

৪। ছাপা তৌজিবা অইবা মণিপুরী অমারবা সংস্কৃত ব্যাকরণ

৫। কল্পাষ্টাধ্যায়র মণিপুরীদা অর্থ হন্দোকপা

৬। সাবিত্রী ব্রত কথা

৭। শিবরাত্রি ব্রত কথা

৮। গয়া মাহাত্ম্য